# বারী পারেং

অনিশুবা



অবাম্বম নিপামচা

# ৱারী পরেং

অনিশুবা

অইবা

অবাম্বম নিপামচা

খুরাই থোৌদাম লৈকাই।

# লাইরিকসিগী মরমদা

শ্রীঅরাম্বম নিপামচা সিংহনা ইবা "রারী পরেং" কুপনা পাজরে। অইবা মশা মনিপুরগী অরিবা অমসুং থায়নগী চৎন-লোনচৎ, পাউতাক পাউরৌনচিংবা থরম্ব য়াওনা থিজিন হুমজিনবা মীশক অমনি। মহাক্না ইবা পাউরৌ পাম্বেগী লাইরিক "মী ভৈগী পাউরৌ পাউতাক অখোম্ব." মীযাম্না, থোইদোক হেন্দোক্না, বিশ্ববিদ্যালয়গী থাক্তা মনিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু তমলিবা অমসুং রিসার্চ তৌরিবা স্কোলরশিংনা য়াম্না পামনা পানরিবা ১মুং শীংথানরিবা লাইরিক অমনি। অরিবা সাহিত্যদা লৈরম্বা, অইবা অমসুং চিন্থাংদা হৌজিক ফাওবা ফংনরিবা রারীশিংবু পত্রিকা অমসুং চেকোড কয়াদা ফোঙদ্রবা অইবা অমনি।

হন্দক পুথোক্কদৌরিবা অইবা অসিগী রারীগী লাইরিক অসিমু অফ ফত্তু তাকপ, পাউতাক পাউরৌনা থল্লবা মথন মথেনগী রারিশিংগী লাইরিকনি। হন্দকী অসিদদি মনিপুরগীতা নত্তনা অরিবা সংস্কৃতকী পুনা নচিংবদা যাওবা রারীশিংমু যাওরি। ঈশ্বরবু থাজবদা অমসুং নীংজবদা ধর্মগী খেন্নবা লৈতে হায়বগী ফজরবা রারিমু য়াওরি। শম্না হায়রবদা চপ মান্নবা মীংথেং অমদা মীযামদা থোইদোক্না হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংদা মখোয়গী লমচৎ শেম্বদা কাম্নগদৌবা রাক্ষম কয়া য়াওবা সাহিত্যগী লৈচন অমনি হায়না লৌবা য়াববা লাইরিক অমনি। মায়কৈ অমরোমদগী য়েংবা তারবদা মনিপুরী সাহিত্যদা মশীং য়ামনা হন্থরিবা অঙাংগী সাহিত্যগী লাইরিক অমা ওইনমু লৌবা য়াবা লাইরিকনি। মরমদি ইরিবা থৃৎই যামনা চমনা, ইরাই লাইনা ইদি হায়ববু রারীগী শেমগৎ শাগৎলিবা মওংসিনা রারী অমা পাবা হেক হৌরূবদা রারীত্থু লোইদ্রিক্ষাওবা পাথনীংবমা পোকহল্লি। মসিনা অঙাংশিংদা থোইদোক্না কাম্নহনগনি।

অমরোমদা মনিপুরী লোম্না ভারত জাতিগী লোন অমা ওই-রকপগা লোয়ননা মথন মথেন কয়াগী লাইরিক পুথোকপগী তঙাইফদবা মতাং অসিদা অইবনা লমচৎ শেম্বদা মতেং ওইগদৌবা লাইরিক অমা পুথোকপীরকপসি থোইদোকনা থাগৎচনীংই ।

অরোইবদা হন্দক পুথোকপীরকলিবা লাইরিক অসিনা মনিপুরী সাহিত্যগী লৈচন অমা ওইনা লৈবাক অসিগী লোন অমম্মুং সাহিত্যগী সেবা ফংজবদা শ্রীগোবিন্দনা লেপ্পমক কৃপা পীবীসন্নু ।

হিজম গুণ সিংহ
কৈশামপাৎ থোকাচোম লৈকাই ।

# ঐগী ৱারোল খরা

ঐখোঈ মীওইবা জাতিনী। অমগা অমগা খেন্নবা ৈকফম থেক্তে, মাদি মীনি। খেন্ননা অমম্মুং তোঙান্না উরিবা অমদি উহল্লিবসিদি নাৎ অমদি লাইনিংননি হাঈবা য়াই। সনামহী, হিন্দু, বৌদ্ধ, ইসলাম, সিক্খ, ঈসাঈ, পারসী, জৈননচিংবা লাইনিংগী লূচিংবশিংনা লাইনিং লোনশিংদা হাঈরমলিবদি মীওইবা পুন্নমক্কী য়াইফনবনী। ঐখোঈগী লৈবাক্কী হৌগ্রবা ঈপু-ঈপানা লাইনিং পুন্নমকপু চপ মান্নবা মীৎয়েংদা ঈকাই খুম্নখিরম্মী। অরাবদি হৌজিক লাইনিং খেন্নবগা লোইন্না পুক্লিংগী ৱাখল্লোনস্থ খেন্নরক্তুনা মীগা মীগা, মপা মচা, মচীন মনাও য়েংথিনরকপা অসিনী।

ঐখোঈগী লৈপাক্কী নাৎস্থ পৃথিবীসিদা পুন্নমক্কগী লিরবনী অমস্মুং মতীক চানা চাওখৎলবনী। তৌইগুম্বস্মুং ঐখোঈ ঈশেন থৎনবা, হাৎন তুনবা অমস্মুং মৈ থাবনচিংবা য়েংথিনবগী থৌদৌ অসিনা মরম ওইত্তুনা ঐখোঈ শোক্খ্রে। ঐখোঈনা অসিগুম্বা ফিভমসিদা অম্রুম হিংবা তারবদি থুনাই অসিগী ফিভম হেন্না হেন্না শোকাচল্লকখিগনী হাঈবদা চিংননিংঙাই লৈতে। অসিগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা ফিভমশিংসি অনৌবা মতমগী শিক্ষানস্থ ঐখোঈবু শেংদোকপিবা ঙমদ্রি। মতাং অসিদা অমুক্তং খল্লহন্নিংই— অতোপ্পা থৱাই পানবশিংগা চাংদম্নবদা মীওইবনা থোাই-হেল্লি হাঈরবসি ধর্মগী জ্ঞান হাঈবদি অফফত্ত, ধর্ম-অধর্ম অমস্মুং পাপ পুন্যগী ৱাখল থনবা ঙম্বা অসিননী। মসিবু নৎলমদ্রবদি অতৈ থৱাই পানবশিংগা মীগা খেন্নবা কব্রিস্থ লৈরমলোই। ধর্ম লৈবা মীনা থক্তই মহুদি অতোপ্পগী হুংঙাইবদা মহাকস্থ হুংঙাই। অতোপ্পবু ওৎ নৈবনা কনা অমত্তগী হুংঙাইবা ওইদে। অতোপ্পগী অৱাবদা হুংঙাইরবা মহাক অদো অধর্মীনী।

ঙসি ৱাফম অসি তঙাইফদ্রে মহুদি পৃথিবীসিগী চাঙখংলক-লিবা ধর্মশিংদা ঐখোঈগীদমক খঙদবা য়াদবা ৱাফম কয়া তাঈরি মখোঈশিংহু ঐখোঈনা খঙনবা হোৎনবা তাই অমসুং ঈশাগী পুন্সিদা লম্নীহুদা চৎনবা হোৎনবা তাই। নৈপাক-খুনাই মাঙ তাকহনবা ঈশিং ঈচাও খিংবা তারবদি ঈচেনগী মকদা থিংনবা হোৎনবা তাবগুম অফবা খুনাই অমা ওইরক্নবা হোৎনবদা নহারোলশিংবু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ধর্ম লৈনবা, মিনুংশি খঙনবা অমসুং মারপাক-মজাতি মুংশিনবগী শিক্ষা পীবা তঙাই ফদে। মসিগী পান্দম অসিদ, মকওইবা ধর্মশিংগী শিক্ষাগা মবা লৈনবা ৱারীশিং অমসুং ধর্মগী লুচিংবশিংগী পুন্সিদা থোকখিবা অচুম্বা অফবা থৌদোক ৱাথোকশিং অহু লৌখতুনা হৌ রক্লিবা নহারোলশিংনা পাননবা ৱাবীগী লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্নবা হোৎনজবনী। লাইবিক অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা ভারতকী অইবা খবগী ৱারী লৌখতুনা ঈমালোন্দা হন্দোৱগা হাপচরি।

## লাইরিকসিদা য়াওরিবা ৱারীমচাশিং:—

# অশেংবা মরূপ

নোংজু থাগী মতমনি। তংতনা সুমীৎ কয়ানি হুমিৎপু নোংনা থুমত্থুনা লৈখিরম্মী। থুঙংগী পুশ্রী-খোংবান ঈশিংনা পীক-পীক থনখিবম্মী। লম্বী-খোং লৈখোমগী লৈখোমক্কা ভাইরম্মী। নোং হাংবা কৌনা লৈখিদ্রে। থুঙংগী মীশিং মহাক মহাক্কী থাংপোকশংগী ফীভম ফত্তবা অত্থুদা তেকলক তুরক্কত্রা হাঙবগী মুংশা থীনত্থুনা লৈনরম্মী।

অসিগুম্বা মতম অসিমক্তদা ব্রাহ্মনীনা মাগী মপুরোইবা সুদামদা হাঈ, "যেংবিযু অরেপ্পা লৈতনা চুথরিবা নোংজু অসিদা ঐখোইগী মত্রবা থাংপোকশংসি শোঈদনা তেক্লগনী। কনাগুম্বশিংদগী থরদং হাঈজ নিজরুবগা শেমজিন শাজিন্দ্রবদি থাংপোক অসি তেকপ্রবদা ঐখোঈ কদাইদা লৈগদগে?"

সুদাম, ভাইহাক কুইবফাওবা নিঙবা কাঈনা মাগী মুপীগী মাইকৈদা যেংত্থুনা লৈবে, অত্থুগী তুংদা অশাংবা মুংশাম্বব অমা হোন্দোক্লগা হাঈরকই "কদাইদা চংলু হাঈবগে? বনাদা কদাইদা হাঈজ নিজরুশিগ? চকচাংদা নিঙথীবা ফি অমাফাওবা শেত্রে পুক্কুম্ম করি অমত্তা যাওদ্রে অত্থুগীম্ম মথক্তা নোংজ অসিদা কোক কুপ্পনবা করি অমত্তা লৈতে। ঈশ্বরনা ঐখোইগী লাইবক্তা কযাদা থীনা তমলমথ্রবা?"

ব্রাহ্মনীনা হাঈ, "অত্থুম ওইত্থুনম্ম করিগী নিঙবা কাঈবীরিবনো? অরাবা তারক্লবদি ঈশ্বরনা শোঈদনা ইতেং পাংবিগনী য়েংবিযু, মপাবুং লাইরিক লাইগু হৈবা মীনি। ঈশ্বরনা মপাবুংবুম্ম করিগুম্বা থরা নত্রগা থরদি শোঈদনা পীবীরি। হৌজিক অজ্ঞাগি পুন্সিদা অফবা মতৈ ফংবা ঙমদ্রি, মসিদি লাইবক্কী রানী। ঈশ্বরবু করিগী দে ম তৌরিবনো?"

"ঐ ঈশ্বরবু দোষ তৌদ। ঐকরি কবিগুম্বদা ঈশাগী পুন্সি হিংনবা লম্বী ঈশামক্কা থিদুনা লাক্লি। শিনফম অতগী মতেংনা পুন্সি লম্বীদা খুদোং থীনা নংদনা চৎপা ঙম্বা থবক করি তৌসিগে হাঈবত্থু খঙবা ঙমদ্রি। কয়ারক হন্না হোৎনখ্রে মতুদি ঋষি আশ্রমগুম্বা খবা লিংখৎলগা মতুদা অঙাং থরদং লাক্তুনা তমজবা য়ানবা। তৌইগুম্বসু মতুম্ব ওইহনবা ঙমদ্রে। ঈশানা ঈশাগী ঈগুন থাগত্তুনা শন্দোক্লনগী ইহৈ অতুম্ব তমহৌদ্রে। ঐগী গুরু অমা লৈজরম্মী, মহাকসু ঈচম চম্বা সাধু-পুরুষ ওইরম্মী। ঙসিসু কবিগুম্বদ ঐনা মাবু নিংশিংলকপা মতমদা মাগী শেংলবা তপথ ঈংথনগী শকফম ঐগী মীৎকী মাঙদা শংশংনা উাব। মহাকসু যাম্ন ৱাখিবম্মী। তৌইগুম্বসুং বিদ্যালয় অতু চলাইনগী ভাব গুরুপত্নীগী মথক্তা লৈবম্মী। মহাক অতুদি যাম্না তেংবাং হৈবী ওইরম্মী।'

ব্রাহ্মনীনা শাউনা হাঈবকই, 'অজ্ঞাসু পুন্সিসি হিংননবগীদমক কবিগুম্বা শিনফম অমত্তংদি পাঈখৎপীয়ু। মতুদা ঐগী ইতেং ফংদ্রবদি, মতম অতুদা ঐবু হাঈবীনিংব হাঈবীথু চৈবিনিংবা চৈবিয়ু--। মমাংগী হৌখিবা ৱানা হৌখ্রে ঙসিগী হৌজিক ওঈবিবা থুদোংথিবশিংসি করি করম তৌরগা থরদং কোকচবা ঙমগদগে?"

"হোঈ, অসিগুম্বা ফীভম অসিদা ঙসি অহিংসিমক্তা থাংপোকশং অসি তেক্কনী হাঈবদা চিংননিংঙাই ওইদে। অসিগুম্বা চক্ক-ৱাইনগী মল্লবা থাংপোক অসিনা হুমিং কয়ানিনো লেপতুনা লৈগদবা? অতুদগী ফিৱোল! মথংদা চান-থরব? অশুক য়াম্বা পূম্নমক অসিবু কদাইদগী লৌরুগদৌরিবা? খুল্লোল লৈরোম্নবা অসিদসু ঈনাক-কৈরাক থুনবা অচৌ-অশাং কনাসু লৈতে। কনাগী মফমদা চত্তুনা আশীবাদ পীরুরগা অরাৎপা পূম্নমকসি ফংবা ঙমগনী? ঐনা পূম্নমক ঈশ্বরগী মফমদা শিন্নখ্রে। মহাক্না তাকপীবকপা লম্বী অতুদা চৎলগে।'

সুদাম ব্রাহ্মন য়াম্না চম্বা মী ওইরম্মী। সংসারগী থৌদোকয়াগোকশিং অসিদগী লাপ্পা লৈরমা মহাক্না ওইজ-ওইথক, অহোং-অচাও করি অমত্তা ফংবা ঙমলমদে। লাইর চদংনবগী খম থেংবা থাক্তা যৌরকলম্মী। ভিক্ষা নিরুবদগী ফংলকপা থরা অত্তুনা মাগী ইমুং মনুংগী চয়াতংদি চি লাউনা কোম্নত্তুনা তিংজরকই, তৌইগুম্বমুং নোংমা নোংমগী অরাবা থু'দাংথীবা, অরাংপনা ম.গী মমাংদা মাঈয়োক্নত্তুনা অমম্নুং ওইদা যেংত লেপ্তুনা লৈরকই।

নোংজুথাগী হাংবনাইদ্রবা অকিবগী মশক ওইববা নোংনা ফুদিংফুনা চুবদগী নোংগী অকম্বা চৈনা ফংবদগী খাঙব ঙমদ্রত্তুনা, সুদাম ব্রাহ্মনগী খাংপোকশং লেপলম্বদগী ফমথগ্রে। হৌজিক খাংপোকশং অত্তু লেপহন্নব, মখোঈগী পোং অমদি পাম্বে করি অমত্তা লৈত্রে।

অকনবা নো জুলত্তা সুদামগী ইমুং মনুং উপাল অমগী মথাদা থুপচফম ফংজগ্রে। সুদাম অমম্নুং ব্রাহ্মনী মখোইগী মচা অনিবু কোঈশিল্লগা য়াম্না হুংঙাইতনা ফমলম্মী। ব্রাহ্মনীনা মখোঈগী থুদোং থীবশিং অত্তুদগী কোকচনবগীদমক খঞ্জবা আশা কয়া মাঙখিরম্মী। মতৌ অম্নুম তৌনা থনফম খঙদ্রবা অমম্বসিদা করিগুম্বা অমদগী মঙাল অমত্তম্নু ফংলমদে, মতৌ অম্নুম অম্নুম তৌনা থুদোং চাবা ফংজনবগী পুংফম খজিক্তম্নু মখোঈগীদমক্তদি বিধাতানা মখোঈগী মরাউবক্তা তম্বীবমদ্রে।

ঙাইহাক কুইবফাও তুমিন্না ফম্নরবগী তুংদা অশাংবা নুংশাম্বর অমা হেংন্দোক্লগা ব্রাহ্মনীনা হাঈরকই, 'তাবীরিব্রা।'"

"করিনো?'

"মপাবুনা করিগুম্বদা হাঈবীখিবদাই— মথুরাগী নিংথৌ মচা কৃষ্ণ গুরুগী অশ্রমদা মপাবুংগা লোইননা লাইরিক তমমিন্নখি হাঈনা।

ঐনা তারে— হৌজিক মহাক দ্বাবিকাদা লাকতুনা মুংঙাই-য়াইফনা শৈররে হাঈনা। অমুক্তংদদি চত্তুনা মাগা উনবিরুদনা।"

কৃষ্ণগী রা নিঙশিংলকপমক্তা শ্রদাম তু-চুংথিরম্মী। তৌইগুম্বস্নং নোংমগী চঙদনা যাদবা পোৎলমশিং রাৎপগী থুদোং থীবশিং অত্তুনা মখোঈদা অস্নক্কী মতীক নিঙবা কাঈরম্মী মত্তুদি মাখাঈদা মত্তেং অমদি থৌনা হ.পকৎপিনবা কনা অমত্তা লৈজরমদে। মহাক্ন মাগী স্নপীদা হাঈ, "হাই। লাইবক ফবা অচৌ অশাংশিংদি, অচৌ-অশাংশিংতগা মরূপ ওইনগদবনী, মখোঈ মশেল হরাউমিন্নগদবনী। নিংথৌগা চাক্লিবগা মরূপ ওইখিবা করিগুম্বদা নঙ তাগ্রবরা ? মাঈথীবা ফং-ক তুনা লাকপনা হৌজিক ঐ নিঙবা কাঈরবা হাঈবত্তু ওইত্তুনা লৈরবনী। করিগুম্বা আশা অমা তৌত্তুনা কনাগুম্বা অমগী মফমদা চঙজরুগে হনবসি হৌজিক ঐগোন্দদি অর্থ লৈত্রবা হাঈবত্ত ওইরব্রবনী।"

মফম অমম্নং মতমনা অসিগুম্বা পীভম অসিদা ওইবকলম্মী মত্তুদি ঈরাক্রত্তুনা লুপকদৌরবনা মনাক্তা শৈরম্বা নাপী—পীনা পামত্তুনা নাপীগী মত্তেং লৌবমক তারম্মী। তোরবা, তেক কঈবা মল্লবা থাংগপাকশং অত্তুনা পীরম্বা মত্তেং অত্তুম্নু লোঈগ্রে। ভিক্ষাদগী ফংলকপা থবা অত্তুনা মখোঈগী নোংমগী চরা অমামকম্নু মশুং ফানা কোম্নরমদে। অত্তুগীম্নু মথক্তা অসিগুম্বা নোংজু মরকসিদা ভিক্ষাগীদমক মখোঈন বদাঈদা কনাগীদা চৎলুগনী ?

মাগী মুপীনা হন্ন-হন্ন হাঈজত্তুনা লাকই সোমদ শ্রদামনা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ কৃষ্ণ উনরুবগী রাফম অসি থনবফাওবা থল্লুদে। য়াম্না কুইরনগী মুংদা মাগী মুপীগী রাত্তু য়ানিংলত্তুনা মহাক্না হাঈরকই, "ফরে, নোং হাংখিসন্নু চৎপদদি মচৎলুরগে।"

উথাদা অহিং চুপ্পা হাংব লৈতনা চুপ্রবা নোং অত্তু নংলুবদগী চোকথ ছইথরবা শ্রদাম অমম্নং মহাক্কী মুপীনা উরে মত্তুদি নোংপেক

থংবা মাইকৈরোমদা মুমিংকী মণ্ডালনা লৈচিনগী মবোল হাইদোক্লুনা মালেমদা মণ্ডাল শন্দোরাক্ল। ব্রাহ্মনীনা থুঙ্গংগী যুমথোঙ মরি মণ্ডাদা ভিক্ষা নিবা থোরকলে।

সুদামনা মচাশিংগা লোইননা অয়ূকী থবক পুম্নমক তৌরগা মাগী মুপীগী মনাক্তা লাকপদদি, মহাক্না ভিক্ষাদগী ফংলকপা চেঙ চরাই থরনা থোংলম্বা চাক য়েক্লাং থিদোরকলে। সুদাম চাবা-থকপা লোইরগা থুনা হৌপথোল অহুগা মাগী মুপীদা হাঙ্গী, "ঈশ্বরগী নাম লোল্লগা নঙনা হাঙ্গীবহুনা মরম ওইহুনা, ঐগী লাইবক চাং য়েংলুরগে। অঙাংশিংসি নঙনা নিঙ্গপিনা ঙাক শোল্লমগদবনী" সুদাম মাগী চৈশু পাঙ্গীথংলে অহুগা চংখ্রে।

মাগী মুপী ব্রাহ্মনীনা মীকুপ থরা মাবু থামলে অহুগা অপীকপা থাউ মচা অমা শিম্নরগা হাঙ্গী, "মরূপকী মফমদা চংপদা করিশু করিশু পুদনা চংপীরোইদোবনী। থাউ অসিদ নহাকী মরূপকিদমক থুদোনপোং য়াওরবনী। নঙদি নি-থোক্তুনা চারগা মুমিং মণ্ডা-তরুকনিদা দ্বারিকা য়ৌগনী। অহুফাওবা ঐদি মফম অসিদা অঙাংশিংগা লেইননা ভিক্ষান-চিংবা চঙনা করিগুম্বা উপাই অমা তৌহুনা লৈহৌবা তারিবনী।"

দ্বারিকাগী লু নাল্লবা লম্বীদা, সুদাম ব্রাহ্মন চংলকলম্মী — তোল্ল-তারবা, মল্লবা শেগাইরবা কৈজোম, মরেংবান্দা শেগাইরবা ফুরিৎ অমসুং মথুত্তা থাউ অমা য়ান, মশা অপুম্বা উফুলনা পুমতৈ-তৈরে। মথোঙদা করি করিগুম্বদা তিংথং যুবনা ঈ থোকলম্মী। হাম্রনা শোল্লবা সুদামদো লমশাং চংলকপগী অরাবনা অমুকা চেম্বা শোম্বখিরম্মী। চোকথ-হুইথবনা মাগী মথোং থক-থক নীকলম্মী। নিংথৌ কেম্নুংগী লম্বী হংল হংলগা তপ্প তপ্প লাক্লুনা নিংথৌগী সনথোঙদা মহাক থুংলরে।

কৃষ্ণগী চীং-লেম্নবা নিংথৌগী কোগ্নং, লৈতেং-খোংতেংলবা শোঙ-শংবাশাবু উরগা সুদাম মপুক্লিংদা ইকাইবা অমসুং হজোইবা শোকলম্মী।

মপুক্সিংদা রাফম কয়ামরুম খল্লকলম্মী। খণ্ডব্রে— কৃষ্ণদা করম্ব লমচং চৎলদগে হাঙ্গৈবা। অত্তুম ওইহৃনম্ম, থৌনা হাপকত্তুন মহাক্ন থোক্তশংবদা নিংথৌ কৃষ্ণগা উননবগী মশাগী নোঙ্গ রাহৈ হাইজরম্মী।

থোঙশংবনা, মহাকপু খোঙদগী ভোন ফাওবা য়েংই। মহারাজ শ্রীকৃষ্ণগা উনবা নিংথৌ নিংথৌরেন লানমী, ঋষি মুনি কয়া কয়া লাকখিরম্মী। অত্তবু অম্রক তোনবা মীদি কৈদৌঙৈদম্ব্ স্বকলাক লাকখিত্রি খনখি। মহাক্না সুদামদা হাঙ্গৈ, "লংকৈ চৎপা। মহারাজ কৃষ্ণগা উনরগা নঙ করি তৌগদৌরিবনো? মফম অত্তদগী লল থুম চান থক্কবা খরদং পাম্বগী ওইরবদি মাঙদা পুককৈ লৈরে অসি তম্মা চংব্রা। নঙগী অরাম থৌরাংবা মফম অসিদা কোক্লগনি। মতুংগীদমক মহারাজদা অরাবা অমুক পীক-রগম্ব।"

সুদাম নিঙবকাঙ্গৈবগী মীনোক নোক্লগা, "ইবুংঙো, ঐদি মহারাজগা উনবা লাকপনি। য ম্না লাম্লদগী মুমিৎ তরেৎ-নিপাম্ম লেপ্পুনা লাক্কুনা থুংজররিবনি। ইবুংঙোনা মহারাজদা শুপ্নগী অসিদং হাঙ্গৈবীয়ু মহুদি সুদাম কৌবা ব্রাহ্মন অমনা মহারাজবু উনজনিংই।" থোঙশংবনা খণ্ডলে মহুদি ব্রাহ্মন অসে কৃষ্ণ উনদনদি হনখিগদবা মীতা নত্রে। মহাক কৃষ্ণদা পাউ পীবা চৎত্রে।

সুদামগী মিং তাবমক্তা কৃষ্ণ খংপ্রেক খংই। মখোঙদা করিগু করিগু তোংদনা মাগী নিংথৌ দরবারদগী চেম্ব্রোরকতুনা মহাক মপান থোরকলে। থোঙগী মপান্দা নিঙবা কাঙ্গৈনা লেপলিবা সুদামবু মহাক্না মাগী মপাম্বোমনা কোল্লগা "সরূপ অম্রক কুইবা মতমাস কদাইদা লৈ-রুরে? অম্রক কুইরবগী ভুংদা ঐবু ঙাসিত নিংশংলক্রী।"

শোল্লবা সুদামবু কৃষ্ণনা থুনা থোরক্কুনা উনরবসিদা সুদাম মশামক অমদি অতৈ দ্বারিকাগী অঙম অথৌ পুম্বা ঈঙক ওক্লপ্রে। সুদাম খণ্ডব্রে

মতুদি তৌরিবসি করিনে। হাঈরিবা মতম অসিদা কৃষ্ণগী থোং নৌরবা, তরু-তরুরবা হকচাংনা সুদামগী হকচাংদগী অমোংপা উফুল তৈখিরম্মী। মহাক্না অকি-অখংগা লোয়ননা হাঈবকই, 'কৃষ্ণ। ঐগী অমোংপা হকচাংসি য়েংউ। নঙনদি ঐবু কোনশিন্নগা নশাগী মমল য়ামলবা ফি রোল মোংহল্লে।" হায়রিবসি কৃষ্ণনদি করি অমত্তা তাদবগুম তৌবম্মী। মহাক্না সুদামবু মনঙ্গন্দা পোত্থনা কোন্নুং মন্নুংদা পুশিনখ্রে। কোন্নুং মন্নুংগী মীওই পুম্নমক্না, কৃষ্ণগী অসিগুম্বা মমাঙদা ওইথোকখিদ্রবা মউনা অসিগীদমক ঙাওনা-শোন্নখিরম্মী।

কৃষ্ণনা সুদামবু মনিনা থাম্লবা সনাগী ফমফমদা ফমহল্লে। মহাক্কী মথাঙ হাম্লবগীদমক মশামক্না সনাগী পাত্র পুরকলে। রানী রুক্মনীদা ঈশিং পুরক্কবা হাঈ। অতোপ্পা রানীশিংনা ফি রোলশিং, হে-লৈনচিংবা পুরক্লবগীদমক হাঈ। কৃষ্ণনা সুদামগী মখোঙ কনা অমত্তবু শোকহন্দে। মহাক মশামক্না সুদামগী মশা-মউ ঈরু-মাঈথজবীরক্লে অমসুং রানিশিংনা মঙোন্দা ঈশিং লানশিপ্রকলে। খোদৌ অসিদা সুদাম পুমঙক ঙকলম্মী। মঙদা থোকপা থৌদোককুম মহাক্না উরে।

মনম মুংশিরবা ঈশিংনা ঈরুথোক্লগা অফবা ফি রোনশিং শেৎচিনবীরবা মতমদা সুদাম থরদং অরাবা পোথারবত্থদাদি কৃষ্ণদা খুদোল ওইনা পীনবা মাগী মুপীনা পীরকপা থাউ অত্থ নিংশিংলকলম্মী। মহাক মুংশাম্থ থীরম্মী মতুদি করিগুম্বদা থাউত্থ কনা অমত্তনা উরম্নরোইদ্রা হাঈনা সুদামগী মীৎয়েংগা লোঈন-লোঈননা কৃষ্ণগী মীৎয়েংশু তুংইন তুংইন্ননা য়েংই অমসুং অপীকপা কাংদ্রমগী মওং মানবা অমা মাইকৈ অমদগী ওন্থবক্লিবা থাউ অত্থ মহাক্না উরুরে।

কৃষ্ণনা চেনশিনাখত্থনা মত্থ খুল্লুরে, অমসুং নোক্লগা হাঈরকই, "ফরে ঐগী ঈনাও মুপীগী খুদোল ওইরম্বা-য়াই! ঐগী পোৎশিং লোয়্ন-থুপ্র

চাবগী নওগী হৈনবী অহু হৌজিক ফাওবা থাদোক্লিনে সুদাম। ঈনাও সুপীনা ঐগীদমক থারকপা পোৎ-চৈ নওগীদমক থমজিল্লিংলিনে ? য়েংউ হৌজিক ঐ অহুক হাক্লা চমত্রবনী অহুগা গুরুগী আশ্রম অহু নত্তে মকমসি। উত্রবরা, ঐবু ঙাক শল্লিবা রানীশিং অসে। নঙনা করিগুম্বা পোৎ অমত্তম্ম মখোইগী মীংয়েংগী রাংমদা থুপ্লা ঙমলাই।"

কৃষ্ণনা থাউ অহু হাংদাক্ল মহুদা চিনি অঙাংবগা লোইননা চগেম, থগ্না য়াওবা থেংনরম্মী। কৃষ্ণনা মহু লৌরগা চখোম্ চখোম্ হুক্লগা হাওরবা অথুম-অহাও চাবগুম্না চারকলে।

রানীশিংনা থাউহু লৌনিওলম্মী, অহুবু মহাক্না অমদ অমদা কোইরোৎ লোৎলে, "হাউরেদা ! ঈনাও সুপীনা ঐগীদমক্তা থারকপা অচাপোৎসে। মসি নখোইনা করম্না হেক ফংবা ঙমগাদৌরিননো ?"

"অহুম ওইরবম্ব মহুদা ঐখোইগীম্ব শরুক য়াওরি। অসি হাইহুনা রানীশিংনা থাউ অহু কৃষ্ণগী মথুত্তগী মুল্লে, অতগা মখোয় মশেল্ অমনা অমদা য়েল্লকলে। অচাপোৎ অহুগী মকুপ থরা লৈপাক্তা তাখিবা অহুফাও থুন্দুনা অমনা অমদগী লাক্লরে। পুম্নমকসি উরগা সুদাম ইকাইবনা লৈক্রক্তা চঙ্লসিরা হাইবহু য়ৌরে।

ঙাইহাক লৈরবগী তুংদা মনিনা থামলবা সনাগী পুথম্দা মথল করাগী মনম্ মুংশিনা হাউরবা অচা-অথক হাপ্লগা সুদামগী মাঙ্দা থম্লার।

চাবা-থকপা লোইরবা তুংদা সুদাম ফমুংদা হীপথনে, মাগী মরূপকী নিংথৌ কোম্লুংগী ফজবা মথং মথং য়েংলকুলে। ঋষি আশ্রমদা মখোইনা নিংথৌ কোম্লুংশিংগী মরমদা তাখিবশিং অহুদগী কোম্লুং অসিনা হেন্না ফজরম্মী। নিংথৌ কোম্লুং অসিদা করিগুম্বা কুম্মৈ কিয়োং থোকপগুম তৌরি। ঙাইহাক কুইবকাওবদি সুদাম মাগী মরূপ্ কৃষ্ণগী কোম্লুংদা লৈরিবনি হাইবা কাউথিরম্মী। কৃষ্ণগী মহুংগী পাউথুবা মীনাই হুপী

মুপাশিং, রানী মহারানীশিংনা কৃষ্ণগী অঙাং ওইরিবৈগী মরূপ সুদামগী সেবাদা অরাং-অপা লৈহল্লোইদোবনী হায়রবসিদা থোইনা পুক্নিং চঙ্‌নখিরম্মী।

* *

দ্বারিকাদা সুদাম্‌না লাকখিবসি মুমীং কয়ানী হৌখ্রে। মকম্‌ অসিদা লাক্‌খিবা মুমিং হুমনি-মরিনিগী মতুংদা মহাক্‌ মযুমদা হল্লগে হাঙ্গনা কৃষ্ণদা হাঙ্গরম্মী, ভৌইশুম্বস্মং কৃষ্ণনা করিগুম্বা অমা নত্রগা অমা হাঙ্গদুনা মুমিং কয়ানিগুবসি খামদুনা থমলকপনী। মানা মাগী মরূপ্‌পু তহা-তহা চৎচলখিবা পাম্‌লম্মদে। করিগুম্বদা সুদামগী নিঙ্‌বা কাইবগী মাঙ্গথোং উবা মতমদা কৃষ্ণনা মাবু মখল্‌ মখল্‌গী ৱারী শারম্মী। মতম অদুদা রানীশিংস্মু মরূপ অনিনা পুম্না রারী মাতাই শারিবদু য়েংলম্মী অমস্মুং মখোইস্মু লাক্রুনা কম্‌লম্মী।

করিগুম্বদা কৃষ্ণনা মাগী মরূপ সুদামদা হংই,— "মরূপ! হৌজিক্কি হাঙ্গরো, গুরু সন্দীপন্‌গী আশ্রমদা নঙ্‌ ঐনা কয়াদা রাখিবা?"

সুদাম্‌ ভুমিন্না লৈ. অদুদদি কৃষ্ণনা নোক্লদুনা রানীশিংদা মাগী অঙাং ওইরিবৈগী রারি তাইহল্লকলে "খঙলেদনা. গুরু সন্দীপন্‌গীদা ঐনা কোম্না থুংলম্মী, সুদাম্‌না মকম্‌ অদুদা হাম্না থুংলম্মী। মুমিং খরনী মাপা লাইননা লৈরগা ঐনা আশ্রমগী চৎনলোল্‌ তম্‌লম্মী। গুরুনা অমুক্তং তাক্‌পীরবা অদো ঐখোঙ্গনা নিঙশিংবা তারম্মী। ঐদি পোক্‌পদগী শাস্ত্রোট ওইরকই। করগা নিঙ্‌শিংবগুম্বগী শক্তি ঐঙোন্দা লৈরম্‌দে। সুদাম ঐগী থুংদা লৈ। ঐনা লোন্তুনা লৈ অদুগা মচাক-সিনা ঐবু কাঙ্গথি থি। করিগুম্বদা ঐবু মানা হেন্না রাহল্লগে খল্লকুবা মতমদদি ঐ চাক লামলে হাঙ্গদুনা ঐনা হীপথরম্মী। সুদামনা ঐগীদমক

বোন্দগী চাবা য়াবা করিগুম্বা থরা পুরক্তুনা ঐবু পীজে। অদুগা য়েংউ, গুরুগীদগী থোরক্লহ্না ঐখোই অনি কাঙ্গনখিবদগীদি সুদাম কৌবা মরূপ-সিনা করিগুম্বদা নিঙ্‌শিংবকাও নিঙশিংলকখিদ্রে।” কৃষ্ণনা হৌনা নোকই।

মরূপকী রাহৈশিং তারগা সুদাম্ য়াম্না চিংনরবলে। করি করিগুম্বদা মহাক্না পুম্নমক কাউথোক্লগ, থাঙ্গ শেংবা অঙাং ওইরিঙৈদা থোকখি ওইখিবা অমসুং মহাক্কী অমদি কৃষ্ণগী ঙুংঙাইরবা রাহৌশিং মহাক্ নিঙশিংলকলে।

সুদাম্না রাহৌ অমা তাহল্লী, অমুক্তি ঐখোঙ্গী অনি উমংদা শীং থিবা চৎলুই। ঈমা গুরুনা ঐখোঙ্গী অনিনা চাননবগীদমক্ উহৈ থরা চিনি অঙাংবগা লোঙ্গনন্দা ফি অমদা পুনশিনবিরে অদুগা কৃষ্ণগী মরেংবান্দা য়ানশিনবিরে অদুগা হাঙ্গি,— ঈচাশা! চাক্ লামলবা মতম্দা মসি চারগা ঈশিং থক্কদবনী। উমংদা কৃষ্ণনা উমথক্তা কাখৎখরে অদুগা উশা কক্তুনা থাদরক্রে। মহাক্না চানা অমদি চিনি য়াওরিবা থাউদ্রু ঐগী লেংবান্দা য়ানশিল্লি। ঙমিদাং রাইরম্ ওইশিল্লক্লবদা নোংলৈ নুংশীৎ শীৎলক্লে। ঐনা কৃষ্ণবু কুমথরক্লবগীদমক্ হাঙ্গী অমসুং ঐখোঙ্গী শীং পুদুনা থুনা য়াঙ্না আশ্রমলোমদা লাক্লে। নোংলৈ-নুংশীৎকা লোঙ্গননা নোংসু তাবা হৌরকলে। মন্থনা লন্থী থিবা ফংদ্রে অমসুং ঐখোঙ্গী লমঙাওনরে। ঐনা নোংদগী ঈশা কম্নবা থুগ্রুনা লৈবিবা উপাল অদুগী মথা অদুদা কৃষ্ণ লৈরমদ্রে। ঐনা কৃষ্ণবু কৌই, তৌইগুম্বসুং মহাক্ পাউথুম্ অমত্তা পীরক্তে। নোং হাংবা কৌবা লৈরমদে। ঐ চাক য়াম্না লামলকলম্মী কৃষ্ণ যাওদনা ঐনা চানা চিনি চাবা মসি অচুম্বা নত্তে থলম্মী, তৌইগুম্বসুং লাম্বনা ঐ থাঙ্বা ঙমত্রহ্না চারে। কৃষ্ণগী শরুকসু ঐনা পুম্নমক চাথোক্লে। হৌজিক রাকম অসি কৃষ্ণনা

নিঙ্‌শিং নিঙ্‌শিংহৌনা মফম্ মফম্ খুদিংদা য়াম্না কন্না শন্দোকলি। আশ্রমদা ঐনা মাবু কয়া নুংশিনা তৌখিরম্বা অমম্মং মতৌ করম্ তৌনা মহাক্কী অরাবা খুদোংচাদবা কয়া কোক্‌হনখিরম্বা মসিগীদমক্তি করি অমত্তা খম্ন-নৈনরমলোই, তৌইগুম্বস্নং ইতোমতনা ঐখোঙ্গী অনিগী শরুক চাখোক্‌খ্রে, রাকম অসিমখক্তংদি মহাক্‌না নখোঙ্গীদা তমহৌনা নোক্লমগনী।"

নুমিৎ খরনিগী ভুংদা সুদাম ময়ুমদা চৎনিঙ্‌বগী রা কৃষ্ণদা হম্ন হম্ন হাঙ্গীরকলে, "নঙগী ননাও নুপীদো নিঙথি নুংঙাইতবা থাংপোকপং অহৌদা অঙাংশিংগা লোইননা মতোমতা শৈাহৌই। য়ুম্‌বা•বগী অরাবা খোদোক্ খুদিংমক ঐখোঙ্গী অনি পুম্না পাঙ্‌খোক্‌মিন্নবনী। হৌজিক মতোম্‌তনা য়ুম্বানবগী থবক্‌শিং পাঙখোক্লবা হোৎনবদা অরুবা ওইরম্লগনী। লাইবক্ ফবনা নঙ্‌গা উনজবগী খুদোংচাবা অহৌম্নু কংলে।"

"মরূপ অহৌক্ থুনা। তহা-তহানা ঐনা নঙ্‌বু করম্না চৎহনগদৌরিবনো? গুরুগী আশ্রমদা লৈমিন্নখিবগী হন্দক্‌তং উনরি। মসিগী মমাঙ্‌দদি নঙ্‌না ঐবুস্নু উনরদে ঐনস্নু নঙ্‌বু উনরবা ঙমদে। হৌজিক্তি লাক্লুনা উনরে, নুমিৎ খরনিদংগা লৈখো।" রাকমসি কৃষ্ণগী কয়ারক্ হম্না হাঙ্গীরবা বাহৈ ওইবম্মী।

রানীশিংম্নু সুদামদা নুমিৎ খরনিদংগা লৈখবিনবা হাঙ্গী, "মহারাজ, হৌজিক ফাওবদদি নহারা গুপ্নগী মহারানী রুক্মিনী থক্লুনা সেবা তৌহনবীরি। ঐখোঙ্গীবুদি সেবা তৌজনবগী খুদোংচাবহৌ পীগীরোইদ্রা? করম্না তহা তহা হেক্লা লেঙবীখিগদৌরিবনো।"

সুদাম রাখন্দা ফুম্বংনখরে। মহাক্লা থাম্নি মহৌদি থাজৈশেংনা কৃষ্ণগী রানী কযামুকসিনা ঐগী সেবা তৌবা ভারবদি ঐ চহী কন্না দ্বারিকা পুরীসিমক্তা লৈবা ভাই। থঙ্‌ত্রে, মফম অহৌদা ঐগী ব্রাহ্মনী অমস্তুং অঙাংশিংগী ফিজনৎ।কাম্ম তৌরমগনী। কৃষ্ণনস্নু অস্নুম্না হাঙ্গীখি

মহুদি, মাগী হুক্তনা পাউ লৌরুরে মহুদি অঙাংশিং অমদি ব্রাহ্মনী মুংঙাইনা লৈহৌরি। তৌইগুম্বস্মুং ঐ ঈশামক্কী মীৎনা উরুদনা রাকম অসিদা ঐনা করম্না পেনখোক্তুনা লৈগদৌরিবনো ?"

সুদামনা হম্না হম্ন হাঙ্গিজবসিদা খাঙ্বা ঙমত্রহুনা কৃষ্ণনা সুদামগী রাকম অহু য়ারে। মহাক মযুমদা চৎথিবা য়াবগী য়াথং ফংলে। সারথিদা কৃষ্ণনা রথ থৌরাং তৌনবা হাঙ্গিব্রে।

রথতা চৎলগনী হাঙ্গিবসি খঙ্লবদা সুদাম অরাবা ওইরে। মঙোন্দা অকিবা অম: ফাওরম্মী মহুদি সারথিনা কদাইদা চৎলগা রথ খামগদৌ-রিবা? ঐগীদি থাংপোক্শংফাওবস্ম লৈত্রবনী। খঙ্দ্রে. ব্রাহ্মনী অমস্মুং ঈচাশিংহুনা কদাইদা চঙজহুনা লৈরমগনি। সারথিগা লোঙ্গননা চৎপা হাঙ্গিবসি ঐগী য়াম্না ইকাইনিংঙাইনী।

মহাক্না কৃষ্ণদা হাঙ্গি. "কৃষ্ণ ঐ ব্রাহ্মণী। মতম্ লৈবা খিবিক্তা কোইচৎ চৎপা হাঙ্গিবসি ঐগী হৈন্বীনা। ঐ খোঙ্না মুংঙাইনা চৎচখ্রগে।"

কৃষ্ণনা হাঙ্গি, "করিগুম্বদা কোইচৎ-চৎলমগনী, হৌজিক্তি রথতা চৎলগদবনী।

সুদামগী চৎকদবা মতম ওইরে। মরূপ অনি মুংশিনা লেং-গোম্লরে। রানীশিংনা সুদামগী খোঙশোক্লা থুবমলে। কৃষ্ণনা অমুক্তা সুদামদা হাঙ্গিরকই, "মরূপ, পাউথুমসি পীরম্লগা চৎলু, ঈচাশিংগা লোইননা ঈনাও মুপী পুহুনা থুনা অমুক লাকনিকো ?" "হোঙ্গি লাকে" হাঙ্গিরে অহুগা রথ তপ্ন তপ্ন মাঙলামদা চৎলক্লে।

ঈহাং হাংবা রথ অহু উবগা সুদামনা নিঙ্বা কাঙ্গিবা মীৎয়েংনা য়েংই। মানা মাগী মপুক্লিংদা খল্লি, "নিংথৌসিগী মহুমদগী করিস্নু পীদ লৌদনা কাঙ্গিনবগী য়াথং ফংলে। থবক অহুগীদমক্তা থাপত্রবা মকম

অহুদগী লাকপনী থবক অহুদি করিমগুম্সু পাঙ্ ণোক্রে। থুং তাঙ্না লাকপগুম্ করিগু করিগু পুদনা যুমদা হন্বা তারি। ব্রাহ্মনীনদি মহারাজ কৃষ্ণদগী মপাগী অরাং-অপা কয়া কংগনি হাঙৈগী আশা তৌজখি। করিগু পুদনা য়ুমদা থুংলগা ঐনা মঙোন্দা করি হাঙৈরুগনী? কৃষ্ণনসু ঐগী লৈত্ত-লাইরা উরবদফাও মাঙৈকে অসিদা খজিক্তা ফাওবা থনবীখিদ্রবরা?"

তপ্প-তপ্প রথ অহু সুদামগী থুঙং নকশিল্লক্লে। সুদামনা লম্বী অহুদি থঙ্লম্মী। শকৃথঙ্বা যুমসু থোংনরে। সুদামগী খাংপাকপং লৈহৌবা মফম্ অহুদসু থুংলম্মী। তৌইগুম্সুং হৌজিক্তি মফম অদো য়াম্মক রাং চাউরবা দলাল্ অমা লেপ্তুনা লৈরম্লে। সুদাম পুম্ঙক্ ঙকলে। মহাক্না থল্লৌ মহুদি সারথিনা মাবু লম্বী লাম্না পুরক্লবরা হাঙৈনা। মতম্ অহুদা মানা উরে, অঙাং অনি নিংথৌগী মচাগুম লৈতেং-থোং-তেংলহুনা, সুদামবু উবমক্তদা পাবুং পাবুং কৌরহুন চেল্লক্লে। সুদামনা মাগী মচাশিংনা কৌরকপা অহুদগী মচানী হাঙৈবদি খঙ্লে তৌইগুম্সুং মখোঙৈগী ফিজেৎ লৈতেং অহুদা মহাক্ ঙকখ্রে।

চাদ-থক্রবনা ময়াং কংলবা, লাঙৈর-চুদংনবী মাগী ব্রাহ্মনীনা ফজরবা য়ুম্ শারে, রেশমগী ফিংরোল থেং ইল্লদনা সনা হীরা মনি মুক্তাগী লৈতেংশিং শিরহুনা ফজনা মথুত্ত আরতীগী পুথম্ পাঙৈরগ মনাই নুপী-শিংগা লোঙৈননা সুদামগী রথকী মাংকৈরোমদা লাকপা উরুবা মতমদা সুদাম ঙক্পগী ওমথৈ লৈ খদ্রে।

সুদাম মমীৎ কুপ্তুনা মাইকৈ মরীমক্তা কোঙৈনা য়েংহুনা লৈরম্মী। ব্রাহ্মনীনা মাগী আরতী হাইথরে অমসুং যুমদা চঙ্ননবা হাঙৈজরম্মী। সুদাম অঙকপগী ঈরোম্নুংদা লুপ্তুনা লৈরম্মী। ব্রাহ্মনীনা সানা ঙক্লীবগী মরম খঙ্লে। মহাক্না হাঙৈরকই, "করিগী ঙক্পীরিবনো? মপাবুংদি

দ্বারিকা পূরীদা লেঙখিদ্রনা সুমিৎ কয়ানিমরুম্ লৈবিরুরে। মকম্, মুংঙাই য়াউফবা অদুনা মপাবুংনা ঐথোঈবু কাউথোক্পিখিরম্মী, তৌই-গুম্বসুং নহাক্কী মরূপ্ কৃষ্ণ মহাক্নদি নহাক্কী অশেংবা মরূপ্নী হাঈবা সাক্ষি উৎলরে। মরক অসিদা মহাক্না মাগী হৃত অমসুং মীশিং থারক্তুনা ফজরব নিংথৌগী কোম্মুংগুম্বা য়ুমসি শাহল্লরে, কোম্মুংসিদা মুংঙাই-য়াইফগী থৌরাং পুম্বা তৌহল্লে। পুম্নমক অসি মহাকমক্তা পাঙ্থোক-পীবনী। অম্মাদা মহাক্না পুম্নমকসিগী মরমদা করি অমত্তা হাঈজ্রা?

ব্রাহ্মনীগী মাশিংসি তারগা সুদাম নোক্লক্লে; "থাঈজেশেংনা কৃষ্ণনা ঐঙোনমক্তদা করেম্মরি। মহাক্না ঐঙোন্দা করিগুম্বদম্ম সুকহাঈমক্ হাঈ-খিদে মহুদি ঐগী ঈমুং মমুংগীদমক্ মুংঙাই য়াইফজনবগীদমক্ অসুম তৌবীখ্রে হাঈবসি।"

খঙহৌদনা সুদামগী মমীত্তা পিনা ঈহৌরকলে। তৌইগুম্বসুং পি অদো অরাবগী নত্তে, অশেংবা মরূপ অমবু নিঙশিংলক পগী পি ওইরম্মী।

# যুধিষ্ঠিরগী স্বর্গা কাবা

শ্রীকৃষ্ণগী মতেংনা পাণ্ডবনা মহাভারতকী লাল্ জয় ওইখ্রবা মতুং চহী কুন্থ্রাতরুক্ শুবকলম্মী। পাণ্ডবনা কৌরব অমদি শকুনী, কর্ণ, শল্যগুম্বা মখোঈগী মতেং পাংলম্বা পুম্বা মাঙ্হন্ তাকহনখিরম্মী। থাঙ্গোশংনা হাঈববদা মখোঈনা য়েক্লতিংখং লৈত্রবা লৈবাক্ ফংখিরম্মী।

দ্রৌপদীগী ষ্কি মুনবগী লমন্, ভীমনা দুঃশাসনগী মথবাক্ শেগাঈদুনা মাগী ফোঙ-ফোঙ শাবা ঈ খুজোক্ খুজোক্ থকখীরম্মী। অসিতা নত্তনা দুর্যোধনগী মথুকউ য়ৈখাঈরগা, মাগী মকোক্ অদু খুত্তুম্না থুগাইবগ' মহাক্না মাগী যেক্লবগী লমন্ মপুং ফানা খুমখিরম্মী।

তৌইগুম্বস্নুং হৌজিক, চহী কুন্থ্রাতরুকী মতুংদা মঙোন্দা য়াম্না ওক্পা রাখল্লোন অমা ফাওরক্লম্মী। মহাক্না অম্নুম্না থল্লে মদুদি লৈপাক্ ফংননবগী লাকপিবা তিংখংশিং অদুদি মখোঈনা মাঙ্হনগ্রে, লোইনবা তিংখংগা লোঈনরক্পা লৈশিং অদুস্নু ওম্না মাঙহন্ তাকহনগ্রে।

অসিগুম্বা অকিবগী মশক্ ওইবা, পুন্নমক মাঙ-তাক্পা লাল্দা শুপ্নগী মী ভরাদং হিংহৌখিরম্মী। তরেৎনা পাণ্ডবকী মাইকৈদা অদুগা অদুম্না কৌরবকী মাইকৈদা।

যুধিষ্ঠির মহারাজ জয় ওইরে, মাঙ্গথীবগা মান্না থোকলম্মী। কয়ারক হন্না মানা থলম্মী মদুদি মহাক মাঙ্গথীরে, মহাকমক্তা জয় ওইবা হাঈবদু ফংলবনী, অদুবু মঙোন্দদি মাঙ্গথীবা ওইনা থোক্লরে, মরমদি

হস্তিনাপুরগুম্বা চাউরবা, য়েরু-তিংথং লৈত্রবা, পাক-চাউরবা লৈপাক্ অসি ফংবগী মুংঙাইরবা উৎসব পাণ্ড্থোক্লবগীদমক কনা কনা লেম হৌরিবগে ?

অভিমন্যু, ঘটোৎকচ, ইরাবান্, দ্রৌপদীগী মুংশিজরবা মচা মজা দুর্যোধনগী লক্ষ্মন কর্ণগী মচাদুপা অনি কৌরব চাম্মা, অনৌবা মরী মতাগী মীওই পুম্নমক লালদা লোইনা শিখিরম্মী। মাইকৈ ১বিদা টৈরম্মী— নুপ্পাশিং অমদি মপা লৈত্রবা মচাশিং। হস্তিনাপুরগী কাচিন কোৎয়া থুদিংদা মীকপ-মীরাওপোনগী থোঞ্জেনতা তারকলম্মী।

অসিগুম্না অকিবগী মশক ওইবা মীওইববু মাঙহন তাকহনবসিদা দেশকী ক্ষত্রি সমাজ পুম্না মাঙ-তাকখিবম্মী। ভগদত্ত, ভূরীশ্রবা, জয়দ্রথ শল্য, কর্ণ দ্রুপদ বিরাট পিতামহ ভীষ্ম আচার্য্য দ্রোন পুম্নমক লালসিগী মাঙ্হনতাকহন্নিবা মদা মশা মশামক্ থাদোল্ ওইনা কৎলে। লৈপাক কয়া কয়াগী নিংথৌগী মচা নুপ অমত্ত লেমাহৌদ্রে। নিংথৌগী সিংহাসনদা নিংথৌমচা নুপীনা ফম্না তারম্মী।

নিংথৌ শাগেগী অসিগুম্বা লাঞ্জাও খোকপাসিনা আমীর, নাগ, জবী অসিনচিংবা জাতিশিংনা মখোইগী মকোক্ হাইগৎলব্লম্মী। অমম্বং পীক্ল-চাউনা লাল হৌ কয়া হৌত্ত্না ৫৫ নৈব হৌরক্লম্মী। গুপ্তগী অসিতা নত্তে, দ্রৌপদী মশামক্, মাগী মশম পাঙ্গৈত্তুন চিংখিবা আততায়ী কৌরবশিংদা লমন্ থুম্নবগীদমক্ থৌরাংনা ভাইখিরম্মী অদুবু হৌজিক কনাবু শাউনিংবা, কনাবুনা পেন্দবা লৈখিদ্রে। মতম্ চাদনা লুপ্পা ওইহৌরবী মাগী মচাগী মমৌ উত্তরাগী নিঙ্বা কাঙ্গৈরবা মাঙ্গৈথোং উমপা মাগী থম্মোইদা ঈপাক্তা অর মুংনাংবগী ঈথক-ইপোম হৌরক্লম্মী।

ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী বিদুর অসিগুম্বা অকিবগী মশক্ ওইরবা থৌদোক থৌওং অসিদগী নাম্থোকচবা ফংননবগীদমক্ বোন্দা লাইনিংবা

চৎশিরম্মী। লাল্গীদমক্তা মতম চুপ্পদা থৌনা হাপলম্বী কুন্তী মাতাম্ব গান্ধারীগা লোইননা বোন্দ চৎশিরম্মী, অমস্থুং মখোই পুম্নমক্ মফম্ অত্থুদা অকিবগী মশক্ ওইব বোনগী লাম্মৈনা চাক্খিরম্মী।

হৌজিক্ কনাগা লোইননা মৈমিন্নথুনা লৈপাক্কী ফুংজাইবা ফংগদৌরিবনো ?

কণগী মীশিনা মখোন্দা পুম্নমক্কী হেন্না ফুংজাইতনিংঙাই ওইরম্মী। মহাক্কী থৌনা শিংজেল্ ফববা, দানবীর মচিন মনাওবু মহাক্মক্কী মথুংমক্তা হাংখিরম্মী। থৌদাক্ অসি নিংশিংলুবদা মাগী থম্মোই মৈ হৌনা চাক্খিরম্মী। ভীষ্ম, অমস্থুং দ্রোন হাংখিবা নিঙ্শিংলুবদা অশোক্পা মমন্দা থুম চাইনগুম্ থোক্লম্মী।

অরাবনী অসিগুম্বা লৈপাক্ অসি। অরাবনী অসিগুম্বা ক্ষত্রিয় ধর্মাস।

দ্রোনগী মফমদা মহাক্না লৌনম্ লৌচৎ চৎপা তাখিবম্মী। মহুক মপুন্সিদা ওইদবা ভাঙ্খিরমদে অহুগুম্বা যুধিষ্ঠিরনা লৈপাক্ পাম্বগীদমক ওইদবা রা ভাঙ্বা তাখি। লৈনাইদগী খোঙ্থাং অনি ওাংনা চৎপা যুধিষ্ঠিরগী রথ, মথা লেমাইদা তারকখিরম্মী।

"কয়াদ তমথিরব, কয়াদ ভক্লবা সংসারসে।" যুধিষ্ঠিরনা খল্লম্মী। "ইপা হাংলে, গুরু হাংলে, ইতোল্ মাতুল, মরূপ-মপাং; ইচা-ইন্ত পুম্নমক্ ইথুংশিং আসন মাঙ্ঠনখ্রবনী।" যুধিষ্ঠির মশাগী মথুক্তা য়েংলুবদা, হৌজিক্তা থোকখিবা থৌদোক্কুম ঈ তৈরিবগুম্ উরে। মাগী সংসারগী রাথল্ পুম্নমক্ থুদক্তা মাঙখিরম্মী। মহাক্ সন্যাস ধর্ম লৌরগে খনখিরম্মী।

শ্রীকৃষ্ণনা, ব্যাসনা, অমস্থুং তেনশিংগী ফমুং মথক্ত হীপ্লিবা ভীষ্মনা মখোন্দা কয়ারক্ হন্না, অহন্না রাদননবগীদমক্ খঙ্হনখিরম্মী। মখোই

## য়ারী পরেং অনিশুবা

পুন্নমক্না হাঈরম্মী মত্তুদি ক্ষত্রিয ধর্মদি অরাবা পীবা, ফত্তবা, সমাজগী য়াংমদা লৈবা লমচৎ নাইদবশিং অমস্তুং পাপিশিংবু চৈরাক্ পীনবগী-দমক্নী। অস্তুম্না তৌত্রবদি সংসার অসি পানবা ঙমলোই। অচৌবা ঙাশিংনা অপীকপা ঙাশিংবু চাথোকই। শেংনা হাঈরবদা মখোঈ অদো ঈপা ওইসনু নত্রগা ঈচিল ঈনাওসু ওইসনু, ক্ষত্রিয়শিংগী ধর্মদি ফত্তব-শিংবু চৈরাক পীবনী। মহুগীদমক্ কবিগী নিঙম্দবা পোক্লিবনো?

য়াকমশিং অসিনা যুধিষ্ঠিরবু মতম্ থরগীদমক তপথহল্লম্মী, তৌই-শুম্বস্তুং অমুক্ হন্না মাগী থম্মোইদা নিঙংদবহু পোক্পা হোয়রকলে।

অশ্বমেধ যজ্ঞগী মরম, ভারতদিগ্বিজযনা মরম ওইহুনা শন্দোক-খিবা উত্তরা-পথবু অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবগী ঙঙাই ফদবা অদুনা, মঙোন্দা অসিগুম্বা লাঙতক্লবগী মরক্তস্তু হৌজিক্ ফাওবা পম্বফম্ ওইহল্লক্লম্মী।

মাগী পুম্নমক্তগী অথোইবা মনমদি শ্রী কৃষ্ণ, মহাক্কী মতৌক মথৌনাতনা মখোঈনা দ্রৌপদীবু ফংবা ঙমখিরম্মী। মহাক্কী থৌজাল্লনা মখোঈনা থোইদোক্না খুদোং থীনিংঙাই ওইরবা লোন্বাসপুস্তু পাণ্ড-থোকহনবীরে। মহাক্মক্কী পুমত্তোন্ তোঙান্বা লৌশিংনা মরম ওইহুনা মখোঈনা চাউরবা লাঙাংগী সমুদ্র লান্থোক্চবা ফংলম্মী। মহাক্ অদো শ্রীকৃষ্ণগী মশক্তা ভগবান নরাযন ওইরম্মী, হৌজিক ফাওবদ মহাক্না অরাবা পুম্নমক্কী ফনবা হীদাক্ ওইরম্মী। মহাক্কী য়াথং য়াওদনা যুধিষ্ঠিরনা খোঙ্থাং অমত্রা থাংবফাওবস্তু অফবনী খল্লমদে।

নোংমা ত্রমিত্তি দ্বারিকাদা চৎলুবদগী হল্লক্লগা অর্জুনা যুধিষ্ঠীরগী মাঙ্দা মথুৎ লোন্নরে, তুমিন্না নিঙবা ফাঈবা মাঈথোংদা লেপখ্রে।

জ্ঞান য়াওদনা, থরাঈ য়াওত্রবগুম্বা অর্জুনগী ফিভমহু উরুবদা, যুধিষ্ঠির গুংশা থীখ্রে। মহাক্না হংলকই, "হাই- অর্জুন, নঙ্না য়াথন্

য়াওব্রবা অমহম্না করিগী লেপ্‌লী ? নঙ্‌না ওসি করিগীদমক্ নিঙ্‌বা কাঈরিবনো ? নঙ্‌গী নমীৎ করিগীদমক্ তুথরিবনো ? ধনঞ্জয় নঙ্‌গুম্বা মহারথী অমনা ওসি করিগীদমক্ থরাঈ পাম্রবা অমগুম্ ওইরিবনো ? থুনা হাঈয়ু, ঐ অকিবা ফাওরে। দ্বারিকাদা করি ওইথোকখিদবা থোদোক্ থোক্লবগে ?"

অর্জুন, যুধিষ্ঠীরগী অসিগুম্বা ঙুংশা থীবা অসি উরগা মশানা মশাবু চেকশিঙ্গবা ওমদ্রে অমম্বুং হাঈনিংদনা হাঈবদা তারে "য়াম্বুং, ঐখোঈগী সারথী, ঐখোঈগী তেংবাংবীবা, থম্মোই চাউবা শ্রীকৃষ্ণ লৈত্রে। মহাক ঐখোঈ পুম্নমকপু থাদোক্লম্লগা চৎখ্রে। দ্বারিকা মাঙ্‌-তাক্লনবা ঈশিং ঈচাওদা লুপখ্রে। যুগী ময়াইনা লৌশিং লৌমাংনহুনা যাদোবশিংনা অমনা অমবু হাংতোকনরে। করি অমত্তা লেমহৌদ্রে, মফম্ অদুদা কনা অমত্তম্ হিংহৌদ্রে।" যুধিষ্ঠীর তুগিন্না লৈখ্রে।

"য়াম্বুং যুগী ময়াইনা লৌশিং লৌমাংনরবা যাদবশিংগী মখোঈ মশেন্ হাংনবা উরগা শ্রীকৃষ্ণ নিংবা কাঈখ্রে।"

মহাক্না হাঈ, "এনা থোইদোক হেন্দোরু মাঙ্‌-তাকপগী মশক অমা কুরুক্ষেত্রদা উখ্রে। হৌজিক অনিরকগুবা ওইনা পুম্নমক মাঙ্‌-তাকপগী মশক্ অমমুক্ য়েংননবগী পাঙ্গল্ ঐঙোন্দা লৈত্রে। অমুক হন্দুনা চৎনবগী ঐগী মতম্ অদু হৌজিক নকশিল্লকল" অম্মুম্না হাঈবগা, মহাক্না মাগী বথ অদু নোংপোক থংবা তীর্থরোমদা থোখ্রে অমসুং মফম অদুদা দেহগা প্রানগা কাঈনরগা, ঐখোঈবু কনা লৈজদ্রবা ওই-হনবীরমলে।"

যুধিষ্ঠিরদো মসি তাবদা মরু ফুক্না যাল্লবা উপানগুমখ্রে। মচিন মনাও মঙা অমসুং তরুকগুবী দ্রৌপদী পুন্নমক্না মহাকমরু থরাঈ ওই জরম্বনী। মহাক অদো চৎখ্রে। হৌজিক মফম্ আসদা লৈনবগী মরম্

করি লৈরি। মহাক্না হাঙ্গবদগী যুধিষ্ঠিরনা মশামক্কী লৈবাক্ থাদাক্খিদবনী, অদুগুম্বা লংলা অত্ত তংগ্রে। ঈচেনগী খোঙবান্দা পুনবা থৌরী অদুমক্ তংগ্রে। হৌজিক্ তি অদো, সংসার অসিদা পুন্দূনা থন্নগী কাম্নবা করিনো ? অর্জুন্না হাঈ, য়াম্নুং, শ্রীকৃষ্ণনা থুপখিবসিমক্ ঐগী আত্মাসিংক মাঙখিবগুম্মী ঐগী পাঙ্গল শক্তি পুম্নমক মাঙ্গখ্রে। পনবদা ইকাইবা য়ানী যাদব নুপীশিংবু পুত্তুনা ঐনা লাক্পা মতম্দা লম্বীদা পঞ্চনদ দেশকী অহীরশিংনা ঈথ ঈদা চান্দারকখি। ঐ, মখোইশিং অদুগী ঙাক-শেনবা ওইরম্মী অদুবু য়াম্নুং ঐনা মাখাইবু ঙাক-শেনবা ঙম্খিদ্রে। ঐগী গাণ্ডীবগী লীরি কাওবা চিংবা ঙম্মিদে। করি হাঈরগনী য়াম্নুং মুংঙাইতনা তামস্রুং ইকাইবনা ঐ ঈশামক অহোবা লৈথুল লৈরবদি চঙ্ক্রসিবা শনক্রবনী।”

যুধিষ্ঠিরনা অস্নম্না হাঈ, কনাগুম্বা অমামক্না হাঈবগুম্না “মহাক অদুগী মমিংবু কাল কৌই। কালনা নাপীবু চীংজাও ওইহল্লি অদুগা চীংজাওবুস্লু নাপীগুম্ নেমহনবী। শ্রীকৃষ্ণগী থোজাম্না ঐখোঈ মেক চীংজাওগা মান্নন। য়াংখিরম্মী অদুবু মহাক অদুনা চৎখ্রবদা হৌজিক্ ঐখোঈ নাপীগা মান্ননা নেমখ্রে।

“হৌজিক নঙ্ পরীক্ষিৎপু রাজ অভিষেক্ তৌননবা থৌরাংশিং হৌরো। হিংগৈবিবা যাদবশিংবু ইন্দ্রপ্রস্থদা থুন্দানগী থৌরাং তৌ। হৌজিক ঐখোঈ খোঙশানবা তারবনী, মতম চুপ্পগী ওইনা চৎলগদবনী। কাঈনবা, হস্তিনাপুরসি কাঈনরগদবনি। শ্রীকৃষ্ণ লৈত্রবদা হৌজিক্ ঐখোঈনা মফম্ অসিদা কারিগী অমুক লৈরুখিগনী ?”

অমুক ঙ ইহাক্ য়াথন্ তৌরগা, ঙপ্পা হাঈরকই, তৌইগুম্বস্নুং দ্রৌপদীদা অসিগুম্না অরাবসি ৱবম্না ফংহনগদৌরিবা ? মহাক্কী ঙাকপী কন্বীনবস্নু শ্রীকৃষ্ণমক্নী, অদুগা হৌজিক্ ঐখোঈস্নু লৈররোই।

মরাঈবক্ থীরবীদুনা মসি তারগা করি ওইরগনী ?”

দ্রৌপদী পাউসি তারবসু কপত্রে। অসিগুম্বা থোইদোক্লা অরাব। পাউসিনা মাগী কপ্পগী চাং হস্সহাল্ল।

ভুমিন্না, জ্ঞান তাদনা পুন্নমক্লা মতম চুপ্পগী ওইনা হস্তিনা থাংদোক্লনবগী থৌরাংশিং হৌনখ্রে। মখোঈ পুন্নমক্কীদমক্তদি শিবা নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্তনা তোপ্পা তোত্তাম্না লৈহৌবা ওয়রোই।

যুধিষ্ঠিরবু যশাগী লেপখ্রিবা ফিবেপসিদগী চন্দোকহন্নবগীদমক্ হস্তিনাগী প্রজা কয়া কয়া লাক্লরক্লে। যুধিষ্ঠীরনা হৌজিক চাউরকলিবা পরীক্ষিৎপু উহল্লগা, যুযুৎসু অমসুং সুভদ্রাগী পাউতাক্লা মখা তানা লৈপাক্ ঙাকহৌননবগী পাউতাক পীরে।

মথংগী সুমীৎকী অযুক্কা উকু ফিজেংনরদুনা মখোঈ তরুক হিমালয়গী মাইকৈরোমদা চৎলক্লে। মাঙ্দা যুধিষ্ঠির, থাঈগী তুংদা দ্রৌপদী অমসুং পুন্নমক্কী তুংদা হুই অমা!

চৌবর শান্নভে মাঈথীরবদা, মতৌ অসুম ভৌনা চহী কয়াগী মমাঙ্দা মখোঈ তরুক অসি বোন্দা চৎখিরম্মী। মতৌ অসুন্না হস্তিনাগী মীয়াম্না মীৎতা পি তানা বিদাই পীখিরম্মী। তৌইগুম্বসুং মতম অহূগীহুদি চহী তরাহুমদোইগী তুংদা অমুক হন্নকনী হাঈনা মী পুন্নমক্লা আশা তৌনরম্মী। ওসিগীসিদি মতম্ চুপ্পগী ওইনা চৎখ্রগদবনী— মখোঈ অমুক হন্নক্কলরোই!

ধর্ম লৈবা অহুগুম্বা মখোঈ তরুক অহুগী অদোইবা উনবা ওইরম্মী। হু, মৈ, লৌনম্, জুআ, বোম্বা লৈবা, মাঈথীবা, জয় ওইবা কবিগুম্বা ফিভম অমত্তদা মখোঈনা ধর্মবু থাদোকখিদে অহুগা মচিন মনাও মভাবু অমত্তা ওইনা থমজিবী যজ্ঞগী শেংলবা মৈরিংন্থী দ্রৌপদী। মীয়াম্না মরুলুক্লা লুক্লা থুরুমরি। থাপ্পবা তাম্লবক্কাও চত্তুনা

মখোঈবু বিদাই পীরম্রি অমস্মং অরাবগা লোঈননা হন্নরকখি। তৌই-শুম্বস্নং মখোঈগী হুই অদুমদি হনখিদ্রে — মীওইবগী অশেংবা মরূপ ঙাক্পী শেনবিবগীদমক্ পোক্লক্লবা!

তু-খোং, চীং উমং য়ামং কয়া লাম্থাবকলে, থক-চাদা চাকহন্ কয়া তৌদুনা, অহিং-নুংথিল তুম্বদা চৎপদা শ্রীকৃষ্ণবু নিঙ্জদুনা মখোঈনা অরেম্পা লৈতনা চৎলম্মী। যমুনা লানখিরম্মী, গংগাবুস্নু তুংওঈনরম্মী, হিমালয়গী চীংখাংগী লমদম্ থাদোক্লমলগা মখোঈ মাঙ্লোমদা কাখৎলক্লে।

উম্না কুপ্লবা মুনিশিংগী লাইনিংফম হেন্দোকক্লে মখোঈ নাগা খিরাজ হিমালয়দা কাখৎখরে। য়াংলবা, অস্নুক য়াংলবসিনা স্বর্গগী লম্বীগী থাক্কুম্ ওই। মখোঈনা উম্না কুপশিল্লবা চীংদে নশিংদা কাখৎখরে। মখোঈনা থল্লম্মী মতুংদি মী শিবা য়ানা ঈংলবা অইংবা অসিনা মরম্ ওইদুনা হুই অসি হনখ্রগনা। পুম্নমক্না তুং হন্দুনা য়েংনবম্মী, তৌইশুম্বস্নং মহাক্তি মশা নোম্ মনৈ হাঈরগা মশাদা তারক্লিবা ঊন্ শেংদোক্লগা অরেম্পা লৈতনা লাক্লম্মী। তুংহম্না ফাওবস্নু য়েংলম্দে।

অস্নুম তৌনা খুদাং থীবা অঙম্বা কয় কয়া কাদুনা লাক্লি। মমৈথঙ্দা অরাম খোৗরাংবা অমস্নং লাইনিং-লাইশোন্না শোম্বরবা পাঞ্চালী-দো অরোইবা চৈনা ফংলে অমস্নং মহাক্ থরাঈ থারদুনা তুথখরে।

যুধিষ্ঠিরনা মুংশিবা মীৎয়েং অমত্তং য়েংলম্লগা মাঙ্লোমদা চৎখৎখরে।

ভীমনা থোইদোক্লা অবাবা মীৎয়েংদা য়েংই অদুগা হাঈরকই, "মহারাজ, পাঞ্চালী শিরে। মহাক্না ধর্মদা করি অকাঈবা লৈখিবা মতুংদি মহাক্না ঐখোঈদগী হান্না শিরিবনে।"

পাঞ্চালী এখোঈ মঙাগী লোঈনবী ওইরম্মী অদুম্ ওইরবদস্নু

মানা অর্জুনবুনা খরা ইকাই খুম্নরম্মী ” যুধিষ্ঠীরগী পাউথুম্ পীবা ফাওবস্ম লোইরম্ত্রি মতুদি সহদেব শিবে অমস্মুং অতুগী তুংদা অমগী মথংদা অমা মথং মথং নকুল অমস্মুং অর্জুনস্ম শিরে।

ভীমনা শিরমদাইগী যাম্না অরাবা খোঞ্জেন্দা হংলকই, “ঐদি করিগীদমক্ শিগদৌরিবা মসিদদি হাঙ্গৈবীবু। শিবা হাঙ্গৈবসিদি খুদিংমক শিগদবনী, তৌইগুম্বস্মুং মরমদি খঙ্ফম্ থোকই।”

যুধিষ্ঠীরনা পাউথুম পীরকই, “নঙ্না মসি খল্লম্মী মতুদি নঙ্ গুম্না কনবা কনা অমত্তাক্ লৈতে। চাবদা নঙ্না কনা অমত্তবু ইকাই খুম্নবিবমদে।’

মৈকুপ মরুমদং যুধিষ্ঠীরনা লেপ্নী, অমুক মাঙলোমদা চংখংখ্রে। উনগী চৌংদোল্লোম্দা কাখংখ্রে। হৌজিক্ মহাক্না লোইনরিব হাঙ্গৈববু শুপ্নগী হূই অতুমতং ঙাইরম্মী মহাক অতুগী মউন্ অতু শুপচিন্নম্মী, অমস্মুং মহাক্ মগুবৃশম্ নোম্বম্মী। লৈমাঙ্গদা মনম্ নমতুনা মহাক্ যুধিষ্ঠিরগী তুংথেইননা লাকলম্মী।

উম্না কুপ্শিল্লবা চৌংদোনশিং অতুগী অরোইবা শরক্ ফাওবা লাক্লে। যুধিষ্ঠিরনা মফম্ অতুদা থুংলরবা মতম্দা দেবতার ইন্দ্র রথ অপাইনী পুত্নুনা লাকলম্মী।

“তরাম্ন ওকচরি তরাম্ন ওকচরি মহারাজ যুধিষ্ঠির! লাইরৈপাক্নী মাঙ্গৈকৈদগী ঐনা অদোমবু তবাম্ন ওকচরি। স্বর্গন অদোম্বু ঙাইজরি। রথ অসিদা লেঙথংপীরকলো। কনাগুম্বন হকচাংগা লোইননা স্বর্গদা চঙ্বা হাঙ্গৈবদো ঙাসিগী থোদোক অসিনা অহানবা হাঙ্গৈবতুমক ওইরগনী। স্বর্গদা লৈবদি কযানী, তৌইগুম্বস্মুং মথোঙ্গীগী পঞ্চভুত, স্বর্গদা লাক্ত্রিংবগী মমাঙ্দা মাঙ্হৌরবনী।”

যুধিষ্ঠিরনা ইন্দ্রবু থৰুমাল অতুগা তুইরোমদা মীংযং চিংশিল্লগা হাঙ্গৈরকই, ঐখোঙ্গী অনি আদোমবু উনজবা ফংজনসিনা যাইফবা হাঙ্গৈবত্তু ওইজরে। স্বর্গদা চঙজবা ফংজরগা ঐখোঙ্গী অনিগী থোইদোক্ত লাইনক ফবা হাঙ্গৈবত্ত ওইজবগনি ”

ইন্দ্রনা হাঙ্গৈরকই, “ধর্মরাজ, রথত্তি অদোম্গীদমক্ লাক্পনি। তুইদি মফম্ অতুদ চঙ্বা য়ারোই। মহাকপুদি মফম্ অসিদা থা-দোক্লমলগদবনী।

তুইনা ঙাঙ্নরিবা রাসি থঙলে, হৌনা হৌনা খোংলক্লম্মী।

“দেবরাজ অদোম্ মী-লাই পুন্নমক্পু ঙাকপী কন্বিরিবনী। মরম্ অতুনা ঐঙোন্দা চঙ্জরক্পবুদি ঙাক্পী কন্বিগদবা ওই, অদোমদা মসি হাঙ্গৈজবদি ঙম্জদ্রে। তুই অসি হস্তিনাপুরদগী ঐগা লাইননা লম্মুক্লতুনা লাক্লবনী।”

“তৌইগুম্বস্নং স্বর্গদা তুইবু করম্না পুত্তুনা চংকদৌরিবনো ? যজ্ঞনা স্বর্গ ফংননবগী সাধন ওইরিবনী। অসিগুম্বা লেংলবা ভূমিদা তুইশিংবু চঙ্হন্নদে। তুইদি শোক্ল শম্নবা য়াদবনী” ইন্দ্রনা হাঙ্গৈ।

যুধিষ্ঠীরনা য়াম্না লুরবা রাকম্ ওইনা হাঙ্গৈ, “তুই অসে ঐবু থাজবা অমস্নং মুংশিবদগী মফম্ অসিফাওবা লাক্লিবনী। অসিগুম্বা থুদোং থৌনিংঙাই ওইরবা উনগী মুঙ্জাওশিং অসিগী মরক্তা মহাক্ অসিবু লমঙাওনহল্লম্নগা থাদোক্তুনা করম্না ঐনা লাক্পা ঙমগদৌরি-বনো ? য়েংবিয়ু কয়াদা থৌজানবীনিংঙাই ব্রাখন্দা মহাক্লা ঐঙোল-লোমদা য়েংত্তুনা লৈরিবা ? চঙজরক্পা মীওইশিংবু থাদোকপীরোইদবা ওই, মসি ধর্ম লৈবা মীওইশিংগী মথৌনী।’

“তৌইগুম্বস্নং অদোমদি দ্রৌপদী অমস্নং ঈশাগী ঈনাওশিংবুদি থাদোক্লম্মী। তুই অসিবুদি — — ?”

"দেবরাজ, ঐনা মখোঙ্গীবু থাদোক্লম্বা নত্তে, মখোঙ্গী শিগ্রবনী। অহুগুম্বা শিগ্রবশিং অহুগা তিন্নহুনা লৈবা হাঙ্গীবা অহুমক্ জান য়াওদবনী।"

"যুধিষ্ঠির, নহাক্লা ঐখোঙ্গীবু অবানবা রাখল পোক্‌হল্লে। য়েংবীযু, মথক্তা নহাক্‌পু তরাম্না ওক্লনবগীদমক্ লাই, গন্ধর্ব, কিন্নর পুম্নমক্না থোৗরাং তৌহুনা লৈরে অহুগা নহাক্লদি করিম্নু লৈত্রবা হূই অমনা মরম ওইহুনা ঐখোঙ্গীগী তৌগদবা থবক্তা ধীম্নহল্লে।"

"ঙাকপীয়ু নির্জার ইন্দ্ররাজ, হূই অসিথক্তংগী রাফম্ নাত্তে। পুকচেল চাউবা অমদি চঙ্‌জরক্‌পশিংবু ঙাক্‌পী-কনবিবগী ধর্মগী রানী। ঐনা হূইসিবু মফম্ অসিদা থাদোক্লম্লগা রথ মথক্তা কাজরক্‌পা ঙম্-জরোই। মহাক্ ঐগা লোঙ্গনহুনমক্ লাক্লনী নত্রে হাঙ্গীরগা ঐস্নু মহাক্লা লোঙ্গননা মফম অসিমক্‌দা লৈগনী।"

"হূইনা মবম্ ওইহুন স্বর্গগী মুংঙাইববুস্নু মাঙ্‌হল্লগেরা?"

"হূইগীদমক্তা হাঙ্গীবীগম্নু, ধর্মগীদমক্তা হাঙ্গীবীধু। মহাক্‌সি ঐখোঙ্গীগীদ মক্লপনী।"

যুধিষ্ঠীরনা মসি হাঙ্গীবমক্তা হূই অদো মাঙখ্রে

থুংশেম্‌বু থুবামহুংদা থম্‌লিবা ধর্মরাজ (যম) না ফোঙ্‌দোক্লগা হাঙ্গীরকই, "ইবুংঙো, নঙনা জয় ওইরব। ঐমক্লা হূই অহুমকী মশক্ ওহবম্বনী। ঐনা নঙগী পরিক্ষা (চাংয়েং) লৌখিবনী।

"অহানবগী ওইনা ঐনা নঙগী পরীক্ষা, বোন্ চৎপা মতম্‌দা পুখ্রী অহুগী মপান্দা লৌখিরম্মী। মফম্ অহুদম্নু ঐনা যক্ষগী মশক্ ওইবম্মী। ঐগী রাহংশিংগী মতীক্ চাবা পাউখুম নঙ্‌না পীরম্মী অমস্নুং ঐনা নঙ্‌গী কনাগুম্বা ননাও অমবু হিংহনজনবগী বরদান্ পীরম্মী। নঙ্‌না পোকমিন্নবা নচিন-ননাও ভীম্ অমদি অর্জুনবু থাদোক্লগা মাদ্রীগী মচাবু নিরম্মী।

"ঐনা নঙোন্দা মিহৌবা কয়া পীরম্মী মহুদি লাক্কদৌরিব। ভারতকী লাল্লাওদা, পোক্মিন্নবা নচীন ননাও হিংঙৌরবদি নঙ্না মখোঙ্গীদগী মতেং ফংবা ঙম্গনী। তৌইগুদবস্সুং নঙ্না নশাগী থাজবা অহুদগী খোঙ্ফম লেঙ্দনা মাদ্রীগী মচাওমক্ হিংহনবীযু নিখি। নঙ্না অম্সুম্সু হাঙ্গজখি মহুদি কুন্তী অমস্থং মাদ্রী অনিগী মচা অমমম্ বোন্দা চৎপগী অরোঈবা ফাওবা হিংহনবীযু। নঙগী অহুগুম্বা অচুম্বা-লৌশিং অহুদা পেল্লহনা ঐনা নঙগী নচিন ননাও পুম্নমক্পু হিংহনখিরম্মী।

"ঙসিস্সু ঐনা নঙ্বু অমুক্ হন্না পরীক্ষা লৌরে। নঙ্গী অহুগুম্বা অচুম্বা লৌশিং ঙসিস্সু লেঙদনা লৈরি। নঙ্বু থাগৎলী। নঙ্না হূইগীদমক্তস্সু মুংঙাইবা অমস্থং অন্নাবদা চপ্ মান্নবা লোইনবা থৌনা উৎলী। হাঙ্গবদি হূইগীদমক্ স্বর্গগী মুংঙাইবা ফাওবা কাওথোক ই। থাগৎনিংঙাইনী যুধিষ্ঠির, নঙ্বু থাগৎলী। নঙ্ ধর্মগী থৌনা ফবনী।

"দেবরাজ, লেঙবীরো স্বর্গদা। পুম্নমক্পা অসিগুম্বা ধর্মদা থৌনা ফবা অসিবু তরাম্না ওক্লনবগীদমক্ লাওতক্লনা লৈনরে।"

স্বর্গদা চঙ্বমক্তা যুধিষ্ঠির করি য়েংই মহুদি লাইয়ামগী সভাদা পুম্নমক্পা সনাগী তাঙ্বল্দা ফম্মরি। লাইয়ামগী মাঙ্গয়োক্লবদা দুর্যোধন দুঃশাসন, শকুনী, দুর্মুখনচিংবা কৌরবস্সু ফম্লম্মী। মহাক্না মাগী মচিন-মনাও, দ্রৌপদী, কর্ণনচিংবা কনা অমত্তস্সু মফম্ অহুদা উদে।

যুধিষ্ঠিব মীকুপ্ থন্না ঙকখি। লাইয়ামগী কোম্নুং সনাথাংমক্তদা লেপখ্রে।

ইন্দ্রনা হাঙ্গ "মহারাজ, লেঙশিনবিরকউ ঐখোঙ্গীগী লাইয়াম সভাদা।"

"দেবরাজ ঐনা উন্নিবসি করিনো? নহাক্না স্বর্গগী মফম্ অসিগী সভাসিদদি ঐখোঙ্গীবু পুক্নি চুপ্পা ওৎ-নৈহনা অন্নাবা পীরক্লবা,

ঐখোঙ্গীবু হূ পীথকপা, চৌবৱ শাম্নবদা লৌনমগী মতেংনা ঐখোঙ্গীবু বোন্দা চংহনখিবা, ঐখোঙ্গীগী চাম্নজবী দ্রৌপদীবু মীনা চোম্নবা সভা মাঙদা ইকাইবা পীখিবশিংনা পুন্দুনা লৈরে, অহুগা ঐগী ঈচিন ঈনাও, দ্রৌপদী, কর্ণ, অভিমন্যুনচিংবদি শুকউমক উদ্রে !"

নারদজীনা হাঙ্গী, "যুধিষ্ঠীর, পৃথীবীগী য়েংথীনবদো মফম্ অসিদা নিঙশিংলবোইদৌবনী। মফম্ অসিদদি পুন্নমক্ অমত্তা ওইনা হুংশিনা তোংন-তিম্নতুনা লৈগদবনী। মসি লাইগী লৈবাকনী, মীরমলেন্ নত্তে।"

"তৌইগুম্বস্নং ঐখোঈদা লৌনমখিবা, অরাবা পীখিবা, ঐখোঙ্গীবু হাংহম্নবা হোৎনবা, অকিবগী মশক্ ওইবা লাঞ্জাও থোক্হন্নবা শীনবা পাপীশিং অসিনা করি করম্বা অফনা থবক তৌখিবনা মরম্ ওইদুনা স্বর্গগী মফম্ অসিদা ফম্লিবা ? অহুগা কদাইদা লৈ ঐগী অরা-হুংঙাই অনিদা শরুক্ য়াজনক্লবী পুক্তম্নী ঐগী দ্রৌপদী ? কদাইদা লৈ ঐগী ধর্মগী থরাঙ্গী থৌনা ফবা ধনঞ্জয় ? অভিমন্যুনা কদাইদা লৈ ? বিরাট, দ্রুপদগুম্বা থৌনা ফবনা কদাইদা লৈ, মখোঙ্গীশিং অহুনা ঐখোঙ্গীগী ঈবমগীদমক্ পাপীশিং অসিগা লান্থেংনরম্নগা মথরাঙ্গী থাখ্রবা ? স্বর্গদা পাপীশিংনা করম্না লৈফম্ থোকঈ ' মফম্সিদা অচুম অরানগী চংনবীগী রাহন্দোক্ ওম্নবরা হাঙ্গীবদি অচুম্বগী অফবা, অরানবগী ফত্তবা মহৈ পীবগী রাফম লৈতবরা ?"

নারদনা অমুক্ হম্ন হাঙ্গীজরম্মী; "অদোমনা মীবমলেনগী যেক্লবা হুংশিনদবা পুম্নমক্ কাটথোক্পীরে। স্বর্গগী মফম্ অসিদদি কম্নক্ য়েংথিনবদী স্নকলৈমক্ লৈতে।"

যুধিষ্ঠিরনা শাউনা হাঙ্গীরকই, "ঋষিবর, স্বর্গদা অচুম্বা রায়েন, পাপ-পুন্যগী কর্মগী মহৈশুম্বস্নু করি অমত্তা লৈতবরা ? মখোঙ্গী অহুগুম্বা পাপীশিং অসিনা করিগীদমক্ মফম্ অসিদা ফম্লিবা, মসি ঐবু থঙ্হনবীয়ু।

ঐদি মখোঈগী অসিগুম্বা স্বর্গ অসি পামজদ্রে। ঐদি ঐগী ঈচিন-ঈনাও, ঐগী লোঈনবী, অমদি ঐগীদমক্তা মথরাঈ পাখ্রবা থৌনা ফবশিংতুনা লৈবা মফমতুদা লৈজগনী। মফম্ অতুদা ঐবু পুবীরে।। মফম্ অতু ঐগীদমক্তদি স্বর্গনী। মীকুপ্ অমত্তস্সু ঐ মফম্ অসিদা লৈজনিংদ্রে।"

যুধিষ্ঠিরগী অশাওবসি উববদা ইন্দ্রনা মাগী দেবদূত্তা হাঈ "মহারাজনা পামন্সি মতুদি মহাক্না পোকমিন শাৎমিন্নবনচিংবশিং অতুনা লৈবা মফমদা লৈবা, মফম্ অতুদা মহাকপু পুখ্রা, অতুগা মফম্ অতু উহল্লগা মহাকপু অমুক্হন্না মফম্ অসিদা পুরক্কদবনী, মসি শঙ্গলদনা।"

স্বর্গগী মাঈকৈদা মীৎয়েং অমা কাওবস্সু য়েংলমদনা যুধিষ্ঠির মফম্ অতুদগী চৎখ্রে।

অসুম্ তপ্প-তপ্প মমশিল্লকলে। লম্বীস্সু উশিল্লক্রে। মাঈকৈ মরিদা শৈখোমগী লৈখোম ভাক্তা, তিংখং-তুম কোক্ ভাওতনবা নমথিবা মনম্। খঙদ্রে মফম্ অসি কবিগী অমুক্ নম থিরিবা? যুধিষ্ঠীরনা ৱাখল্ তৌতুনা য়েংবদা খঙবা ঙমলে মতুদি মাঈকৈ মরিমক্তা অপুম্বা হকচাং তারম্মী। করিগুম্বা মফমদা মখোঈগী মকোক্ করিগুম্বা মফমদনা মখোঈগী করুবা মখুৎ-মখোং করিগুম্বদনা কাঈরবা পুক্ অতুগা করিগুম্বদনা হকচাংদগী ইপুম্ নাইপুম অমম্মং ঈ চেন্থরি। করিগুম্ব মফম্ অমদনা মৈনা ঙুং-ঙুং চাক্লি করিগুম্বদনা মৈথুনা পুমমম মমলম্মী। করিগুম্বা মফম অমদগী অকিবা ফংবা খোল্লাউশিং তারম্মী, অকিবা পোক্পা মঙং মতৌগী থৌওং-খোদোঁদা কোইভাওননা কোইচৎ চৎপস্সু উরম্মী। যুধিষ্ঠিবনা হকচাং শম্নমক্ পুমতুনা নমথিরে খল্লম্মী। ঈ-নাই তোৎলবা লৈখোমদা খোঙ্ থাংতুনা চৎপস্সু অরুবা ওইরম্মী।

"হৌজিক্ অমুক কয়া লাপ্লা চংখিবা তারি ?" যুধিষ্ঠিরনা হংই। দেবদূত অদু তুমিন্না লৈ চংপ'দ লেপ্তে। নমথিবা অমম্বং অকিবগী মশক্ ওইরব। থৌওং-থৌদোনা লম্বী অদু থল্লম্মী।

ৱাবনা চোক্থরবা যুধিষ্ঠীরনা হংলকই, "অতোপ্পা লম্বী কয়া ৱাংলিবগে ?" দেবদূতনা হাঙ্গই, মহারাজ য়ৌশিল্লকলে !"

যুধিষ্ঠিরনা মম্লি মম্লিবদা উরে মতুংদি মশীং থীগুমদ্রবা নিপা মুপী কয়ানা ঈ-শদুমগী অক্রিবগী মশক ওইরবা তুরেন্দা লুপকেং-লুপকেং তাউপরি। খরনা ঙুং-ঙুং চাক্রিবা মৈবীলক্লা লৈরি, খরনা মমীং উইশিল্লবা অকবৃপা কোক্ য়ানদুনা লৈরি। কনানা অরাবা খোঞ্জেন্দা নাহেরি।

অদুগুম্বা অরাবা তারবশিং অদুগী থম্মোই শোক্পা, অরাবা খোল্লাউশিং অদুনা লাও্তরুহল্লদুনা যুধিষ্ঠীরনা হাঙ্গৈরকই. "ওস্তোকপনিদা কযাদ। ৱারননো মরাঙ্গৈবক্ থীরবশিংসে !"

দেবদূতনা হাঙ্গৈরকই. "মহারাজ, মসিনি নর্ক হাঙ্গৈবদো। মফম্ অসি ফাওবা নহাক্পু পুননবগী ঐঙোন্দা য়াথং পীরক্লম্মী। হৌজিক্ ঐখোঙ্গৈ অমুক হনবা তারে।"

আসগুম্বা অকিবগী শক্ফম্ অসিদা কিরদুনা যুধিষ্ঠির হন্দূনা চংপমক্ পাম্লল্লবনী মতুংদি মাঙ্গৈকৈ মরিমক্তগী খোঞ্জেনশিং তাবক্লম্মী, "মহাবাজ চংখিগন্নু, নঙ্ চংপীখিগন্নু। লেপ্পীবা মফম্ অদুদা মীকুপ অমত্তা ওইরবস্নু লেপ্পীখো। নহাক্কী হকচাংদগী অইংবা নুংশং শিংলাক্ল, মদুনা অসিগুম্বা নর্ক অসিগী মৈনা চাক্লবা ঐখোঙ্গৈদা অইংবা পীনবীরি।"

থৌজাল অমম্বং মীন্নংশিগী মশক্ ওইরবা যুধিষ্ঠিরনা মপুক্রিংদা থল্লি, "ও, ওস্তোকইদা, মরাঙ্গৈবক্ থীরবশিংসে কয়াদা ৱারবনো।" মহাক্না হংলক্ই, 'নখোঙ্গৈ পুম্নমক্ কনা কনানো ?

খোঞ্জেলশিং মথং মথং তারকলম্মী,—

"ঐ কর্ণনী।" — — — —

"ঐ দ্রৌপদীনী।" — — —

"ঐ ভীমনী।" — — — —

"ঐ অর্জুননী।" — — —

"ঐ সহদেবনী।" — — —

"ঐ নকুলনী।" — — —

"ঐ অভিমন্যুনী।"

যুধিষ্ঠির মকোক্ ঙাওরে। মসিবু করি — — ঐবু তাইবংপা নত্রগা মঙ, মঙ লিবরা? ঐগী মরূপ, ঈচিন ঈনাও পুম্নমক্ নর্কতা? পাপীশিংনা স্বর্গদা অছুগা পুন্য চেন্নবশিংনা নর্কতা? কনানা অম্বন্না তৌহল্লিবনো? লাইশিংনরা? পাতালদা চৎথ্রসন্ন অসিংম্বা লাইশিং অমদি মখোঈগী নিংপো!

যুধিষ্ঠিরগী থম্মোঈদা লাই অমম্বং মখোঈগী লাঈরৈপাক্কীদমক্ অশাওবনা মৈগুম্না চাক্লক্লে। মাঈকৈ মরিদগী অরা-অনাগী খোঞ্জেন-শিংতনা নিল্লকলম্মী, মহারাজ নহাক চৎপীখিগন্নু — — — ঙাইহাক্ কুইবফাওবদংদি লেপ্পুনা লৈবিখে। — — —"

অসিগুম্বা অরাবনা থল্লবা খোঞ্জেনশিংসিন। মাগী থম্মোইদা তাশোল্ ওইনা থিনগাইরম্মী।

"মহারাজ, হৌজিক ঐখোঈ হল্লনা চৎপা তারে দেবরাজ ইন্দ্র অমদি অতোপ্পা লাইশিংনা নহাক্না লাক্কদবা লম্বীদা হেংঙ্গুনা লৈরম্লগনী।

যুধিষ্ঠীরনা অয়াক্পা খোঞ্জেন্দা হাঈরকই, "দূত, নঙ্ হনথ্রো চংলো, অদুগা লাইয়ামশিংদা হাঈক মহৃদি যুধিষ্ঠির নখে,ঙৈগী লাইরৈপাক্না

লাক্পা পামজ্রে। ঐ মফম্ অসিদা লেপ্তুনা লৈরগনী। মতম্ চুপ্পগী ওইনা লেপ্তুনা লৈরগনী। ঐগী অসিগুম্বা য়ারবা ঈচিন - ঈনাওশিংদা মসিনা শান্তি ফংজরি। ঐগী স্বর্গদি মফম্ অসিনী নখোঈগী অহুদি নত্তে। নঙ মফম্ অসিদগী চৎখ্রো।"

মহাক্না য়া থরসি হাঈরবা ভাইহাক্কী তুংদা অমম্বা থরা থরা কোক্খিহুনা মঙান ফাওরকলে। মুংশিংনা লিরি শিংলী অনৌবা লৈশিংগী নোং চুথরক্লে। নর্ককী করিগুম্বা মশক্ মওং অমত্তা লৈখিদ্রে।

ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামশিংনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লগা হাঈ, 'যুধিষ্ঠির নঙ্ ধর্মগী অশেংবা মশক্ তশেংবমক্নী। মসি নহাক্কী অরোইবা পরীক্ষানী। ধর্মগী মরম্দা নঙনা নর্কপুম্ পামখি, মরম্ অহুনা স্বর্গদা চৎননবগীদমক্ নহাক্কী ননাক্তা লাক্লবনী। হৌজিক্ লাক্পীরো, স্বর্গরোমদা লেঙলসি।"

"তৌইগুম্বস্মং দেবরাজ ঐনা ঙসি উখ্রিবা পুম্বদো করিনো ?"

"যুধিষ্ঠীর. নিংথৌ নত্রগা ধর্মাত্মাস্মু ভাইহাক ফাওবদি নর্কতা লৈবা ভাই, মরমদি লৈপাক্ ভাক্পদা নত্রগা থবক্ ভম্বা হোৎনবদা শোঈখি লানথিদবা ভমদে। মখোঈদা করিগুম্বা অমদা নত্রগা করিগুম্বা অমদা, কনাগুম্বা অমদা নত্রগা কনাগুম্বা অমনা শোইদনমক্ অরানবা তৌই। নিংথৌ থুভম মিহৌবদা, কিবদগী, কাউবদগী করি করিগুম্বদা কনাগুম্বদা চুম্দবা লম্চৎ চৎলুই, অরা-অনা নংহল্লুই। — নঙ্না দ্রোন্ হাৎপা মতম্দা অমুক্তি ওইদবা ভাঙ্খিরম্বা। অশ্বথামা শিদে, মাস নহাক্ খঙ্লম্মী অহুম্ ওইরবস্মু "অশ্বথামা শিরে" নঙ্না দ্রোনদা হাঈখি। মরম্ অহুনা ভাইহাক্ কুইবদি নঙ্না নর্ক য়েংবা ভাথিবনী। হৌজিক্ স্বর্গবু তেম্না অশেংব মফম্ ওইহল্লে।"

"তৌইগুম্বস্মং ঐগী ঈচিল ঈনাওশিং — ? ঐগী দ্রৌপদী • ?"

"য়েংবিয়ু, স্বর্গগী তুরেন্দা ঈরুজরগা, লাইগী ওইবা হকচাং লৌরগা মখোঈ লাক্লে। তৌজবকপা থবকী মহৈনী মহুদি মহক্ অহুনা অফবা থবক্লা থরদং অহুগা ফত্তবা থবক্ য়াম্না তৌখিবা, মহাক্ তাদা হান্না স্বর্গ ফংই মতুংদা মতম্ চুপ্পগী ওইনা নর্কতা লৈগনী। মহাক্ অহুনা ফত্তবা থবক্লা থরদং অহুগা অফবা থবক্লা হেন্না তৌখিবা, মহাক্ অহুনা হান্না নর্কতা লৈগনী অহুগা মতুংদা মতম্ চুপ্পগী ওইনা স্বর্গদা লৈজনা ফংগনী। নঙ্ অমদি নহাক্কী মুংশিজরবা মীওই পুম্নমক্ স্বর্গদা লৈরগনী।"

মাঙ্গৈকে মরিদগী অমৃতগী নোং চুথরক্লে, মঙ্গল ওইবগী হরাও-মুংত্তাইবনা পুং-শেন য়ৈরক্লে. গন্ধর্বশিং অমসুং কিন্নরশিংনা, যুধিষ্ঠিরনা জয় ওইরে যুধিষ্ঠিরনা জয় ওইরে হাঙ্গনা লাউনখি অমসুং খোঞ্জেল অহুতনা স্বর্গবু নিলহনখি।

— ★ —

# মীরা

মারৱাড়গী কুড়কী খুন্‌দা ওসি, কনাগুম্বী অমা লুহোংগনী হাঙ্গনা থনসি। অমুক য়াম্না ওলিন্তৈদগী শহনাইগী মুংশিরবা খোঞ্জেলগা লোঙ্গনা লোঙ্গননা পুং-শেলগী খোঞ্জেন তারী। সুমাং অমদা মণ্ডপ থম্লি। মফম অমদা ধুপ থাউমৈ থাঙ্গ। বোর লাকপগী পাউ তেক্ ফংবদা শহনাইশিংগী খোঞ্জেনসু রাংনা খোঙ্গৎলকই অমসুং লাওবা নিনখোংবসু হেনগৎলকই।

বোরনা অসুম তৌনা রাৱ রতনসিংগী য়ুমগী মপা তেক য়োশিল্লকপদা, রতনসিংহগী চহী মঙাতা ওঙ্গৈরিবী মচানুপী মীরা য়াম্না মুংঙাইনা তুমলম্বদগী মীকপ থংথোক্ খোক্লুনা মমীৎ পাওলম্মী। য়াম্না পুকনিং চঙনা হাংদোক্লুনা লৈবিবা খোঙনাঙদগী মহাক্কা মথারোমদা য়েংথরক্লই অমসুং উরে মহুদি বৈশু খোংবশিংগা লোঙ্গননা, অনৌ-অনৌবা ফি-রোল লীক-কোম্না লৈতেংলবা মীয়াম চংলম্মী। মখোইগী মরক্তা য়াম্না নীংথিনা লৈতেংলবা শগোল অমা য়াওরম্মী, মহুগী মথক্তা কোয়েৎ-য়েৎপা মুক্তা অমসুং লৈগী পরেং শিবঃ লংলবা মনি মুক্তো থাম্বা ফিজোল শেৎপা, মখুত্তা থাঙশাং পাঙ্গবা, মথোন কারক্লিবা মুপা অমা য়াম্না চীং লেম্না ফমলম্মী।

মীরানা মাগী মমাদা হংই, "ইমা, মখোইশিংসি কনানো।"

মমানা হাঙ্গ. "মখোঙ্গ পুম্নমক বোরগী কাংবুনী। ইবেম্মা, শগোল মথক্তা চীং-লেম্না ফমলিবা মহাক অসিনা বোরনী।"

"ঈমা, ঐগী বোরদি কনানো ?" খঙ্্তৌদনা ইচম চম্বী মীরানা হংলকলম্মী। মমাদো নোকলকলে। মহাক্না কা মথুংদা লাক্লুনা থম্লিবা কৃষ্ণগী মূর্তিবু উত্লগা, ঈরাই হেক্ লাঈনা হাঈরক্ই, "উরেদনা, মসে গিরধর গোপাললনিকো মহাকসিমক্ নঙগী বোরনী!"

অত্তুঙ্বা গিরধর গোপালগী কোকথক্তা ফজরবা ৱাহোং মতুগী চুরা উপলম্মী। মীরানা মতু য়েংই। মূর্তিগী মনাক্তা চঙশিল্লকুনা য়াম্না পুক্লিং চঙ্না মতুবু য়েংলকলে। কৃষ্ণগী অত্তুঙ্বা ফজরবা মূর্তি অত্তুনা শুক্কংখ্রে। হুমিং থুদিংগী ওয়া তৌগত্লুনা মূর্তি অত্তুবু য়েংই, মহাক অত্তুগা ৱারী শাই, মহাক্পু ঈরুজবী, ফি রোন শেংচিনবী। মহাকী মাঙ্দা চান-থরুব, ঈশিং, শঙ্গোম পুন্নমক্ থম্মী অমসুং মতুংদা মশামক্না পুন্নমক্ চাঈ-থক্ই।

মূর্তি অদো মাগী অরেপ্পা মরূপ ওইখ্রে।

নোংমা মীরাগী মপা পোকপা মপু, রাব দুদাজী মযুমদা লাক্লম্মী। মহাক্না মাগী মশুন্নপীগী মশামত্তু উরে। মহাকসু কৃষ্ণগী অথোইবা ভক্ত ওইরম্মী। মথংগী হুমিংকী অয়ুক্তা মানা পূজা তৌনবগী ফমথরবা মুংদা মহাক্না কৌরকই, "ইবেম্মা মীরা, নঙগী বোরবু পুত্তুনা সিদা লাউ।"

মীরা মাগী গিরধর গোপালবু মথাদা কোল্লগা মপাবোকী মনাক্তা লাক্লে।

"ঈপাবোক, য়েঙ্ঙুনে, ঐগী গোপাললনা ঐবু শাউরিনে। ঙসি অয়ুক্তগী নোক্মু নোক্রে।" মীরানা মপুবোক্তা পাউদমলম্মী।

"ঈবেম্মা, অশাউববু থেম্মনবগীমক্ ঈশৈ শক্পা তাই। নঙ্ নহাকী বোরগী অশাউবা থেম্মনবগীদমক্ করিগুম্বদা ঈশৈ অমুক্তসু শক্থিক্রিবরা?" মপুবোক্না চন্দন থিন্ন থিন্ন হংই।

"ঐবু কনা অমত্তনা ঈশৈ মুক্তমমক তম্বীখিদ্রি। নঙ্না ঐবু

তন্নৈষু। ঐনা ঐগী গোপালবু মুমিং খুদিংগী হেক-হেক্ তাহল্লগনী। অদুম্ তৌববদি মানা ঐবু শাউরাররাইদনা ঈপুরোক্ ?"

"শাউরোই, কৌদাইঙেদস্ম শাউরোই।" মপুবোক্না পুজা তৌনা ভজনগী ঈশৈ শক্পা হৌরক্লে। মীরানা পুক্নিং চংনা তারম্মী। ভজন শক্পা লোইরবদা মীরানা ভজনগী ঈশৈ অদুমক্ য়াম্না ময়েক্ শেংনা অমদি মুংশিবা খোঞ্জেন্দা শক্নুনা মপুবোক্পু তংহল্লে।

কৃষ্ণগী মফমদা মাগী থম্মোয়শেংনা নিঙ্‌জবসি নোংমা নোংমগী হেল্লকলম্মী। হৌজিক্ অহিংদা মহাক্না মাগী গোপালবু মাগী মনাক্‌মক্না শুমলম্মী। মমঙ্ ফাওবদস্মু মহাক্না মাগী গোপালগা লোইননা মখল মখলগী মশাম্ন শান্নৈ, মহাক্না খংনৈ অমম্মুং অমুক্স্ম মঙোন্দা লাপ্লে হাঈনৈ। অহিংদা করিগুম্বদা মমঙ্‌দা উই মতুদি মতুংদা লাক্লগা গিরধরনা মাগী ইন্নিবা ফি চিংনৈ। অহিং নোংয়াইদা খঙহৌদনা মাগী ভুম্না মীকপ থোকই। মহাক্না উই মতুদি মাগা লোঈননা হীপলিবা গিরধরগী মূর্তিগী মখাদা মহাক্না ঈন্নফি নন্দুনা লৈরম্মী। মহাক্না মূর্তি অদুদা হাঈ, "ওম্মোকপনী গোপাল, নঙসিবু করিনো, ভুম্বস্ম ভুমহল্লে। ঐ কদাইদা চৎলুই হাঈবা খঙ্‌লব্রা ? নহাকপু থিবা চৎলুরিবনী।"

মানা ভাংঙ্‌বা শবপসিদা মমাগী ভুম্না কাঈরে। মহাক্না হংলকই, "হাই মীবা, অহিং নোংয়াই অসিদা কনাগা রারী শারিবনো ?"

মীরানা হাঈ, "ঈমা, য়েংঙ্‌নেসে, গোপালসে ঐগী ফি চিংলিবা। শেগাইরবদি ? ঐ মহাক্না রারী শারিবনী।"

"হাই অঙাওবী, হৌজিক্তি তুম্মানে রারীদো হয়েং শাউনে।" মমানা নোক্লদুনা হাঈ।

অমুক্না হৌগৎলগা মীরাগী মচিন্দগী ভজন অসি তারক্লম্মী;

"মাঙ্গৈরী মৈং তো মধুবনমেং
নিরখলিয়ো নন্দলাল,
পরখ লিয়ো নন্দলাল - - - মাঙ্গৈরী।"

* *

তপ্ন-তপ্ন মীরা চাউরকলম্মী। মুপীমচাদগী মখোন কাংকপী ওইখিরম্মী। অহুম ওইরবদসু মহাক মাগী গিরধর মক্কী চান্নবী ওইহুনা লৈরে। মাগী মুংশিবা কৃষ্ণগী প্রেম নত্তনা করিগুম্বা মখলগী সংসার অসিগী প্রেমবু মহাক্না মুকখঙ্‌মক্‌ খঙ্গ্রে। মমাংথৈগী অরিবা চৎনরোল-না পুল্লবা লাগে-নাথৈগী মীওইশিংনা মসি কয়া কুইনা য়েংহুনা লৈবা ঙমগনী? মখোঙ্গনা মীরাগী অসিগুম্বা অঙাওবগী মতৌগুম্ব অসিবু ক্ননবগী পাম্বে থন্নরকলে। মহাক্কী মতৌক চাবা বোর থীবা হৌখ্রে। মমৈথংদা অফবা মুমিং অহু লাকলে মীরাগীদমক্‌ বোর পুহুনা বোরগী খুৎপু রতন সিংহগী মফমদা থুংলরে।

চিত্তোডগী নিংথৌ কোম্মুংগী বোর খুৎপুশিংগী মরক্তা ফজরবা, অঙৌবা শগোন মথক্তা বীর রানা সাংগাগী মচানুপা অহল বীর ভোজরাজ বোর ওইনা কমলম্মী। মীরানা ঙসিসু মথক্কী কাগী থোঙ্‌নাঙদগী বোর য়েংলম্মী অমসুং মহাক্না গিরধরদা হাঙ্গৈবকলম্মী, "য়েংউ গোপাল বোর লাকয়ে। নঙ্‌সু উরেদনা। ঐখোঙ্গ অনি মহাক অসিগা লোইননা চিত্তোডদা চৎলগনী। অসিগুম্বা শকখঙ্‌দবা মীয়ামসিগী মরক্তা নঙ্‌-খক্লংনা ঐগী মরূপ ওইগদৌরিবনী।"

মচানুপীবু বিদাই পীবা মতমদা মমানা বোর ভোজরাজগী মাঙ্গৈকৈরোমদা য়েংলগা হাঙ্গ, "ইবেম্মা, মাপাক অসিমগী মহাক অসি নঙগী নপুরোইবনী। মহাক্না হাঙ্গৈবা না কৈদৌঙৈদসু হীকতোক্লোইদৌবনী।

মহাকপু কৈদৌডৈদস্ত্র করিগুম্না মরম্ অমগুদা অরাবা পীরোইদৌবনী; হাঈরিবসি কাউগনু। শাগৈগী ঈকাই খুম্নবা ওাকদবনী হ.ঈনা হাঈনা মমাগী মমীৎ পিনা থনখিরম্মী।

শাগৈগী ইকাইখুম্নবা অমম্বুং মমা-মপাগী পাউতাক মীরানা তত্তনা নিঙশিংলম্মী। মীরানা মাগী মপুরোইবনা মুংঙাইরোইদৌবা অমত্তা তৌরমদে। কৈদৌডৈদস্ত্র মহাক্না মপুরোইববু মুংঙাইতনবা তৌবা থৌদোক অমত্তা থোকখিদে। তৌইগুম্নমুং মাগী মুংশিথোইবা গিরধর গোপালগী মহাক্না থাঙ্গেশেংনমক কাঈনরমদে। ইমুং মচুংগী থবক ইংথাং লোইরগা মহাক্না মাগী কৃষ্ণগী মন্দিরদা চুমথ্রিং চৎখি, অহুগা ভক্তিদা ভজন শকই:

"ঘড়ী এক নহিং আরভে
তুম দরসন বিন মোয় – – - "

করিগুম্বদা শকই,

"ঐসী লগন লগায়, কহাং তু জাসী
তুম দেখ্যা বিন কল ন পডত হৈ
তডপ-তডপ জিয় জাসী • • •"

ঈশৈ শক্না শক্না মীরা গিরধরগী রাখল্দা লুপ্ খিহুনা সংসারগী ওইবা ইকাই খুম্নবা রাখনশিং থনগনা হাইবা নিঙশিংখিদ্রে। মহাক মখূক্তা ঝান (ঝাংঝ) পাঈহুনা ১মুং খোঙশিংদা শরীক (ঘুংঘরু) শিরগা জগোই শারকুলেঃ

"মৈংতো গিরধর আগে নাচুংগী
নাচ নাচ রসিক রিঝাউং
প্রীত পুরাতন জাংচু রী
শ্যাম প্রীত রী বান্ধ ঘুংঘরিয়া

মোহন ম্হারো সাংচারী ...”

মীরানা কয়ারক হন্না অম্হূন্না খঙ্গরবদা গিরধরনা মী অমগুম ওইদুনা মাগী মীবাবু লেঙ্গোন্নরে। মীরা গোপালগী মুরলীগী মুংশিবা খোঞ্জেন তারুবদা কয়ারক জ্ঞান মাঙ্গি। মঙ্দা মহাক বৃন্দুগা লোইননা বাসন্ত্র শান্নে। অহিং অহিং চুপ্পা মাগী হুংশিথোইবা কৃষ্ণগা ন্নারী শাই। মীরাগী মপুবাইবা ভোজরাজনা কয়ারক হন্না মীরাবু গিরধরগী মন্দিরদগী পুরকখ্রে. মতম অদুদা মীরা জ্ঞান তাবকই।

মীরাগী মনেম পোক্লবীনা মীরাগী অসিগুম্বা লমচৎসি অফবনী খল্লমদে। নোংমা হুমিৎ অমা মনেম্না মীরাবু কৌরগা হুংশিনা হাঙ্গি, “য়েংউ ইবেম্মা, নঙনা মন্দিরদা অয়ুক-হুমিদাংদা চৎলগা ভজন শকলী, মসি অফবা নত্তে। নঙ্ চাউরবা নিংথৌ কোন্নুং অসিগী মৌনী। শাগেগী ইকাই খুম্নবা ভারবগী রাখন খনগদবনী। ইমুং-মন্নুং অমদি নপুরোইবগী মফমদা নঙনা নশাগী নথৌ পাঙথোক্কদবনী, মসিমক্তম্ব মৌ অমগীদমক মতীক চাবা হাঙ্গিবদু ওইদ্রিবনী।”

“ইমা ইবেম্মা, ঐ পুন্নমক্তী মফমদা ইশাগী ইথৌ পাঙ্থোকই। অদুগা অরেম্বা মতমদা অতোপ্পা মুনীশিংগী মতৌগুম্না মীরা ভাঙ্নদুনা নল্লগা কে মৌদুনা অমদি তুমদুনা মতম লেন্বদু ঐদি অফবনী লৌজদে। অদুগুম্না মতমদা ঐনা ঐগী গিরধর গোপালগা লোয়ননা মতম লেন্নী। ইশানা ইশাবু কেজংমৌজবা পামজদে ঐগী কৃষ্ণগী অকে অমৌ শেন্দ্রগী অপাম্বা অদু লৈজে। মাগী ভজনদা, মাগী মতীক-মগুন শক্-শোনবনা ঐভোন্দা মুংভাইবা ফংজে। ঐনা নিঙ্জরিবা ইষ্টদেবগী পুজা-ভজন তৌবনা শাগেগী ইকাই খুম্নবা করম্না মাঙ্হনব ঙমগদৌরিবনো ?

মীরাগী অসিগুম্বা ন্নাহং পাউখুম মনেমনা পীনিংদে, অদুম ওই-দুনন্থ য়াম্না শেম শারগা মহাক্না হাঙ্গি, “ইমৌ ইবেম্মা, ঐখোইগী শাগেগী

দেবীদি দুর্গা ঈমানী। গৌরী শক্তিগী মবেম্মনী। নঙ্ হৌজিক্ শাগে অসিগী মো ভইরবনী; মরম অদুনা নঙ্ দুর্গা ঈমাগী পূজা তৌগদবা ওই। চৎলু, ঐনা নঙবু দুর্গা ঈমাগী দর্শন তৌহন্নবগী দমক্ পুবীরগে।"

মীরাগী মমীৎ পিনা ঈহৌরকলে। মনেমগী মথোঙ্দা তুরগা হীক্লা হীক্লা কপলে, "ঈমা ঈবেম্মা, ঐবু ওাকপীগনী। ঐগী কোক অসিদি ঐনা গিরধর গোপালগী খোঙ্ থম্বালদা কখোক্চখ্রে। হৌজিক্ কোক অসিন করিগুম্বা অতোপ্পা দেবী দেবতাগী চরনশিংদা খুরুমজবা ওন্নরোই। ঈমা ঈবেম্মা, ঐবু ওাক্পীযু। নঙোন্দা হাঈজরি।"

মনেম শাউরদুনা মফম অদুদগী চৎখ্রে।

মীরাগী অসিগুম্বা অভাওবগী মওং অসি হৌগৎলকপদগী কুমার ভোজরাজনসু য়াখিরম্দে। তৌইগুম্বসুং মাগী লেঙ্দবা-অচেৎপা ভক্তি ভাবনা উরগা মীরাবু থিংবা ওইথোক্লরোই হাঈনা মহাক্না খল্লম্মী।

মীরাগী মনশ্না উদাবাঈনসু মীরাগী অসিগুম্বা লমচৎ অসি অফবনী লৌরমদে। শঙ্না নত্রগা থঙ্দনা মুপাশিং অমসুং সাধু-সন্ত-শিংগী মাঙদা মীরা ভজন শক্পা, জগোই শাবসি মহাক য়েংনিংদে। মহাক্না মীরাবু থঙ্হন্নবা ফনা হোৎনৈ অদুবু চমজ্ররবী মীরানা মহাক্কী ৱা অমত্তা লৌরম্দে।

উদাবাঈনা অসিগুম্বা মাঈথিবসি খাঙদুনা লৈবা ঙমলমদ। মহাক্না মাগী লোইনবী মরূপ-মপাংশিংগা লোঈননা মীরাবু মিংচৎ থীহন্নবগী খোৱাং হৌখ্রে।

নোংমা মুমিত্তি য়াম্না শাউনা উদাবাঈনা মাগী মৌপ্বাদ হাঈ, ভোজরাজ, হৌজিক ইকাই খুম্নবা পুম্নমক মাঙ্লে। নঙ্ কয়া কুইনা নমিৎ উইশল্লগা তুশিন্না ক্ষমদুনা লৈখিগে হাঈবগে? ঈচল মীরাসে নোংমা নোংমগী ফিভম কাঈরকলী। অহিং অহিং থুদিংদা মন্দিরদা

ফয়রগা থঙ্ দ্রে কনাগনো রারী শারিবা। ঐখোঈনা ঐখোঈগী ঈনাগক্কা মখোঈগী রারী তারবনী। ঐখোঈবু থাজদ্রগা নশামক চৎলগা য়েংউ। মা-অসিনা ঐখোঈগী শাগৈদা অমদি চিঙ্ভোউদা মিংচৎ থীহল্লবনী। লৌশিং থৌনা লৈবা নিংথৌ অমগী রানী ওইরগা - - -"

উদাবাঈগী রাহৈসি হাঈরব্পমক্কা শাউবনা অক-যক্ত, অচুম অরান থঙ্ ব্রবা ভোজরাজ থাংথুমদগী থাঙ্ শাং শংলগা মীরাবু কক্কনী হাঈদুনা চেনখ্রে। লাইবক ফবনা মীরা মাগী কোন্নুংগী শঙ্গাইন্নুংদা লৈরমদে। ভোজরাজ মন্দিররোমদা চেনখ্রে। লম্বীদা কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা হাঈবগুম্না খঙহল্লি মহুদি অত্থমনা লাঙ্ তক্কনা থবক তৌগনু। তপথৌ মুংভাইভনিংভাই ওইরিবা থৌদৌ অত্থগী অচুম্বা থৌদোক অত্থ নশা মক্কা খঙ্ নবা হোৎনৌ। অত্থম্না তৌব্রবদি তুংদা নিংঙমদবা থোক্কনী। ভোজরাজগী মচিন্দগী পাউথুমসি থোক্খিরম্মী। মহাক কোন্নুংদা হল্লক্লে, অমস্থুং অহিং ওইরকপা মতম য়েংতুনা লৈরকলে।

নোংয়াই ঈচিক হল্লকপা মতমদা উদাবাঈনা থোঙদা কাক্-কাক্ থীল্লরে, "ইবুংঙো, চৎলো মন্দিরদা য়েংলুরো নঙগী লাইনিংবী লোঈনবীসিগী শাজৎ! ভক্তি কৌবা শেংলবা রাহৈদা মহাক্না হঙ্গোইরবা অমোৎপা তৈশিল্লে। ঐখোঈ ঈশানা তারক্কুনা লাক্লবনী মহুদি মচাক মন্দির মন্নুংদা কনাগুম্বা অমগা রারী শাতুনা লৈহৌরি - - -"

ভোজরাজ হাঈরিবা মতম অসিমক্ ঙাইহুনা লৈরমলিবনী। মচাক্ থাঙ্ শাং পাঈরগা থুনা য়াঙ্ না মন্দিররোমদা চৎখ্রে। মন্দিরগী থোঙ্ হু থিংহুনা লৈরম্মী। মপান্দগী মহাক্না তারে, মীরা ভজন শক্কুনা লৈরম্মী:

"হে রী মৈংতো প্রেম দীরানী,
মেরা দরদ ন জানে কোয় - - -"

ভজন শকপা লোইরে অমসুং মীরাগী খোঞ্জেল তারক্লম্মী,"ঐগী চায়থোইবা, নঙ্ করিগী থেঙ্ লক্লিবনো ? ঐদি কয়া রানা খাঙলবা। ঐগী ঙক্লো কোনবিয়ো - - -" লোইরম, তৌজিক মতুংদা অমুক ভোজরাজনা করি অমত্তা তাখিদ্রে। মহাক্লা শাওনা মন্দিরগী থোঙজাও অদো কয়া থোঙ্ পাক্লা কাওরম্মী। থোঙ অদো শাবাক ফাক্লা হাংদোকখ্রে।

মফম অদুদা কনা অমত্তা লৈরমদ্রে। মীরা মহাক্কী লাইনিংদা মপুক্লিং লুপ্ন ফমলম্মী। মহাক্কী মমীৎশিংদা পি শিন্থরম্মী। খোঞ্জেলগা লোইননা থোঙ হাংলে, ভোজরাজ মমুংদা চঙলে, পুম্নমক অসি মীরাদি খঙ্ লমদে। ভোজরাজনা থাঙ্গৈশেংনা মহাক্ মতোম্ তা লৈরম্না উবদা পুমঙক্ ঙক্লুনা লৈরে। অদুম ওইদুনম্ন মাগী চিংনবা অদুদি কোক্ত্রি। মহাক্লা থল্লি মতুদি পিশক পীকপা থরাঙ্গ পান্দবা মূর্তিগা লোইননা মতৌ অস্নুম্না পুক্লিং চঙনা কনানা রারী শানবা হৌনবগে ? শোঙ্গদনা মফম অসিদা কনাগুম্বা অমা লৈরমগনি। শাউনা মহাক্লা মীরাগী মথুৎ পাঙ্গরগা য়াম্না শাথৌনা নীকলে, হাঙ্গয়ু; নঙ্ হৌজিক কনাগা রারী শারম্মী ?"

মীরানা ঈচম চম্না গিরধরগী মূর্তিগী মাঙ্গৈরোমদা খূদোম্বী থিল্লগা হাঙ্গ, য়েংবিয়ু মহাক অসিগা লোইননা।"

"নত্তে, নঙ্ ওইদবা রা ভাঙ্ লি। হাঙ্গয়ু, নঙগী চান্নবদো কদাঙ্গদা লৈ ? ঐ মাগী ঈ অদো খোরাংলে," শাউনা লাউরগা ভোজরাজনা হাঙ্গ।

"মহাক অসি য়েংবিয়ু, লেপতুনা লৈরি মহাক্। ঙন্নীরবদি ইবুংঙোনা মহাক অসিবু মতুপ-মতুপ কক্থৎপীয়ু" অমসুং মসি হাঙ্গনা হাঙ্গনা মীরা রাম্বুনা ভাগ্লে।

ভোজরাজগীদমক্কি মসি য়াম্না থন্থনিংঙাই ওইরম্মী । উদাবাঙ্গি অমদি মহাক্কী মমারবীশিংস্থ পোকপ্রিবা থোঁদোকসি উরগা ঙকখিরম্মী । মখোঙ্গস্থ ভোপ তোপ্পা রাথন অমা থম্মখিরম্মী । মঁখোঙ্গগী রাথন্ হোংখ্রে । মচন্গী ভক্তি ভাবপু মহাকনা ঙসি ফাওবদা থঙজবা ঙমখিরমদে।

ভোজরাজ মফম অহুদগী চংখ্রে । মহাক্ থঙ্লে মহুদি মহাক্কী লোঙ্গনবী মীরা ঙাওরে । মহাক্না মীরাগী মরমদা থোইদোকপা রাথল থনখিদ্রে ।

মীরা সাধূ-সন্তশিংগী মরক্তা মহৌ অহুম অহুম তৌনমক চংলী ফম্মী-লৈ অমস্তুং গিরধরগী মাঙ্দা ভজন শকই, অগোই শাহুনা লৈরে ।

মীরাগী কৃষ্ণ ভক্তিগী মরমদা নৈনবসি লাপ্পা লাপ্পা মফম ফাওবা শন্দোকখ্রে । মুগল শহনশাহ অকবরস্তু কৃষ্ণ ভক্তিদা লুপ্লবী মীরাবু উননিংলম্মী। মহাক্না মাগী সংগীত সম্রাট তানসেনদা হাঙ্গি, "মিয়া তানসেন, মেরাডগী মহারানাগী লোইনবী কৃষ্ণ প্রেমদা ঙ'ওজরনী মীরা রানী উনহুনা অমস্তুং মাগী ভজনগী শৈশক ঐখোঙ্গ অমুক্তংদি তাকসিদনা !"

তানসেন্না হাঙ্গি "অহুবু ইনি·থৌ ইবুংঙো, ঐখোঙ্গনা হিন্দূশিংগী লাইশংদা করম্না চঙ্বা য়াগদগে ? মফম অহুদি ঐখোঙ্গগী থুদোং-থীনিংঙাইনী ।"

অকবরনা হাঙ্গি নঙ না হাঙ্গরিবহুবুদি চুপ্পী তৌইগুম্বস্তুং ঐখোঙ্গ মফম অহুদা ফিজেং ওম্লগ চংকনী । কনা অমত্তুন' ঐখোঙ্গবু থঙবা ঙম্মোই ।"

বাদশাহ অকবর অমস্তুং তানসেন মখোঙ্গ অনি চাকনিবগী ফিজেত্তা মীরাগী মন্দিরদা চংখ্রে অমস্তুং মহাক্কী পুক্নিংগী লৌশিংনা থল্লবা ভজন তারে । মীরাগী ভক্তি প্রেমনা থল্লবা ভজন তাবদা পেল্লহুনা মহাক্না মনিশংতগী পরেং অমা কৃষ্ণগী চরন্দা কৎলে, অমস্তুং মীরাগী মখোঙ্শোক্না থুক্নলে ।

অকবর অমদি তানসেনা মন্দিরদা চঙ্‌লুনা মীরাগা উনখ্রে; ভজন তাখ্রে অমদি মাগী মখোঙসু শোকখ্রে, রাকম অসি মথংগী মুমিত্তা অচৎ-অহেক্‌শিং ক্ষাওবদা পাউ অসি শান্দাকখ্রে। ভোজরাজ মশামকসু পাউসে তারে। মহাক পন্থদনা মীরাগী মনাক্তা থুংলরে "মুসলমানশিংদু নঙনা মন্দিরদা কয়না চঙহনখিবা? নশামক্কী নপোঙ্‌ শোকখিবদা নঙনা য়ানিংদবা উংখিদবরা? ইকাইবা খঙ্‌ত্রবী! চৎখ্রো চৎলো করিগুম্বা তুরেল অমদা লুপ্লুনা শিজরবো। চৎখ্রো চৎলো মফম অসিদগী, করিগুম্বদা নঙগী নশক অদো অমুক হন্না উহল্লরগনু।"

মপুরোইবগী অসিগুম্ব রাহৈশিংশিবু যাথংনী খল্লুনা মীরা মাগী গিরধরবু পামখঙ্‌না পুম্নগা কোম্নদগী থোকখ্রে। তুরেল অমগী মনাক্তা চৎখিদুনা লুপ্লুনা শিননবগীদমক মানা ঈশিংদা কুমথখিদুনা ক্ষমথখ্রে। তুমিৎ তাবা মতম ওইরম্মী। গিরধরবু মাগী মথাদা কোনশিল্লে, মমীৎ উইশিল্লগা মহাক গিরধরগী রাখন্দা মপুক্কীং লুপখিরম্মী মহুদি খঙহৌদনা মহাক্কী গিরধরগী বংসীগী খোঞ্জেম্না মহাক্‌পু বৃন্দাবন্দা কৌরকলে। মতোন্দা কৃষ্ণগী খোঞ্জেল তাহনবীর, "ঐগী মীরা, হৌজিক নঙ্‌ ঐগী ওইরবনী। হৌগৎলো, লাকলো ঐগী লাইরৈপাক্তা। বৃন্দাবনগী কুঞ্জগী লম্বীশিংদা ব্রজ ধামদা লাকলো। মফম অদুদা নঙ্‌ ঐগা উনগনী। ঐ নমাঙ্‌দা চৎলি। নঙ্‌ ঐগী তুংদা লাকলো - - -"

মীরাগী শিরগে খল্লম্বা রাখল কাঙ্গিরে। মহাক নিংঙাঙ্গিবা তৌদনা হৌগৎলে। কৃষ্ণনা মাবু বৃন্দাবন্দা কৌরবদুদদি মহাক থুনমক চৎলকলে।

মীরা ব্রজধাম য়ৌরে। লমদম অসিগা মাগা নিঙথীনা শকথঙ্‌নরে। মহাক্না মাগী গিরধরগী পূজা অমদি ভজন থুদক অদুদা অমুক হৌগৎলে। মহাক্কী ভক্তি ভাবনা থল্লবা ভজনশিং অদুনা ভক্ত কয়া কয়া

মফম অহুদা তিল্লরে অমসুং মফম অহুগী চৎন লোল কয়াবু অশেংবা ওইহনলকলে। মীরাগী অফবা মিংচৎ মাঙৈকে মরিদা শন্দোকখ্রে অমসুং অরাপ-অরাপ্পদগী মীয়ামনা মাবু উনবা লাক্লরে।

মীরানা চৎথ্রবা ফুংদা, চিত্তৌড়দা খুদোংথীবা থোদোক কয়া কয়া থোক্লরে। মী থরনা ভোজরাজদা রাকম অসিনা চিংনহল্লে। ভোজরাজসু রাফমসি মপুক্লিংদা ফাওরে অমসুং মহাক্না মীরাবু থিবা হোৌখ্রে। থুনমক মহাক্ খঙলে মহুদি মীরা বৃন্দাবন্দা লৈরে হাঙৈবসে। মহাক মশামক্ মহাক্না মনাক্তা চৎখ্রে। মভোন্দা মরান ঙাক্পীনবা হাঙৈক্লরে, "মীরা, ঐ য়াম্না ইকাইবা নংলে। ঐনা নঙবু অরানা খুদোংথীবা কয়া নংহনখ্রে। নঙনা মহু পুন্নমক্ খাঙখি, তৌইগুম্বসুং নঙগী গোপালনা মহুগী লমন থুমলে। মশাগী সুংশিজরবা ভক্তবু অরাবা পীরিববু ভগবান্না শোইদনমক দণ্ড (চৈরাক) পী, মসি হৌজিক ঐ খঙবা ঙমলে। মরম অদুনা ঐবু ঙাকপীরো, অদুগা য়ুমদা হল্লসি চৎলো।" ভোজরাজনা য়াম্না হাঙৈজরবদা মীরা চিত্তৌড়দা হল্লকলে।

ভোজরাজনা মীরাদা ঙাঙবা চৈবা করি অমত্তা তৌখিদ্রে। মহাক অচিং সুংথিলদা গিরধরগী পূজাদা অমদি সাধু সন্তশিংগী সেবাদা পুক্নিং লুপ্তুনা লৈরে।

তৌইগুম্বসুং মীরাগী মরাঙৈবক্তা থোঙদোক্লা সুংঙাইয়ু তম্লম্দ্রে। লুহোংবা মতুং চহী তরাগী মমুংমক্তদা ভোজরাজ শিখ্রে। গুপ্নগী মশাগী চহী কুনহুমদোই গুরকপদা মীরা লুখ্রা ওইরে। হাঙৈরিবা মতম অসি-রাইসিদা রাজপুতশিংগী মরক্তা লুখ্রাবীশিংগীদমক্তদি য়াম্না অকনবা নিয়ম লৈরম্মী। মীরানা হৌজিক নিপাশিংগী মাঙদা লেপ্পোইদোবা ওইরম্মী, মাগী য়ুমদগী মপান থোক্পা ফাওবসু থোকলোইদোবা ওইরম্মী। তৌই-গুম্বসুং মীরানা মহাক মশাবু লুখ্রাবীনা হাঙৈবসি খনবীরম্দে। মহাক্না

মপুরোইবদি শিৎ নাইত্রবা পুক্কি ওইখিরম্মী। মহাক চিংনবা লৈতনা সাধু-সন্তশিংগী মরক্তা ফমদুনা ভজন শকলম্মী।

মীরাগী নিংথৌ কোম্বুংগী ঈমুং মন্নুং মীশিংনস্মু মীরাগী সধু সন্ত-শিংগা তিন্নবা মওংসি হান্নদগীস্মু পামলমদে, অদুগা হৌজিক্কি মীবা লুখ্রা ওইরে। মহাকপু মুন্দগী মপান থোক্পা থিংলক্লে।

রানা সাংগা অমস্মুং মচানুপা ভোজরাজ শিরবা তুংদা নিংথৌমচা রতন সিংহনা চিত্তৌড়গী রাজসিংহাসনদা ফমলে। রানা রতন সিংহনা মাগী মতৈমা মীরাগী অসিগুম্বা লমচৎ অসি পামলমদে। মীরানা মরম ওইদুনা মাগী শাগৈ-নাতৈদা ফত্তবা মীংচৎ থোকহল্লে হাঙনা মানা খল্লম্মী। মহাক্না মতৈমবু অরাবা খুদোংথিবা পোক্নবা শীন্নবা হোৎনল্লে। ভগবানগী নাম শোন্দুনা মীরানা পুম্নমক থাড খিরম্মী। মহাক্না খঙলম্মী মদুদি অশেংবা প্রেমগী লম্বীদি মতম পুম্নমক্তা খুদোংথী। মহাক্না মহাক্কী লম্বীদা অদুম চৎখিরম্মী।

নোংমা সুম্মিৎ অমা মীরাদা হাঙ্গকনবা পাউ পুবা অমা রানানা থারকই," সাধু-সন্তশিংগী মরক্তা মন্দিরদা চওনা অগোঙ্গ শাবা ঈশৈ শক-পগী থবকসি থাদোক্লো। পুম্নমকসিনা লুখ্রাবী অমগী লেমজনিঙাই ওইদে। মসিনা শাগৈগী ইকাই খুম্নবা মাঙহল্লি।"

মীরানা পাউথুম থাখি, "মহাক লুখ্রাবী নত্তে। মাগী মপুরে ইবা গিরধর গোপাল কৈদাইদসু শিহনবা ওমলোই। মহাক্কি মহাক অদুবু পেম্নবগীদমক ভজন শকলি।"

মহাক্কী য়াথং ঙাক্ত্রবদা রানা য়াম্না শাউরে। মীরাদদি অসিগুম্বা সংসারগী অরাবশিং অসিনা করি অমত্তা শোকউবা ঙমলমদে। মহাক্কি মাগী গোপালগী মফমদা পুম্নমক কংথোকপ্রবীনি।

মীরাগী পূজা ভক্তিদা রানানা য়াম্না কন্না থিংলক্লবা মতম অতুদদি মহাক্না চিত্তোড থাদোক্লগা বৃন্দাবন্দা চৎলগে হাঙ্গনা লেপ্লে। বৃন্দাবন্দগী মহাক অমুক বৃষ্ণগী ভূমি দ্বারিকা নগরদা চৎখিরম্মী।

মীরানা চৎখ্রবা তুংদা চিত্তোড়গী আতিয়াদগী অরাবা খুদোংথিবা কয়াগী নোং চুখিরম্মী। মুগলগী লানমীনা লান্দারকপদগী রানা রতন সিংহ শিখিরম্মী। লৈপাক লৈঙাক্লানগী খুৰ্জী রানা বিক্রম সিংহগী খুত্তা লাকখি। মহাকসু মুগলশিংগী খুত্তা মাঙ্গখীরে। মহাকসু শিখ্রে। হৌজিক উদয় সিংহ লৈপাক্কী রায়েন থোদাগী থবক পুরে। মহাক্না মীয়ামগী পাউতাক্তগী মীরাবু হল্লক্তুনা চিত্তোড়দা লৈবিরনবা নিমন্ত্রন পুত্থনা মাগী মন্ত্রী থাখ্রে।

মীরাগী অরোইবগী নুপীদি য়াম্না যেৎনা চিংনিঙাইনী। মীয়াম লাক্কা লাক্কাগী থম্মোইদা ভক্তিগী শেংলবা মৈরি হৌগৎলম্বী অতুগুম্বী সন্ত মহিলাগী শিখিবগী মরমদা নুপী অমনা অসুম্না হাঙ্গরি মতুদি মীরাবু চিত্তোড়দা হন্দুনা লাক্লবগী পাউ ফংলবা মতমদা মহাক্ মাগী গিরধরদগী য়াথং লৌনবা মন্দিরদা চঙখি। মফম অতুদা মহাক্না য়াম্না তোম্না তারব অমা ওইনা হাঙ্গরকই, ‘ ঐগী গিরধর, ঐ হৌজিক য়াম্না চোকথরে। নহাক্না কাঙ্গনগনি খনবা মৈচাক্না হৌজিক ঐ খাঙ-ঙমদ্রে। ঐবু হৌজিক নঙনা নশাদা তিলহনবিরো। ঐবু নথান্নুংদা কোনশিনবীরো। হে গিরধর, ঐগী থরাঙ্গ ভূসি ঐনা নঙবু থাদোক্লরোই।

অতুগা অমুকসু হাঙ্গনৈ মতুদি মীবানা কুইনা থোরকত্রবদা মীযাম্না থোঙ্ হাংদাক্লে। তৌইগুম্বসুং মফম অতুদা মীরা সুকলৈমক লৈরমদ্রে। মহাক কৃষ্ণগী মূর্তিমক্তা তিংনখিরম্মী।

অশেংবা প্রেমগী মতীক ময়াই ওইহুনা ঙসিসু মীরা হিংলি।

—•—

# দ্রুপদ অমসুং দ্রোন

## চান্নবগী হুদি লুতোন কাঙ্ঈ।

নোংয়াই মতুং পুং মরি তাবা মতমনি। উপানশিংদগী উচক শিংনা খোংনরক্লে। দ্রোন্না মোইবুং থাঙ্গৎনা খোংলক্লে। ম'স আশ্রমদা লৈরিবশিংবু হৌগত্তুনা থৌরাং তৌজনবগী পাউ ওইরম্মী।

আশ্রমদা লৈরিবশিং হৌগত্তুনা থৌরাংদা লৈনখ্রে।

দ্রোনস্ম ঈকনবগীদমক চৎলকপদা মহাক্না উরে মহুদি আশ্রমগী মী অমদি হৌজিক ফাওবা তুমলম্মী।

সোইদনমক মসি দ্রুপদ ওইরমগনি অস্নম্না থল্লদ্দুনা দ্রোন্না মহাকপু হৌদোক্লরে! "রাজকুমার নঙ হৌজিক ফাওবা তুমলিবরা ? মতৌ অদুম তৌরবদি নঙ কৈদৌঙৈদস্ম মতম চানা যজ্ঞ তৌফমদা থুংবা ঙমলরোই অমসুং গুরুনা নঙবু শাউরগনী। থুনা হৌগত্তুনা ফমলো অদুগা নঙগী ফিরাল হোংদোক্লো। অসোমদা অয়ুক্কী তৌফম থোকপা তৌরগদবনী।"

দ্রুপদ তন্না হৌগংলে।

মহাক্না তিংলি য়াংলিরগা হাঙ্গৈরকই, হৌজিক তুমশিং ফাজ্রি। অচুম্বনী দ্রোন মফম অসিদি য়াম্না রাগ্রে। পবুং মহারাজনা কোম্লুং-মক্কুদা করিগুম্বা স্কুল থম্মলমলবদি থুদোং চাগদবনি। ঐনা কোম্লুংদগী মফম অদুদা তম্বা চংপা মতমদা। স্কুলী মচাশিং লৌক্লনবা হোৎনবা, যজ্ঞদা শরুক য়াবা ভিক্ষা নিবা চংপা পুম্নমকসি অরেম্বনী। ফরে

হাঈয়ু, ঐ নিংথৌগী মচানী, ভিক্ষা নিবা চংপসিবু ঐনা করম্না অফবনী লৌসিগে ?"

দ্রোন নোকথোকলক্লে, "নঙনা গুরুগী আশ্রমদা লৈরিবা খে, নঙনা মফম অসিগী চংনবা ভাক্ত চংকদবনী। ব্রহ্মচর্য আশ্রমদা নঙ ব্রহ্মচারী ওইগদবনী। নিংথৌগী মচা ওইরবস্থু নঙ্ ধর্ম অসি ভাবদ'নী। নঙ্ ঐনা মরম ওইহনা অসিগুম্বা অকরুবা নিয়ম অসিদগী নাম্থেৎপা থরা ফংলি, মহুমক্তা অতোপ্পা বিদ্যার্থী শ'না শাউরিবনী। গুরুনস্থু মসি অফবনী লৌদ। তৌইগুম্বস্থুং ঐনা খল্লি মহুদি নঙনা তপ্প তপ্প মফম অসিগী চংনবীশিংসি তমশিল্লবদি ভুংগীদমক্তি অফবা ওইগনী। মসি খন্দুনা ঐনা নঙগা লোঈননা লৈহনা থবক থরদা ওইরবস্থ তৌরিবনী।"

"মরম অহনা ঐ মহু খঙ'জ'ল্লবনী দ্রোন! অচুম্বনী, নঙ ঐগী মাম্না ফননবা থনবীবা অমনী। য়েংউদনা, ঐনস্থু নঙগীদমক্তা করি তৌরকপগে। ঐনা ঐগী পুক্তিদা লেপগে মহুদি ঐনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা নহাকপু অস্থুম্না লৈহল্লোই। ঈশাগী লৈপাক তংথাই পীরগা নচাকপুস্থু নিংথৌ ওইহনগনী। ঐখোঈ ঈচিল ঈনাও অনি তিম্নরগা ঈশা ঈশাগী লৈপাক চাওখৎনবা তৌগনী।"

"হে মরূপ অহুঙম্বা রাফম অহু খনগম্থু। ঐখোঈ লাইনিংবদি লৈপক লৈঙাক্লোন্দগী লাম্পা লৈ দ্রোম্না চাঈ। "নত্তে, নংনা উগা—দবা লৈরেদনা। নঙগী নথৌ ওম্থোকনী। ঐনা হাঈথ্রবহুদি মহু ঐনা শোঈদনা পাঙথোক্লগদবনী।

মতৌ অস্থুম তৌনা রারী শাহুনা দ্রোন অমস্থুং দ্রুপদ পুস্ত্রি মপান য়ৌরক্লে অমস্থুং মুমিং অহুগী তৌগদবা থবকশিংতৌননবা থৌরাং-তৌখ্রে।

দ্রোন, মহর্ষি ভারদ্বাজগী মচানুপানী।

ভারদ্বাজ মহাক্কী মতম অতুগী য়ায়। লাইরিক হৈবা অমসুং মনিং তম্না রাখন খনবা ওম্বা গুরু ওইরম্মী। মহাক্না মাগী আশ্রমদ্ কনাগুম্বা নিংথৌ অমগী থৌজান্দা থমলম্দে। মরম অসিনা মাগী শেন থুমগী ফিভম ফরমদে। যাম্না রানা খাঙ্হুনা মহাক্না মাগী আশ্রমগী ছাত্রশিং অমসুং ইমুং-মনুং য়োক থাক্লম্মী।

পাঞ্চাল নিংথৌগী মচা দ্রুপদসু হাঙ্গৈরিবা আশ্রম অসিদা মহৈ তম্নবগীদমক থাখিরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদগী বেথোক মৌথোকপা ফিভমদা লৈরকপনা মরম ওইহনা দ্রুপদ নুংঙাইথোকপা পাম্বা মীওই অমা ওইখীরম্মী। মশানা নিংথৌ মচা অমা ওইবগী চাউথোকচবা অতু মহাক কৈদৌঙৈদসু মক্কাওমক্ কাওরমদে।

গুরু ভারদ্বাজ মসিদগী নিঙবা কাঙ্গৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং দ্রোনবু নুংশিবন মরম ওইহন মহাক্না মাবু অ'শ্রমদগী হন্দুনা চংহল্লরোই হাঙ্গনা লেপলে।

তপ্না তপ্না দ্রুপদ আশ্রমগী থবকশিংদা পুক্নীং চঙলক্লে, তৌই-গুম্বসুং থবক অতুগী লোইফম থোকপা মতমদদি লোইদে। মহাক পোঙ্গনা রাংনা রা ভাওবা তোকপগী মম্নি তারমদে।

গুরু পুর্নিমাগী উৎসবকী মতমদ দ্রুপদনা গুরুগী খোঙ শোক্লগা মাগী পুক্নিংগী অপাম্বা রাহৈশিংসি ফাদোকখি, "ঐনা ঐগী গুরুগী ঈচিন ঈনাও দ্রোনবু ঈশাগী গুরুনি হাঙ্গনা লৌজে। ঐনা নিংথৌ ওইহনা লৈপাক ভারুবা মতমদা ঈশাগী লৈপাক তংখাঈ অমগী মহাকপু নিংথৌ ওইহনগনী।"

গুরু ভারদ্বাজনা মহাক্পু মতোমতা পুহন চংলগা হাঈ, "তুংদা থোকঅ ওইরগদবগী থুবামমুংদা লৈরিবা করীগুম্বা থৌরম অমত্তগী রা

মাঙঙৈনবা হাঙ্গৈবোইদবনী ।

“নিঙবা হাঙ্গৈবত্থনা রাফম অমনী অমম্ভং ফ'ঙ্গদাকপ্রবা চাঙ্গৈবত্থদি য়াম্না লুবা পোংনী । ফোঙদ্রোক্তি ঙৈগী মাঙ্দা চাম্মরক হন্না খনগদবনী । লৈরুংদগী কাপথোকপ্রবা তেম্না অমুক হন্নকত্রবা অত্থংম্না ফোঙদোক হাঙ্গৈদোকপ্রবা রাফম অত্থদি অমুক হঞ্জিল্লরোইদবনী, করিগুম্বা পাঙথোকপা ঙমদবা পোক্রবদি মহুনা পুন্সি চুপ্পা ঐবু পুন্সিন্দুনা থম্মী ।”

অসিগুম্বা শুকগী রাফমশিং অসি দ্রুপদকী থম্মোইদা মসি খজিক ফাওবা তাখিদে ।

মতম্না অহিং মুংথিল অনিগী মশাদা তোংহুনা য়াঙ্না থুনা পাইখি ।

দ্রুপদ মাগী তমফম থোকপা মহৈ লোইরদনা গুরু ভারদ্বাজদগী আশীর্বাদ ফংলে, মরুপ দোনগা উমরগা মাগী মপা পাঞ্চাল নিংথৌগী নাক্তা হনখ্রে ।

দ্রোম্না মাগী মপাগী মনাক্তা লৈরগা বেদ-বেদান্তশিং লৈনরে অমসুং মতোন্দগী লৈকাপ তেনকাপকী মহৈস্নু তমলে । মশাগী লৌশিং থৌনাগী পাঙ্গলদা মহাক যাম্নমক হৈথোই শিংথোইবা বিদ্বান অমসুং অথোইবা লিকং পাঙ্গবা চাঙ্গবা অমমক ওইরে ।

হাঙ্গৈরিবা মতম অত্থ ব্রহ্মচার্য্যাশ্রমগী মতম লোইরে ।

হৌজিক দ্রোন মযুম পাল্লে । মহাক্না মাগী লোঙ্গৈনবীবু য়াম্না মুংশিজরম্মী ।

মহাক মুংশিজরবা মচানুপা অমম্ভ ফংলে, মহাক অত্থগী মমিং অশ্বত্থামা কৌরে ।

মশুবু মুমিং থরনি মতম্বাক্তা ফমহন হিপহন্দুনা শাম্নজরম্নগা গুরু ভারদ্বাজ নোঙ্গাখ্রে ।

আশ্রম, অদুগী ফিভম হায়গুম করমদ্রে হৌজিক অমুকসু হেন্না মাঙ্‌তাক্লম্মী।

দ্রোণা মাগী ইমুং-মচুং পুবদা যাম্না থুদোংথীবা অমা হাইবদু ওইবক্লম্মী।

হাইরিবা মতম অসিদা মহাক্না তাই মতমদি ভগবান পরশুরামনা মাগী লৈজবা সম্পত্তি লাইরবা ব্রাহ্মণশিংদা যেন্থোক্লি। মহাক ভগবান পরশুরামগী মনাক্তা চংখ্রে। ভগবান পরশুরাম মতম অদু কাওবা দা মাগী সম্পত্তি পুম্নমক যেন্থে ক্লগা বন্দা লাইনীংবা চৎনবগী থৌরাংদা লৈরম্মী।

দ্রোণা হাইজবা তাবগা মহাক্না হাই, "অথোইবা ব্রাহ্মণ, নহাকপু তরাম্না ওক্লি। ঐগী লৈজরম্বা পুম্নমক ঐনা ওম্না যেন্থোকখ্রে। নঙনা ঐগী হকচাং নত্রগা লীকাপ তেনকাপকী মহৈশিং অসিদগী অপাম্বা অদু লৌবীবা য়াগনী।"

দ্রোণ মঙোন্দগী থুজু-থুৎলাইশিং শীজিন্নবা ১সুং মাথাইশীং অদুগী নুংগি ওইবা অপুন্না তাকপী তম্বিনবা হাইজরে। পরশুরাম্না মদু পুম্নমক য়াবিখ্রে।

মুমিৎ খরনি পরশুরামগী মনাক্তা লৈরগা দ্রোণা মঙোন্দগী মহৈ পুম্নমক তমলে অদুগ হল্লক্রে।

মহৈনা পুংসগী চঙদবা য়াদবা পোৎলম থুদিং মপুং ফাহনবা হাইবদুদি ওইথোক্রে। দ্রোন থুদোংথীবা তারে।

দ্রোনগী লোইনবীনা অহৌং অমদা হাই, "তৌবীরেদনা, নহাক্না লোইননা তম্মীন্নরকপা মরূপ দ্রুপদ হৌজিক পঞ্চালগী নিংথৌনী। করিগী নঙনা নঙগী মরূপকী নাক্তা চৎত্রীবনো? মহাক্না নঙবু উবমক্তদা মুংশীনা তৌবীগনী অমসুং নঙগী থুদোংথীবশিং কোকহনবীগনী।"

দ্রোণা দ্রুপদবু নিঙশিংলক্লে ।

মহাক আশা চাউনা নোংমা, পাঞ্চাল লৈপাক্লোমদা চৎখ্রে ।

দ্রোণা দ্রুপদগী দরবারদা থুংলুবা মতমদা, নিংথৌ দ্রুপদ পুক্লিং চঙনা নিংঙৌগী জগোঈ শাবীনা শাবা জগোই য়েংহনা লৈবম্মী। জগোই লোইরবা তু'দা দ্রোণা করিগুম্বা পাইহ্রে অমা তৌহনা রাজসিংহা-সন মনাক্তা থুংলে অহুগা য়াম্না আশা তৌনা, দ্রুপদদা হাঈরকই, ''মরূপ দ্রুপদ, ঐবু খঙদ্রবরা ?ঐ নহাক্কা লোঈননা লাইরিক লাইশু তম্মিন্নরকপা নহাকী মরূপ দ্রোণনী ।" শামুনা ঙাইখঙদে নিংথৌনা ঙাইথাদ হাঈরম্মু,

ন,পন্না মযাই কারহনা কাউখ্রবা দ্রুপদনা দ্রোনাচার্যনা লাকপ'স অফবা ওইনা লৌদ্রে অহুগুম্বদা মরূপ ওইবগী মতৌ করম্না উৎলক্কদৌ-রিবনো ? মসিনা মঙোন্দা হেন্নহুম ফত্তবা ওইনা লোক্লে ।

মহাক্না শাউনা হাঈরকই ''ব্রাহ্মন, নঙগী অসিগুম্ব লমচৎসিদি পুকচেল চাউবশিংনা চংকগদবা লমচৎ নত্তে । ঐঙোন্দা মরূপ হাঈনা কৌননবগী নঙগী থৌনা করম্না ফংজবনো ? সিংহাসন্দা ফমলিবা নিংঙৌ অমগা লাঈরা চুদংনবা অমগা করম্না মরূপ ওইজবা ঙমগদৌরিবনো ? নঙগী রাখন অদো য়াম্না লাল্লবনী । লাঈরবনা ঈনাক খুনববু, অপঙবনা অশিংববু অমস্তুং মীকিথীনা থৌনা ফববু করম্না মরূপ ওইজবা ঙমগদৌ-রিবনো ? মরূপ ওইবা হাঈবহুদি মান্ন-মান্নবা অনিগী মরক্তা ওইগদবনী ! মহাক অহনা করিগুম্বা লৈপাক অমগী নিংথৌ ওইদ্রবা মহাক অদো কৈ-দৌঙৈদস্নু নিংথৌগা মরূপ ওঈবা য়ারোই ।

দ্রুপদনা মফম অহুদা লেপলিবা লানমীশিংদা ইঙ্গিৎ তৌরে অমস্তুং মখোঈনা দ্রোনবু মপান্দা চৎথিননবা য়াথং পীরে ।

দ্রোন মাঈথীবগী মৈনা চাক্লক্লে । দ্রুপদগী অসিগুম্বা লোনচৎ অসিদগী মাঈথীরহন। হল্লকপদা মহাক ময়ুগশা চঙহনা মহাকী মশেন

কৃপাচার্যগীদা চৎখ্রে ।

কৃপাচার্য হাঙৈরিবা মতম অদা হস্তিনাপুরগী নিংথৌ মচাশিংবু হেক হেক মহৈ তম্বীরম্মী।

নোংমা নুমিৎ নিংথৌমচা পুম্নমক, সহরগী মপান্দা কুরিগুম্বা মফম অমদা খোঙ্গাওবী (বোল) শান্নরুনা লৈরম্মী । খঙ্ চৌদনা মখোইগী বোল অদু চোংথোকখিরুনা মনাক অদুদা লৈবা লুরবা গুহা অমদা তাখ্রে। নিংথৌমচা–শিংনা বোল লৌথৎনবা হোৎনকবদা যুধিষ্টিরগী খুদোপসু গুহাদা তাখ্রে ।

নিংথৌমচা পুম্নমক্না মাগী-মাগী খঙজ হৈজবনা বোল অমসুং খুদোপ লৌথৎননবগী হোৎনরুনা লৈরম্মী । মী অমনা য়াম্না কুইবফাওবা মখোইগী হোৎনবা অমসুং নিঙবা কাঙইবদু য়েংলুনা লৈরম্মী ।

মহাক্না হাঙই, "নিংথৌ মচাশা, নখোঙই ক্ষত্রি মচানী, তেনকাপ্পসু হৈরিবনী । করিনো অদুগসু করিম্ন লৈতবা গুহাদগী বোল লৌথৎপা ঙমদ্রিবা ?"

নিংথৌমচাশিংগী মরক্তগী অমনা হাঙই, "করিনো হাঙৈরিবনুবু ? ফরেনে, লীকং তেম্না বোল কবম্না লৌথৎকদৌরিনো -"

মী অদুনা হাঙই, "ঐনা বোল অদু লৌথৎপিরবদি নখোঙনা ঐঙোন্দা করি পীগনী ?"

যুধিষ্টিরনা থুনা হাঙৈবকই "নহাক্না ঐখোইগী বোল অমদি খুদোপ লৌথৎপীরবদি ঐখোঙনা ঐখোইগী ওঝা কৃপাচার্যগীদা নহাকপু তরাম্না ওক্লবগী বাত্তন পীগনী ।"

মী অদুনা মফম অদুদা তারম্ব: চৈতেক খরা খুল্লে ।

চৈতেক অমদা মন্ত্র খরা শোল্লগা মহাক্না গুহাগী ঈশিংদা থাধরে । চৈতেক অদু চুম্না তাখিদুনা বোল অদুদা তাক্লরে । মহা-ক্না অতাপ্পা চৈতেক অমা অমুক থাধবদদি মহাক অহানবগী চৈতেক

অহুগী মপক্তা তাখিহ্নুনা নপঞ্জে ।

মতৌ অম্রম তৌনা অমগী মপংদা অমা, মথং মথং চৈতেক কয়া থাধারে । মখোইশিং অহু অমগা অমগা নপশিন্নখিবনী । পুম্নমক্তা মথক থংবা চৈতেক অহু পাঙ্গৈরগা মী অহুনা বোল অহু লৌপংলক্লে ।

নিংথৌমচা অমদগী লীরুং তেন্না খুদোপ পান্দম লাক্লগা মী অহুনা তেন কাপলে। কাপখ্রিবা তেন অহুনা খুদোপ অহুগা লোইননা গুহাগী মপান্দা লাক্লে ।

নিংথৌচা পুম্নমক গুক্লা মী অহুবু য়েংহ্নুনা লৈরে ।

যুধিষ্ঠিরনা থুনা মী অহুগী মখোস্ত শোক্লে, "হে মী অথোইবা, নঙনা ঐখোইদা শকতাকপীয়ু" ।

"হৌজীক্তি তরাম্না ওকপগী মতম এইরে কৃপাচার্যগী মনাকমক্তা ঐনা ঐবু শকতাক্কনী" মী অহুনা নোক্লগা হাঈ ।

নিংথৌমচাশিংনা হাঈ 'চুমলে ঐখোইগী ঈপা পোকপা ইবুধৌদগী নহাক্তা ঐগোইবুস্নু শক খঙগনী ।" নিংথৌমচাশিংনা মবুধৌ ভিষ্মদা মী অহুগী মরমদা খন্না নৈনখি ।

ভীষ্মনা কৃপাচার্যগী মফমদা পাউ থাগ্রে অমম্সুং মহাক্কীদা দ্রোনাচার্য লাক্লে তাবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইরে ।

নিংথৌমচাশিংগা লোইননা ভীষ্ম, কৃপাচার্যগীদা থুংলারে । মহাক্লা দ্রোন্দা মতুং অসিদগীদি চানবীহ্নুনা নিংথৌমচাশিংবু মহৈ তম্বীয়ু হাঈজরম্মী ।

দ্রোন ওঝা অমা ওইহ্নুনা লেঙদনা হস্তিনাপুরদা লৈরক্লে ।

অর্জুন গুরু দ্রোনগী অচানবা সেবক ওইরম্মী । মহাক্লা তাকপী তম্বীখিবা পুম্নমক্তো অর্জুন্না থুনমক খঙ হৈখিরম্মী ।

গুরুগী পুম্নমক্কী থোইদোক হেন্দোকপা ওইরুবনা মরম ওইদুনা অর্জুনা দ্রোনগী পুক্নিংগী মুংঙাইতবা অদু খঙখ্রে।

দ্রোনদা মাইথীবগী মৈনা চাক্লম্মী। মহাক্না নিংথৌমচাশিংবু মাগী থুজিন থৌরাং অমগী অরেপ্পা নিয়মগী মথাদা লান্দা হৈথোই শিং-থোইনবা মহৈ তম্বীরম্মী।

নোংমা মুমিগ্ভি অর্জুননা গুরুদা গুরুদক্ষিনা কৎচরগে হাইজরম্মী।

অর্জুনগী অদুগুম্বা হাইজবা অদু তারগা আচার্য দ্রোনগী মীৎকী মাঙদা মাগী মাঙৈখিবগী থৌদোক অদুনা জগোই শাবক্রে।

মহাক্না নিংথৌমচাশিংদা হাঈ, "নিংথৌমচাশা, পাঞ্চাল নিংথৌ দ্রুপদনা অমুক্কি ঐবু অচৌবা মাঙৈথীবা অমা পীখ্রে। চহী কয়া হৌখ্রে তৌইগুম্বসুং ঐ হৌজিক ফাওবদা মাঙৈথীনা অদুবু কাউবা ঙমদ্রে। ঐনা নখোইদগী হীরা মনিমুক্তা, সনা লুপা অমসুং শগোল শামু পামদে। ঐনা পাম্বী মদুদি নখোইনা নিংথৌ দ্রুপদবু মাঙৈথীবা পীরগা মহাকপু বন্দি ওইনা ঐগী নাক্তা পুরকউ। ঐগীদমক্তদি মদুনা নখোইগী গুরু দক্ষিনা ওইগনী।

নিংথৌমচ শিংনা নিংথৌনা শেম শারগা পাঞ্চাল নিংথৌগী মথক্তা লান্দারে।

পাঞ্চালগী লানমীশিংনা নিংথৌমচাশিংগা অকনবা লান্থেংনখি তৌইগুম্বসুং অর্জুনগী থৌনা ফবা অমসুং অপাং কনবা অদুনা লাকশিল্লকুনা পাঞ্চাল লানমী পুম্নমক মাঙৈ ওন্দুনা চেম্মরক্লে।

নিংথৌ দ্রুপদ মতোমতা লৈহোরে। অর্জুনগী মঙদা মাগী থুংসাই পুবা ময়াই চমসে।

অর্জুন্না মাগী ময়াম্বা ভীমদা ফাবীরো হাঙ্গজরে অমসুং মহাক্না দ্রুপদবু বন্দি ওইহনখ্রে।

দ্রুপদ গুরু দ্রোনগী মনাক্তা লানফা ওইনা পুখ্রে।

গুরুনা নোক্লগা মঙোন্দা হংই, "কমদৌই পাঞ্চাল নিংথৌ, হৌজিক নঙনা ঐবু খঙলবরা নত্রগা খঙদ্রিবরা ?"

দ্রুপদ শাথীনা মাঙ্গথীবা অমা হাঙ্গবাদা ওইরে। মাগী মচিনদগী কবিগুন্না খোঞ্জেন অমত্তা থোরকখিদ্রে।

"করিগীনো, নঙনা করিমত্তা ঙাঙদ্রিবদি ?"

দ্রোননা হাঙ্গই "ফার ঐ হৌজিক খঙলে। নঙদি নত্রগা মান্নবা মীশিংতগা মরূপ ওইবনী। য়ারী য়াতাই শাবম্না নিংথৌশিংতগা শানরমগনী। ঈশাগী থুদোংথীবা থোক্লবদা, মরূপ অমগী মঙংদা নোংমা ঐ নঙগী ননাক্তা লাকখিরম্মী।

"করিগুন্না মতম অমদা নঙমক্না মসি হাঙ্গখিরম্মী মতুদি নঙনা ঐঙোন্দা নঙগী লৈপাক তংথাই অমা পীরগা ঐবু নিংথৌ ওইহনগনী নঙ মতু কাউরবরা ? ঙসিদি মাঙ্গথীত্তুনা নঙ ঐগী ঈনাক্তা লাক্লে।

"ঐগী সেবকশিংনা নঙবু হাৎপফাও য়াবগনী, তৌইগুম্বসুং ঐনা মতুমক্তি থিংখিরম্মী মরমদি ঐসে নঙগা মান্নবা মরূপ অমা ওইননদা হোৎনবদা অথিংবা লৈতনবা। ঐনা নঙগী লৈপাক তংথাই অমা লৌরগা নঙবু নিঙ তমহল্লবনী।"

গুরু দ্রোননা দ্রুপদগী পুন্নিবতু খোকহাল্লে, অতুগা পীজ পীথক লগা ঝাঙ্গনরে।

নিংথৌ দ্রুপদ দ্রোনগী মফমদগী মাঙ্গথীবা ফংতুনা হল্লক্লে। মহাক্কী নাপল মরু ফংনা মাঙখিরম্মী।

দ্রোনগী মফমদা মানা চৎখিবা লমচৎ অতুদি মহাক্না ইকুই কুইদনা কাউশিরম্মী, তৌঈগুম্বসুং ওসি দ্রোননা মস্তোন্দা পীখ্রিবা মাইথীবা খুৎপী অসিনা মাগী থাম্ম ঈদা চাওনা ননবগুম ৎোক্লম্মী।

দ্রোন্দা লমন থুম্বা হাঙ্ঈবসিনা দ্রুপদগী পুন্সিগী অরোইবা পান্দম ওইখ্রে।

মহাক অহিং সুংথিল অনিমক্তা মসিগী রাথন্দা শন্দুনা লৈরক্লে। মানা মাগী লৈপাক মন্ত্রিশিংদা শিন্নশোক্লে অত্তগা মশামক্না ঋষিশিংগী আশ্রমদা চৎলক্লে কবিগুম্বা অমদা লমন থুম্নবগী লম্বী ফংননা।

ঋষি অমনা হাঙ্ঈ, ! নঙগী নরাঙ্ঈবক্না নশাগী পাঙ্গলনা দ্রানবু মাঙ্ঈশাবা পীবা নত্রগা মাগী কবিগুম্বা অমাত্তনা থোকহনবা ওম্বগী মরম ইরশাদ্র। হোঙ্ঈ, কবিগুম্বা নঙন অসিগুম্বা নচান্নুপা অমা ফংজরবদি ওইরশাকপ ওমজবসু যাই। অত্তুগুম্বা নচান্নুপা অত্তুগীদমক যজ্ঞ তৌহন্ন-বগী মতীক চাবা ঋষিদি অমথক্তং লৈ মহাক অত্তুদি মহর্ষি য়াজনি। নঙগী সেব অমসুং দক্ষিনানা মাবু শেলহল্লবদি নঙগী অনিঙবত্তু থুংনা যাই।

দ্রুপদ মহর্ষি য়াজগী আশ্রমদা থুংখ্রে।

"ঐ ঋষিগী মফমদা ইচান্নুপা ফংহনবীনবগীদমক হাইজবা লকচ-বনী। ঐস্তোন্দা অত্তুগুম্বা ঈচান্নুপা অমা ফংহনবীযু। মহাক অত্তুমক্তী ঐগী য়েক্লনগী মঙক ককপা ওম্বা।"

"নঙ কনানো ?" মহর্ষি য়াজনা হংই।

'ঐ পাঞ্চাল নিংথৌগী মচান্নুপা দ্রুপদনী। মহর্ষি ভারদ্বাজগী মচান্নুপা দ্রোননা মাগী সেবকশিংগী মতেংনা ঐবু মাঙ্ঈথীবা পীরগা গঙ্গা অমদি যমুনাগী অথাংগী পাঞ্চাল লৈবাক্তী শরুক ঐশস্তান্দগী মুন্দুনা লৌখ্রে। ঐ দ্রোন্দা লমন থুম্নবগীদমক ঈচান্নুপা অমা পামজৈ। মসিদা ঋষিনা ঈস্তেং পাংবীগদ্রা ?

ঋষিনা হাঙ্গি "থঙলে, তৌইশুঙমম্বুং হে নিংথৌ মহু ঈচম চম্বা থবক অমা নত্তে। য়োন হাঙ্গিবদো ভারদ্বাজ ঋষিগী মচান্নুপানী। মাগী মঙক ককপা শুম্বা থৌনা ফবা অময় পোকপা হাঙ্গিবসি অরুবা থবক্নী।

দ্রুপদ য়াজ ঋষিগী মথোঙদা তুম্খ্রে, "হে আথোঙ্গিবা ঋষি নঙনা ঐগী নিংবসি কাঙ্গিংনবীবগম্বু নপ্রবদি ঐ ইথম্বুনা থৱাঙ্গি মাঙনবা তোংনজরগনী। নহাক্না তৌজো হাঙ্গিবদো ঐনা পুন্নমক তৌজগনী। ঐনা যজ্ঞ অত্থুগীদমক শননী লাক্ষ অত্থুগা মাম্নবা সনা লুপা কংচগনী রাশক-চরবনী।"

ঋষি য়াজ যজ্ঞ তৌননবগীদমক থৌরাং তৌখ্রে।

দ্রুপদ কোন্নুংদা যজ্ঞ তৌনবগী থৌবা শিং হৌগৎখ্রে।

চাউবা মাগুপ অমা শাখ্রে। মতগী ময়াইমক্তদা যজ্ঞ বেদী অমা শেমলে।

য়াজ মুনীনা দ্রুপদ অমস্নুং মাগী রানী মথোঙ্গি অনিবু নিয়ম চুম্ন' ঈরু মাঙ্গিথহল্লে, চাকহেল ঙাহেন্দহল্লগা যজ্ঞ তৌবা হৌখ্রে।

যজ্ঞ অহু য়াম্না চাউনা নিন থোংনা পাঙথোকলক্লে। যজ্ঞগী মৈথুনা সহর পুন্নমক শন্দোরাক্লে।

যজ্ঞ অহু মপুং ফানা লোইশিল্লগদবা মতম য়ৌশিল্লাক্লে। নিংথৌ রানীগা লোঙ্গিননা অচৌ অশাং পুন্নমক তিল্লম্মী।

মহর্ষি য়াজ অরোইবা অহুতি পীনবগীদমক লেপগৎলাক্লে। দ্রুপদ অমস্নুং রানীনা মথুং শোম্নরগা য়াজগী মাঙদা লেপখ্রে। যাজনা মন্ত্রগী খোম্হোক লোঙ্গিননা হোম পীরে অমস্নুং যজ্ঞবেদীদগী শাগাল অমদা তোংলগা তনৌ তনৌরিবা অঙাং অমা ২পান্দা থোরক্লে। মাগী মনাদা কুণ্ডল চিল্লম্মী, মশাদা কবচ লীংলম্মী অমস্নুং মখুত্তা থুংলাই পাঙ্গিরম্মী।

য়াজনা নহা অদুগী মখুৎ দ্রুপদগী মখুত্তা পিন্নরগা হাঙ্গিরকই, "লৌরো, অসিদা লৈরে নখোঙ্গী মতীক-মখোনা লৈরবা মচা মুপা। মহাক অসিগী মমিং ধৃষ্টদ্যুম্ন কৌই। মহাকসিনা দ্রোনগী মণক কক্লগনী"

নহা অদুনা রাজা রানীগী মখোঙ্গ শোকলে। রানীনা হুরাউনা মহাক অদুবু মতম্পাক্তা পমখৎখ্রে।

যজ্ঞ অদুমক্তগী নিংথৌনা দ্রৌপদী কৌবী মুপীমচা অমসু ফংজখ্রে।

মতম কয়া হৌখ্রে।

* ★ *

মহাভারতকী অকিবগী মশক ওইরবা লান হৌবে।

মতম খরদংগী মতুংদা কৌরব লানমীগী লুচিংবা আচার্য দ্রোননা ওইরে। মহাক মতোমতনা লানমী লীশিং লীশিংগী পান্না কল্লম্মী। মহাক্তা লাকশিল্লকপদা পাণ্ডবশিংগী খুদোং থীবা ওইবম্মী। দ্রোননা হাংচিল্লকপনা পুম্নমক তুমশিল্লাক্লে।

অহিংদা ভীম, অর্জুন, যুধিষ্টিরনচিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ফমলগা রা তান্নরম্মী মদুদি আচার্য দ্রোণদগী করম তৌরগ জয় ওইবা ফংগদগে।

যুধিষ্টিরনা হাঙ্গি, "হে কেশব, লান অসিদি ভীম অমসুং অর্জুননা তৌবনী। ঐদি তৌরকপদগী লান তৌবসি পামথিদবনী। হৌজিক্তী আচার্য দ্রোননা লাকশিল্লকপসি অর্জুননসু ভীমনসু থিংবা ঙম্দ্রে। ঐখোঙ্গী মাঙ্গৈকেগী লানমী কয়া কয়া মুমিং খুদিংগী অশি লৈবাক্তা থাখ্রে। লানমীশিং অসি মশা মশাগী নত্তে, ঐখোঙ্গীদমক লান্থোংনবনী অমসুং ঐখোঙ্গীদমক্তা শিনবনী।"

কৃষ্ণনা হাঙ্গি "হে নিংথৌ, লান তৌরবা হাঙ্গিবদুদি মাঙ্গথীবা নত্রগা জয় ওইবা হাঙ্গিবদো অমনা নত্রগা অমনা শোইদনমক ফংনবা তাবনী।

করিগুম্বদস্থ পিতামহ ভীষ্মনস্থ ঐখোইবু খুদোংথীবা নগুহল্লি। অর্জুন নত্রগা ভীমগী অচম্বা শাম্লাংনা অচার্যবু মাঙইথীনা পীবা চম্লারাই।

কৃষ্ণনা ভীমদা হাঙ্গী, "দাদ য়াইমা, ঐগী নারায়নী তেঙ্গোন্দা অশ্বত্থামা কৌবা চাউরবা অকিবগী মশক ওইবা শামু অমা য়াওরিবনী। হয়েং অষুক নগুনা মাবু খিনীরুরো। মহাক হেক থেংনবা মফম অদুদা, মাগী মথক্কী তোংলিবা লানমীশিংগা লোঙ্গেনবা মহাক অদুবু হাংতোক্কো। অদুগা মতম অদুদা আচার্য দ্রোণনা লান শোক্লদুনা লৈরিবা মফম অদুদা চংলগা "অশ্বত্থামা শিরে" হাঙ্গনা পাউ লাউথোকউ। ঐনা খল্লি মদুদি পাউ অদু তারবা ডুংদা মচা নুংশিবনা মরম ওইদুনা আচার্য দ্রোননা লাম্থেংনবগী পাঙ্গল লোইশিনখিগনী।"

ভীমনা য়াফম পূম্নমক খঙজাল্লে। মথংগী নুমিত্তা আচার্য দ্রোন মাগী রথ মথক্কা তোংথংলে, অকিবগী মশক ওইবা লান থেংনখিরম্মী। মতম অদুদা পাণ্ডব মাইকৈগী লানমী থরনা লাংএরম্মী, অংস্নং ম্নংডাইবা ফোং-দোক্লুনা চেম্নরক্লম্মী মতুংদ ভীমনা অশ্বত্থামাবু হাংলে হাঙ্গনা।

মসি তারুবদা মহাক্না পুমঙক ওকখি।

আচার্য দ্রোন মমিৎ পাঙনা পাঙনা উখিদ্রে মাঙ্গকৈ পুম্না পুম-মম মমথ্রে।

মহাক্না মপাম্বোম অনি চোকথরে 'মসিবু কনানা হাঙ্গরিবনো? অশ্বত্থামাবু ঈরাঙ্গ লাঙ্গনা হেক্তা শিগদ্রবনে? মসি ওইদবা য়ানী।"

মতম অদুদা অতোপ্পা মাইকৈ অমদগী ভীমনা রথ লোরদুনা লাক্লে অদুগা হাঙ্গ, "ঐনা ঐগী গদা অসিনা অশ্বত্থামাগী মকোক পুম-তোই তোইনা থুগাইরে।"

দ্রোন লাম্থেংনবা লেপলে। মাগী মমিংতগী শীগী ঈরা শিন্দুরক্লে।

মহ ক্না খোঙ্গেল ৱাংনা হাঈৱকই, যুধিষ্ঠিৰ কদাইদা লৈ? মহাক্না এৰেভান্দা অচুম্বা পাউ পীগনী।"

যুধিষ্ঠিৰনা যাম্ন তপ্না খোঙেন্দা হাঈ, "হোঈ ওক থাঈগমক শেংনা অশ্বত্থামা শিৰে" অমুক খৰ হেন্না তপথবা খাঙ্গেন্দা হাঈ, "মী নত্তে শামুনী।"

দ্রোননা অনিশুবা ৱ ফম অসিমদি শুক্লামক তাখিল্লে।

মহাক মাগী ৱংতী কুমথবে। থংলাই পুমমক লৌথোক্লুনা ছন্দাকলে অতগা মফম অদুগী লানফম মযাইদা ফমথখরে।

মতম অসিমক্তদা দ্রুপদগী মচানুপা ধৃষ্টদ্যুম্ননা থাঙলাং পাঈদুনা চেল্লকলে অদুগা মহাক্না থাঙহাই অমদা দ্রোনগী মকোক্না মশাগা তোঙান তোঙান তাহল্লে।

মাঈথীৱা অমসুং লমন থুনগী মৈদা দ্রুপদ-দ্রোনগী মৰূপ ওইৰগী মতৌ ভুম্ন চাল্লগা উৎ ওইখি

— 0 —

# অপঙ্‌জাউ

অপঙজাউ — থোকচাউ, মুঙ্‌যুজাউ, শুগৎচাউ অমসুং ফুগামজাউ, চাউবা ৪গী পুন্না মীয়ামনা খঙনা কৌনবা মিংনী। চাউবা কৌব' ঙাক্কো মখোঈ মবি লুনা-চান্না তিমৈ ঙাঙ না কৌনরকপদা করম্বা চাউবনো হাঈবা খঙ্‌নবদা মথক্কী মিংশি সি কৌনখিবনী। থোকচাউ— যুমনাক থোকচোমনি, থোকচোমদগী থোক: চাউবদগী চাউ লৌবগা থোক + চাউ = থোক্‌চাউ। মুঙযুজাউ — মুংতেঙ্গোং মুঙ ফু গেৎপগী থবক্ তৌবদগী মুঙফু: চাউবদগী চাউ লৌরগা মুঙযু + চাউ = মুঙফুজাউ। শুগৎচাউ— মাগী মাঙ্গোং মতম লৈশনা খিবক্কা হবাওর শুগৎলি, কপ্পে-নোকাল শুগৎলি, মাগী হৈনবী শুগৎপদগী শুগৎ: চাউবদগী চাউ: শুগৎ + চাউ = শুগৎচাউ। কনাগুম্বনা শুগৎচাউবু শুগৎনন্দ হাঈনস্ত্র কৌনৈ। ফুগামজাউ— মহাক নোঙ্গবদা মঙং মবিন নাইদনা নোঙ্গ। অসুম্না নোঙ্গৎসিবু 'ফুগাম' হাঈবা লাঈনা অদুননি থাজনৈ। মাগী নোঙবা লাঈনাদগী ফুগাম চাউবদগী চাউ: ফুগাম + চাউ = ফুগামচাউ শমজিন্নরকপদগী চাউ-বু জাউ হাঈনা কৌনরকখি। মখোঈ মরি লুনা চান্ন তিমৈ ঙাইহাক্কা পাদোরুদে। অয়াম্বা মতমদা মুঙফুজাউগী শিনং শংদা গঞ্জা থরুগ। তোঙান তোঙানবা হীরমদা বারী কয়া শাই, রারেপ কয়া লৌ, থবক্তি ইপাঙ্‌ পাঙ্‌থোক্কনা মতম লেপ্লকই, অযুক জুমিদাংগী মখোঈ মখোঈগী মুপী অঙাংনা চাক্ লোইরম্লগনী হাঈবা মতমদা হেক

চেক কাঙ্গনদুনা মযুমদা হন্নখি। অস্রুম তৌনা হৌখিবা মতমনা, মখোইগী পুন্সি লম্বী মাঙ্ তেনশিল্লকলে তুং শাংহৌরে।

নোংমা মুঙফুজাউগী শিনশংদা মখোঙ্গ মরি পুন্না ফমদুনা গঙ্গা থকলিঙৈদা খোকচাউনা শাংনা চিংলুরবা গঙ্গাগী মৈথুহু খোইদৌ তানা মতীশ কুং য়োংথরগা তপ্পা মরাঙ্গ হাইগৎলক্লুনা য়ুমগী থাঙেন্দা মীংফম পম্লগা যাম্না পাম্মুনা গঙ্গাগী মৈথুহু বি-রি কামথোক্পগা লোইননা ঙান্নক অদু থংনবা ফুগামজাউদা পীবকই। মৈথু কামথোকপা লোইরকপদা চনিং তানা অশাংবা নিংশা অমা চিংশিল্লগা য়াম্না চিং লেম্না হাঙ্গবকই, "ঐগাঙ্গী পুন্সিসি নোংমা নোংমগী হৌশিদুনা শোনবনস্ত কাংখোল কাবদ হোই লাউরে, নংবনা আমৎপদা মোরাক থাক্রে, ঐখোঈ পুন্না তৌনা যাব' থবক অমত্তদি মথন্নসি। ইতাএ মুঙযুজাউগী মুঙ্তোঙ্গাং নুংফু থেংপদমক খেংলী শাবদমক শাই নৈগে লাক্রে য়োনগে শীংতে। মুংশিং ফাডুনা চাবা য়াবপোক্তি নত্তবননিনা কাব তৌরগা ঐখোঈ হিং-গদগে অমুক্তদি মগন্নসি।"

থোকচাউগী ৱাসি শৌগৎলদুনা ফুগামজাউনা হাঙ্গরকই, "হোইনে ঐখোঙ্গসে চানবদি নৈতে, চাকচঙ্নবতা তৌদুনা নৈরে. হাও কাসিবা নঙ্গগা হিদিংগা লাল্লানসিরা কবিনো অমদি থন্নবা চুম্লবনী, নত্রবদি ঐখোঙ্গ চরা শীংপদি শোঙ্গদ্রবনী।"

ফুগামজাউনা থাঙ্গৎলকপা ৱাফম অনিদগী হিদিংগা ললোনবা হাঙ্গনসি হ'ঙ্গনবদি মতাবা মখোঙ্গী পুন্সিদা অমুক্তা তৌরুদ্রিবা শিনফম্মি। অচা অথক্ ওইরবস্ত নত্রগা থবকপু ওইরবস্ত তংদুনা নত্রগা তৌদুনা য়েংনিংবগী অপাম্বসি ময়ামদগী শুগৎচাউনা করাম চাউঙ্গ— চারগা য়েংই, ফনা ফবা চীঙ্গাক ওইরবস্তু চাবদা হাওত্রবদি শুগৎলগা তোকথোকঙ্গ,

ফনা কান্নবা ওইরবস্থ অরাবা থবক ওইববদি মহৈদস্ু শুগংদলগা তোকাথোকই। অদুবু অনৌবা থবক তৌদুনা যেংনিংবগী অপাম্বনা শুগংচাউনা হাঙ্গীবকই, মীনা ঈশীংলে য়াওরে, শীংচল্লে য়াওরে এখোইনা তৌখিদনা থবক লৈশিল্লকত্রে, হাও কাবা হাঙ্গীরা এখোইন তৌরুদ্রবস্থ এখোইগী থুবাশিং শরা কারি, কান্নবরা হংলুবদা মখোইনা থুমককই-ইবো। এলাং হেকপদ কগী মমল হঞ্জিন্দে হাঙ্গীবদু-ৗ হাইরকই। অদুবু মাখাঙ্গী হাওকাবদি তেংগে, পঙথ্রবা হাঙ্গীবদুনী। অদুনা যেংসি হাঙ্গীরবদি হিদিগা লম্ভোনবসি অমুক্তং চত্তুনা যেসি, কান্নবা ফংদ্রবস্থ থবক অদু তৌরবগী অরা মুংওাইদস্থ খঙগনী।"

"নঙগী মহৌশাগী মহাও তংনিংবগী রাহুনিনে, মহাও তবদা হুদ মহাও তংলুহন নোংমদি ইশু শুগ তুনা শিবদি শোঈদ্রবনী" চিলাম-থারাম ওইনা ফুগাংজাউন কোক হাঙ্গীদোকলুরে। শুগংপা হাঙ্গীবা রাহৈসি শুগংচাউদা অপামনা হাঙ্গীববদি চাঙ্গীবদুনা শোহ্নী ননা পনবফাও য়াবা নাত্তে য়রং শাউগংলক্কুনা,— "এনা শুগংপা নওনা ফুগাম থুংবা, নওনা কবিদা হেন এনা কারিদা রাংলদনা" শুগংচাউদো ফুক হৌগংলগা খুদা তাখত্তুনা ফি শেমখ্রে। মপা তরারক চৈবদা নাচুংবিবা নত্তে, যুগাম হাঙ্গীবা রাহৈসি নাশোন ওইনা খজিক্তং তাখিবদা চীং ফুকাতাক্তুনা লংথোনাক থল্লিবা ফুগামজাউনি, তভাই ফদনা ঙে-ঙে শংদুনা হৌগংলগা মাগী উরৈরোম শঙবা মঞ্জুনবা খুদৈদো তাখংলিবমখৈ য়েপশিল্লি, যেশিল্লিবমখৈ তাখংলি তৌদুনা "করি কৌদগী হৌসিগে" হাঙ্গীদুনা নৈবুঙগুম্না মুক্লাগী ফীভমদা ফুগামজাউ লেপখ্রে। অনিগী ওইরিবা ফীভমদু উবদা থোকচাউ মুঙফুজাউ অনি ফুক-ফুক হৌগংলগা "মাঙগে-মাঙগে" হাঙ্গীদুনা মী পোং উখিত্রা হাঙ্গীদুনা মাঙ-তুং সোঈগেং য়েংলগা মৈচাক ফনা চাকথংলকলিবা গজা ভাম্বক লানশিন্দুনা থোকচাউনা শুগংচাউ থামখ্রে,

"খংনবা নত্তে খন্নবনিনে" হায়হুনা মুঙফুজাউনা ফুগামজাউ খামাল্লে। "হোইনে মতা চাদবা হায়বরু" হায়হুনা শুগংচাউ গল্লা শাংনা চিল্লে। ফুগামজাউ তাখংলুবা কিশি থোকলি, মহোশাগী রাখল্লোন্দা খোইদৌ তানা শাংনা চিংলুরবা গল্লা ঙাম্নক অহু মমিং চেজেং উইশিল্লগা শুগংচাউনা ফুগামজাউদা লানল্লে, ফুগামজাউমু "অরেম্বদা মতম মাঙহল্লুইদ" হায়বগা থরায় তানা গল্লা চিংল্লে।

এম্বোকপা হায়বহুনা মীয়াম্না মরূপ চাউবা মরিগী শকতাক্লবা মিং থোনবদা খোবচাউ মুঙফুজাউ অনিগীদি যুম্নাক অমম্লুং শিনফমদা মিং তপশিনবনী কায়দে, শুগংচাউ অমম্লুং ফুগামজাউ অনিদা মশাগী অশোয়বা ফীভমদা মিং তপশিনবিখিবসিদি তৌবিবমদবনা ফবনী, খংনরকপা, চৈনরকপা অমম্লুং লঙনবদা মী মশা অহুগী অশোয়বহু পল্লগা নত্রগা হায়রগা পেল্লবসি চৌনশানী, অহুগুম্বা রাহিশিংহু হায়রকপা পল্লকপা তারগা মশা মশা অহুদি তিঙ শোল্লহুনা শিনি-নানি খঙ্‌দনা হাংকে তুপকে হায়না অশাও মৈগৈনরকই। অসিগুম্বা মতাং মতাংদা শুগংচাউ অমদি ফুগামজাউ অনিগী অশাও মৈমুংনবা ঈশিংদি থোকচাউ মুঙফুজাউ অনিনা ওইহুনতা লাক্লবনী। মরূপ ওইবগী মৌনশা নাইমু-কিশিদি থম্নদে, ঙাইহাক খংনা লাউনক্লরবমু অহুম হেকতমক তেথনৈ। অরোইবদা মখোয় মরি হিদিংগা লল্লোনবা চংলসি হায়না রাল্লেপনল্লে।

হিয়াঙ্গৈ-পোইমুগী মতম, তুবেনগী ঈশিং ঈচেন ময়াং কংশিল্লকপা মতমনি। কাইদোই হি অমদা মুঙফুজাউগী শিনশংদগী মুঙ্‌ফু-মুংতেঙ্গোং অরৈবমথৈ হাপচিল্লে, মখোয় মরিগী মঙা তরানিগী চেঙজেনগা লোইননা তুরেন অচৌবা মরীন্দা হঙ্গংনা থোকচাউ, মুঙ্‌ফুজাউ, শুগংচাউ অমম্লুং ফুগামজাউ মখোই মরি, অযুক তুউবকপা মতমদগী হিদিংগা লল্লোনবা চংলিবনী হায়হুনা অরাং পাংনা হি হোনগংলকএ। নিংথমথাগী

অকংবা ঈশিংদগী কারকপা মনিলনে তুরেল তুখুল মহুং ইম্না শীংলকপা ঈংলবা নুংশিংগী ইপোমনা যৈবদা মখোঈগী মশাদা মচীন তুম্বা পতুম্না থিনবগুম চৈনা ফাওরম্মী। অদুবু মখোঈনা মসিমদি কাউবা লৈতে— ওলাং থাগী শারবা নুংশাবু মেরাগী থাবলশুম্না ঈংহনবা, রাকচীংগী উনথাবু রাংবল মৈশাগুম শাহনবা ওম্বা গঙ্গাবু। থোকচাউনা নৌ হোম্ন হোম্ন হীরুবাক্রুগী লাউরক্লম্মী "অঙীংবা চৈনাসি কোক্লুবা হীদাকতু অমুক্কদি শেম্মুদনা।" মহৌশাদগী হীদাক শেম্বা অমসুং মৈ চাকপগী থবকসি অয়াম্বা মতমদা শুগংচাউনা হেক-হেক তৌরকই। অমা অমদা থৌদানরুব। অমুক ওৌ"না মহাক্লা হীদাক শেমগংগ্রে। শুগংচাউনা শুগংপসি থোইদোকপা মমা পূকমুংগী নতে, পুন্সিগী য়াম্না ওল্লিবে মতমদগী গঙ্গা থকপগী মৈথু কামথোকপদা তত্তনা শুগংপদগী মথুন। হৈনবী ওইখিদুনা মমৈথংদদি শুগংপসি মাগী মাঈথোংদা থুন্দা লেতাদুনা মতম চুপ্পগী ওইনা লৈখিবনী। হীদাক শেম্বা লোইরদুনা মৈশুং থারগা শুগংচাউনা হীদাক মে চাকখ্রে। শুগংচাউনা হীদাক্কু মতা তরারকুং ওৌনা থপ্লগা অশাংবা থুংচিং অমদা শাংনা চিংলে, নিংশা ককৃথিং মরাঈথেক হাইগং শুগংলগা, মম্না-মচা কাঈনবগী অরাবা ফোংদোকপগুম মৈথুদু শাংনা রি-রি কামথোরকই। শুগংচাউনা কামথোরকপা মৈথুগী মনম ফংবদা, মকোন্দা কুন্দুনা লেরম্বা উচেক মচা ময়ামনা, মচীঙ্গাক পুরকপা মপী পাইশিল্লকপগী শাহুম ফংবদা ময়া কাথোক্লুনা ভাইনবগুম মখোঈ অহুমগী মরক্তা কনাদা গঙ্গাগী ভান্থক লাল্লকদগে থন্দুনা মথুং তিংথোক্কদবগী ভাহদুনা লৈনরি। শুগংচাউনা থূরব মমাং অদু অমুকম্নু থর উইশিল্লগা গঙ্গাগী মৈথু কামথোক কামথোক্লা ভান্থক অদু থরদং লাম্থোকপা হৌরকপদা ফুগামজাউনা ঈংবনা হখোই খোইরবা মথুং অদু শং তিংথোকলক্লুনা গঙ্গা ভান্থক অদু শুগংচাউদগী লৌগে তৌবদা মপা থরা শোঈখিদুনা মৈচাক ফনা চাকলিবা মৈশুং

অহুদা তাপ পাঈরুবদা শামনখ্রহুনা মখূৎ ফ্রং কল্লবদা শুগৎচাউগী মখুত্তগী গল্লা ভাম্বক নাম্থোক্লুনা তুবেনগী ঈশিংদা তাগ্রে, "ইহে। ভাম্বক তাগ্রে, ভাম্বক ঈশিংদা তাগ্রে, কমদোনী ?" চপ মান্নবা হাঈনা-হংনখিবা রাকৈনী। ঐনা হাঈবনা মচুমলে, ঐনা ভাওবা তাও, মতম পুম্বদা হাঈজরিবা থোকচাউনা হাঈরকই, "তাগ্রবদি তাগ্রেদনা ভাহনখিবা নঙনা খুনবা তাই; হৌজিক্তি য়াম্না ঈংলি হোরেল মুংশা শাগৎলক্লগা খুন্ননবা ভাম্বক তাখিবা মপাগি হিবান্দো, তাখিকম খঙনবা থাঙকম অমা হক্লুনা থম্মু।" মুঙযুজাউনা অমুক হাঈরকই, "হোঈ মহুনা চুমলে, শোঈবা হাঈবসিদি শোইফৈ। লুরিবদি ভাম্বক মরোল অমম্ম যাওবক্তে ওম্থোকপা মতৌ হাঈবহুনী।" অম্মুন্না হাঈনবগা ভাম্বক তাখিবা মপাগী হিবান্দা থাঙ্‌না থাঙকম অমা হক্লগা অরেপ্পা লৈতনা হি হোনগৎগ্রে।

মুমিৎ য়ুংবা মতম অহুরাইদা, চীংগী নাপোম অমবু কোইনা চেনবা তুবেনগী তুথুপ মপা অমদা মখোঈ থুংলে। তুবেল মপাল অদুদা লমতাং মচা অমম্ম লৈ। মকম অহুদা চাক থোংহুনা চারসি হাঈনরহুনা মকম অহুদা হি থাঙলে। তুবেনগী ঈচেন্দা হাইথহুনা চৌবা চাউরবা হৈবী পাম্বী অমদা হিহু পুন্সিল্লে। মহৈ মহৈ চাক থোংহুনা চাননবা হিদগী চেঙাঙ্গল-ভাচেল চফু-উযাল পুথহুনা মরি-মরি কাখৎনরক্লে। মমৈথংদা ফুগামজ্জাউনা, ওশাই কংক্রে ভাম্বক তাখিবদা মপা খঙননবা হাঈহুনা হিবান্দা থাঙনা হকখিবা মকম অহুগী ঈশিংদা, ভাম্বক খুন্ননবগীদমক য়েংথরম্মী। কংকান্দা হৌরিবা হৈবী পাম্বী অহুগী হুরেললোমদা হাইথবা মশা অমদা শাবা হয়্রিংখোইগী পাক্লবা খোইরা অমগী ঈশিংদা তাব ৰুমি তক তরুনা উবম্মী। মহু উরুবদা মানা থল্লি — চাক লাম্নবা মতম অসিদা খোইসি লোক্লগা খোইরাগী খোইহিসি চুপ্পবদি হাউশ্রনিদা, মচীনবান মরৈনা শর-শর লেক্লগা মতিল কুৎ য়োৎলী,

মখোঙ্গী পুম্নমক খঙহল্লরোই ঙাম্বক থুনবা ওইনা কুম্নগা খোইরাগী খোইদ্রি মতোমতা চারুরগে খল্লহুনা হাঙ্গীরকই, "নখোই চাক থোংনবা থৌবাং তৌবা হৌরমলো ঙসাই তাখিব ঙাম্বক অহু থুনব ওইনা ঐ ইরুম্ব নুথোবক্রাগ।" "হোই হোই, হীদাক থকনিংবনা খাঙবা ঙমত্রবনী, খরা থুনা থুল্লকলো ঙুগংচাউনা শাবন্দগী লাউরকলম্মী।

ময়ামগী মফমদ তাখিবা ঙাম্বক থুনবনা মাগী মক ওইবা রাখম্না খোই লোকপনী। ঙাম্বক থুনবগী মিংদা খোই লোকশুনবগীদমক ফুগামজাউ, খোইরাগী মমি তাবা মপা চপ চানা ঈশিংদা কুমথখিহুন ঈশিং মন্নুংদা ঈকপখ্রে। ঙাইহাক লুপলুই ফাওগৎলকই অমুক লুপ্পী ফাওগৎলকই অহুমলক মবিরক লুপ্পী ফাওগৎলকই থিবা ফংদে, যেংই খোইবাহু ঈকাঙ্গ কাইদনা অহুম মরৈ। খল্লি - লাকচদা, অনৌবা পাম্ন অমা পুথোক্লগে খল্লহুনা কৌরকই, "ও। নগোই কনানো অমা অমুক্তা লাউ।" ঙুগংচাউ তফিং তফিং চেম্বকই "কৈদৌরে?" থুমলকই, "ঙাম্বক থিব ফংদ্রি, কুইনা ইরম্প্লসি হেক্তা তাউখৎলী, কুইনা নৈব যাদ কুইনা ফাওগৎতননবা ঐগী ঈনাক্তা তারিবা অশাংবা মুঙজাও অসিগা ঐগা পাম্নবা খুদৈ অসিনা চেৎনা পুনশিল্লো অহুগা ঐবু ঈশিংদ ঈম্মৌ, ঙাম্বক থিবা খঙত্রিবা ফাওবা ঐ ফাওগৎলব্ররোই।" "হোঙ্গী-হোঙ্গী, ঙাম্বক ফংননবা থিদবা য়াদবনী, ঙাম্বক মরোল অমম্ব পুরাক্ত' হাঙ্গীহুনা ঙুগংচাউনা যুগামজাউবু চাউরবা মুঙ অহুগা পাম্নবা খুদৈনা চেৎনা পুনশিল্লগা অরুবা ঈশিংদা ঈম্মখ্রে। অহুগা মহাক্তি চাক্ থোংফম শাবন্দা কাখৎখ্রে।

ঙমিৎ যুংবা মতুংদা থোকচাউ, মুঙফুজাউ অমম্মুং ঙুগংচাউ মখোঙ্গী অহুম অমনা শীং থি, অমনা চেঙ চাম, এঙ্খাং শেম, অমনা চাকথোং তৌহুনা থোংবা থাক্পা লোইবে। চীংযাদগী খঙ্লা হেকলুহুন চাক্লুক মবি থোক্ন। খিহুনা চাননগী থৌরাং লোইখ্রে। ফুগামজাউ ঙাইবদা লাকর

লাক্কব লাক্পা ঙাইবা ঙমশিল্লক্রবদা শুগংচাউনা হাঙ্গৈবকই, "মহাক ঙান্থক থিবা ফংড্রিবফাওে কারক্লোই হাঙ্গৈহৌবনী মাগী শরুক থম্বীরগা ঐখোঙ্গৈ চাবসি।" ময়াম যানরদুনা মখোঙ্গৈ অহুম মাগী মাগী শরুক চাদুনা চাক চাবা লোইরগা। ফনা কুইনা ঙাইবে, মরাক্রবদা থোকচাউনা হাঙ্গৈরকই, "হুমিংসি থেঙত্রে ঐখোঙ্গৈ হুমিং তাড্রিবৈদে। মা তাবা খুল অমা য়োনা হি হোনগংহৌদবা য়াদবনী করি তৌদুনা লৈরবনো অমুক্তা হেংলুসি" হাঙ্গৈদুনা মখোঙ্গৈ অহুম মপং মথং হুরেললোমদা কুমথরকল। য়েংই উদে, শুগংচাউনা হাঙ্গৈবকই, "লুপ্পা ফাওগংলা লুপ্পা ফাওগংলা তৌই হাঙ্গৈদুনা ঙান্থক থিবা ফংড্রিবফাওবা ফাওগত্তনবা হাঙ্গৈদুনা হুঙঙ্গাও অমদা খুদৈনা চেংনা পুল্লগা ঐবু ঈন্থো হাঙ্গৈদুনা পুল্লগা ঐনা ঈশিংদা ঈথবত্রবনী।" রাসি হেক তাবা লৌইবগা, ঙসাইগী হৈবী মশাদা শাবা হয়িংখোই খোইরা অদুগী ঈশিংদা তাবা মমিচু উরদুনা, "ও ও, পুকফত্তদো ফাওগংশকলরোই— উবেদনা, আদগী হয়িংখাইগী খোইরা অসে। মী পীজনিংদদুনা মতোমতা মবুক পেম্মা খোইহি চুপতুনা লৈথোক্লিবনী" ঈশিংদা তারিবা খোইরাগী মমি অদুদা খুদোম্বীনা থিল্লগা হুঙফুজাউনা হাঙ্গৈবকই। থোকচাউনা হাঙ্গৈরকই, "চুপ্পে,— মা খোইহী তপ্‌ তাবমখৈ চাশিল্লগা হুংঙাইনা লৈথোকলিবনী। হি হোনগংপা থেঙত্রগনী ঐখোঙ্গৈ অহুম কুমদুনা নমদুনা চিংখংলুবসি" হাঙ্গৈদুনা মখোঙ্গৈ ঈশিংদা কুমখিদুনা কোইথি থিরগা ঈশিংদগী ফুগামজাউ পুথংলক্লে। ঈশিংদা ঈরাক্লদুনা ঈশিং যাম্মেহাঙ্গৈবমখৈ থকখিবনা মবুক হুইড্রিমুক কংদুনা শিরবা, লশিং কাম্পোন্‌ মঙং মাল্লবা ফুগামজাউবু যেংলদুনা, ইশু-শুগংলগা শুগংচাউনা হাঙ্গৈরকই, "থীদা। হাম্মনা পুকতা খরগা থীরে, মথীবোং খোইহী তপ-তানমখৈ থকচিল্লগা ঈশি শিনা হুমলিনসে। তুমনিংলিবমখৈ হুমজরসন্থু, হিদা হাপচিল্লসি" হাঙ্গৈদুনা ফুগামজাউগী অশিবা হকচাং হিদা হাপচিল্লগা তহা তহানা মখোঙ্গৈ হি অমুক হোন্‌গংলক্লে।

হুমিৎ নিনি হুমনিগী মতুংদা মখোঈ কৈথেল অচৌবা অমা থেংনরে। কৈথেল অসি মখোঈনা হি হোনগৎলক্লিবা তুরেল অসিগী নোংপোক থংবা তোর্বান্দা কাবা কৈথেম্নী। মহৌশাদগী কৈথেন অসিগী হিদন্ তাফম অসি হিদিংগা ললোনবশিংনা পোৎ অহোং অচাও পুন্নকই হাঈবসি পুম্নমক্না খঙনৈ। মরম অদুনা মখোঈ হেক থুংলবগ হি থাংবা নঙজ্রিঙৈদা কৈথেল কারকপা মুপী মুপা কয়ানা য়ৌ-য়োমশিল্লক্কুনা মখোঈনা পুরকপা মুঙফু, মুঙফাল, মুঙতেঙ্গোৎ মানা মানা পাম্বা পোৎ লৌনা-শীনবা য়াবা মমলদা মী মঙা তরানা লৌনখ্রবা তুংদা লাক্লিবা মীয়াম অদুনা হিদা ঈশাং শাংনা তাদুনা লৈরিবা ফুগামজাউগী অশিবা হকচাং অদু উরুবদা য়াম্না হঙ্গোইনা মতিল শীংলী, মনাতোন মৈম্নে। কনাগুম্বা খোঈদোৌথেনবা মুপী অঙাং খরদি "ওক-আক" তৌনদুনা পোৎ লৈদনা হম্নখ্রে। লাক্লিবশিংগী মরক্তগী মুপা অমনা মখোঈদা হংই, "নখোঈগী হি মমুংদা পুরিবা অশিবা হকচাং অসি লোইশিনগেদি হাঈদ্রদুনা করিগী পুদুনা চৎলীবনো?" মখোঈগী মরক্তগী গুগংচাউনা খুমলকই, "মহাক তপ-তাবমখৈ চাশিল্লগা তুমলিবনী. মহাক্না তুমলিবসি ঙসিগা থানা হুমিৎ হুমনি গুরে।"

"হাই অঙাওবশা, শিবদগী হেনদোক্কুনা পুমদুনা মনম নমথিরবসিবু তুমহ্নিবনী হাঈরিনে। ময়াম্না নমথিদুনা মনাতোন মেম্নরিবসি অসিগী মনম্নিনে, নখোঈ অহুমগী ননাতোন অদুবু হোত্রবরো নত্রগা হুত্রবরো? শিবদগী হেন্দোক্কুনা পুম্নদুনা নমথিরবনী, মৈদা, থাগেরা নত্রগা লৈপাক্তা ফুমগে ফুমজিন্নো। থীদা. অমত্তম্ নক্ত অহুমমক লোইনা ঙাওইনে" হাঈদুনা চৈরম্নগা মখোঈগী মনাক্তগী মীয়ামদো অনি চৎথি, অহুম চৎথি তৌদুনা মমৈথংদা মফম অদুদা মখোঈ অহুমত ঙাইহৌরে। হাঈগ্রিবা নমথিবা মনমসি মখোঈস্তু ঙরাং নহালদগী নমলক্লবনী,

মখোঈনা থল্লুই তুরেল খোঙন্নুংদা মুংশিংনা পুন্নকপা অপুম অশাগী মনমনি। হৌজিক্তি মখোঈ নমথিন্নিবগী মবম থঙলে অমম্লুং মসিমম্ন থঙজিল্লে— নমথিন্নবদি মীসে শিন্নে, হাঈবদি মখোঈগী মক্রপ ফুগামজাউ শিরহনা নমথিন্নবনী। তুমন্সিবনী থম্না মুমিং হুমনি মন্নিনী চুপ্পা পুরক্লিবা ফুগামজাঈগী অশিবা হকচাং মথম অহূগী তুরেন মপান্নগী মোংশোং অমগী মন্নাদা থন্না খোৎচিন-ফুমজিল্লমলগা মখোঈ অহুম হি অমুক হোনগৎখ্রে।

নোং ঙাল্লগা মুমিৎ মুংবা মতমদা মখোঈ অহুম চীংযাগী লমহাং অমদা চাক থোংহনা চাখিসি হাঈনরহনা হি থাঙলে। চাক থোংনবা লাংনরকপদা, মুমিং মবি মঙানী চারক্লবনিনা চেঙ নম্ভনা থোংনবা য়েঙ্ছাং-নাপী য়াওখ্রে। চাক ঙাক্তা চাবদি য়াদবনিনা য়েঙ্ছাং করি থোংসিগে থন্নরকপদা লমহাং অহূগী অরাংদা মপু লৈতবা ইংখোল অমা লৈ, মহূদা য়োংচাক পাম্বী অহুম মরি য়াম্না নীংথিনা পান্দুনা হৌবা শুগৎচাউনা উকরে। হাঈরকই, "য়েঙ্ছাং লৈরে নখোঈ চাক মৈ থাগৎলমলো, ঐ থুনা লাক্কে" হাঈরম্লগা য়োংচাক হৌন্নিবা মাইকৈ অদোমদা শুগৎচাউ চৎখ্রে। থোক্চাউ অমম্লুং মুঙফুজাউ অনিনা মৈ থাগত্তুনা চাক থোঙৎখ্রে। ঙাইহাক্কী মতুংদা শুগৎচাউনা ভিযানৈ-পোইম্নুগী মতম লোইশিল্লকলহনা মকু মুশিল্লকলবঃ য়োংচাক চরোং অনি অহুম পুহনা লাকলে হাঈবকই, "মসি মমদা ঐখোঈগী মুপীনা ঈরোন্দুনা পীজবহ য়াম্না হাউখি। আলু অনি অহুমহূগা মসিগা ঈরোল্লসি' হাঈহনা পোপ্ থাধরে। থীন্দে মখোঈ অহুম্না য়োংচাক্তু খেৎপা য়াও খোকপা য়াও তৌহ্নে। য়াম্মে হাঈবমখৈ ঈরোল্লগা মবুক থম্না চাথোকলগা মখোঈ অহুম মুমিৎ তান্ত্রিঙৈদা হি অমুক হোনগৎলক্লে।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা লৈপাক মচা অমগী মরুগুইবা কৈথেল অমা থেংনরে। কৈথেল অসি মখোঈ হি হোল্লকলিবা তুরেল

অসিগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্দা সুংথিলগী মতমদা কাবা কৈথেন্নি। অচৌব কৈথেল অমা থেংনরে থঙলহৃনা থোকচাউ অমসুং ঙগংচাউ মীয়াম লাক্লরগনি থন্দুনা মপোৎ মচৈ তাশিন য়োমশিল্লী, মুঙফুজাউদি ঙরাং থরা হেঞ্জিন্না চাশিনখিবনা হাঙ্গৈ-তাদে, ঙাঙ্ ই খুমদে, হিনাউদা মোন থাঙলগা মতৌ ময়া ঈকা-কানা অশিবগুম তুমহৃনা লৈরি। মহৃ উক্নদা ঙগংচাউনা থল্লি— মহাক অসিম্ন ফুগামজাউগুম শিরবর', মাগী চিংনবসি থোকচাউদম্ন হাঙ্গৈরম্মী। মখোঙ্গৈ অনিনা চিংনবা মীংযে'দা মুঙফুজাউবু শংত্রিক য়েংহৃনা লৈশ্রিঙৈদা মুঙফুজাউ, ঙবাং চাথিবা যোংচাক্কী মনম পুরবা শাংনা মুংশিং থাইরকথি। মুংশিং থাই-থিবগী মখোন্দি, মখোয় অনিনা লাপ্প' চিরুবাক্তা লৈবনা তাহৌদে, অহৃবু মুংশিং মাইরম থোকলুহৃন ঙাইহাক্কী মম্নুংদা মনমদি যৌবকালে। মনমহৃ ফংবদা হান্নবা ঙগংতুনতা লৈবব' ঙগংচাউনা অমুক্কা হেন্না ঙগংলগা মথুৎ ওইনা মনাতোন মেল্লে মথুৎ য়েংনা খুদোঙ্গী থিল্লগা "থঙলেদনা নমথিরিবসে, মসিম্ন শিরবনি" থোক্চাউদা হাঙ্গৈরকই। চিংনহৃনা লৈ-রিঙৈদা নগথিবা মনমদো ফংলকপনে নহান ফুগামজাউ শিবগী মরমদা মীয়ামনা হাঙ্গৈরম্নহৃ, নিঙশিংলক্লে, "হোইনেহে। মসি শিরেদনা" থোক চাউনা হাঙ্গৈরকই। হাঙ্গৈখ্রিবা মনমসি মুংফুজাউ মশামকম্ন হাবমগৈ নমজখ্রিবনি। থোকচাউ অমসুং ঙগংচাউ অনিনা মাবু নমথিরে শিরে ঙাঙনখিবা, মশাম্ন নমথিবা ফাওথিবনিনা মা-মশাম্ন শীরবনি থল্লে, অশিবদি লেঙ্-ওৎপগী থবক তৌদে, অহৃনা মহাক লেঙ্-ওৎপা অমসুং ঙাঙ্ব-শকপগী থবক তৌথিদ্রে, তারথম্ন তাদ্রে, ঙাঙ্লবম্ন খুমদ্রে মসি পুম্নমকসি অশিবগী হৌনবীনি হাঙ্গৈহৃনা উতুপ তাবগুম হি মম্নুংদা হীপতুনা লৈখ্রে। থোকচাউ অমসুং ঙগংচাউ মখোঙ্গৈ অনি থল্লরে —ঐখোয় মরি লাকপদা হৌজীক ঐখোঙ্গৈ অনীদা হিংহৌরে,

ছিদিংগা লগোনবগি খোঙচৎসি অমুক চৎথরগনুসি মফম অসিদগী য়ুমদা থুনা হল্লসি, মহাকসিনা মফমসিগী অচৌবা লম্বীসিদা ছন্দোকলমলসি, লমদম অসিগী মীয়ামনা তৌনিংবা মওংদ মাগী মথৌ মওম তৌজহৌরসন্নু হ,ঈন খন্নরদুনা মুঙফুজাউগী মখোঙ অনি থোকচাউনা পাঈরে মথুং অনিনা শুগৎচাউনা পাঈরগা হিদগী কংফাল তান্না পুথংলক্লগা লম্বী ময়াইদা মুঙফুজাউবু ছন্দোকলম্নগা থৎলৈ থুনা কনা উদ্রিবৈদা মখোঙ্গ অনি খা পংনা হি হোম্বখিদুনা মযুম মাইকৈ পাংথরে। থোকচাউ অমসুং শুগৎ-চাউনা তৌরমলিবা পুম্নমক মুঙফুজাউ লোইনা থওই তাঈ অদুবু নমখিদুনা শিরবদি লেঙ-ওৎতে, ন্না ভাঙদে-শক্তে হাঈবসিদা পুম্নমক থাঙলকপনি। তৌজিক মুংফুজাউ লম্বী ময়াইদা যেনা শিরবনী হাঈদুনা হীপুনা লৈরী।

মফম অদুরাইগী য়াহৌ ঙনবা মুপী-অঙাং কয়া য়াহৌনরকলে। লম্বী শচৎ অক্রো মুঙফুজাউনা লম্বী মযাইদা কৈনা হীপুন লেবাস উবদা চিরোন চিবোন ভাঙনৈ, ঙক্লা যেংনৈ, মমৈ থংদা কিবে ই হঙোই-বোহ তৌনদুনা থৈদোক থৈদোকলগা মাগী মাগী লম্বীদা চৎনখি। ভাইহাক্কী তুংদা নিংথৌ মনাই কিন্না শাদানবা অমা শামু তোংদুনা লম্বী অদুদা লাকলম্মী। শাদানবা অদুদি উমংগী লম্বী য়েংবদা অনকপদা লম্বী মযাইদা হীপ্লিবা মুঙফুজাউবু উরুদে, মনাক য়ৌশিল্লরুবদা শামুনা খঙলেপ লেপ মনাতোন ন্নাংনা থাজংলগা "কে" লাউনা খোংলকলম্মী। শাদানবনা করি তৌরবনো খন্দুনা মথারোমদা য়েংথরকপদা উরে। মুঙফুজাউনা লম্বী ময়াইদা কৈনা হাপুন লৈরিবদে। য়েংই অমসুং খল্লি—অশিবন্না ছুং অশিবন্না হাঈবম্নু নিংশা হোল্লি তুমফম ঈরৈ লৈত্রবদৌনা লম্বী ময়াইদা তুমলিবশিবু করিগীনো "তাঈ নিপা। হৌগৎলুনে, তুমফম ঈরৈ লৈত্রবদৌনা লম্বী ময়াইদা তুমলিবসিবু নওবু অঙাওবরো?" তাশিন্নদে, থুমদে. নীংভাইদনা হীপুনা লৈরি। শাদানবদুন নোং থাকপগুম অমুকা

হন্না লাউরকলম্মী, "হাঙ্গৈ নিপা, হৌগৎলুনহে নঙবু শামুনা লেৎপা ল্যারেনে।" শামু ত্তোংবা নিপাসি কবি অমত্তা খঙত্রিবা মীনি থল্লহুনা তঙাই ফদনা মুঙফুজাউনা হাঙ্গৈরকলম্মী, "ও! ঐ নমথিহুনা শিরবনে, হৌগৎপা লেঙবা-ওৎপা যাদে হাঙ্গৈবা খঙদ্রা, নঙবু ঙাওরবরো? মীশু চৎখী নঙসু থৈহুনা চৎলুদনা।" হাঙ্গৈশ্রিবা রাশিং "নমথিহুনা শিরবনী, নঙবু ঙাওরব্রা" হাঙ্গৈবা রাহৈশিং'সি তাবদা অঙকপা অমম্বুং শাউনিংবা পোকলম্মী। ঙাইহাক ংনবদা নিপাসি অঙাওবা নত্তনা অতৈ ওইযম থোক্কে থল্লহুনা, "হাঙ্গৈ অঙাওবা! নঙবু শামুনা নেত্তুনা নবুক অকংবহু কাঙ্গৈবা তারেনে হৌগৎলু" হাঙ্গৈনা শামু মথক্তগী শাদানবনা লাউরকলম্মী। "অশিববু হৌগৎলু, হৌগৎলু, হাঙ্গৈরিবা নঙবু কবিনো, ঙাওরিবসিবু নঙলা ঐরা? ঐ নমথিহুনা শিববনে, হৌগৎপা য়াদে থৈরগা চৎখো" মুঙফুজাউনা কবিসু থৌশাদনা হাঙ্গৈরকলম্মী। শ দানবদো শাউবনা মমিত্তু ঈমকম ঙাওলে, মখা চৌক্লগা হাঙ্গৈরকই, "ঘাব লৈরম্মু, শিরিবদো ফুরগতা যগদবনী, পৎ-পৎ" হাঙ্গৈহুনা শামু কুম্থহল্লগা কুমথনবা হোৎনরি। শাদানবনা হাঙ্গৈখিবা, "শিরিবদো হৌজিক ফুবগতা ফগনী, ফুবগা অশিবসি ফবোইবে! পৎ-পৎ হাঙ্গৈশ্রিবহুনা হিংগৎনবগী লাইহৎলোল ওইরে হাঙ্গৈনা মুঙফুজাউনা থনখি। শাদানবহুনা শনৈবী রাগী মকোক অথাবদগী খাঙ্গৈবা রাচেৎনা থগাইমরুম শাংনা মথোক পানবা শামু থৌনবা লাংশোই অহুমা পাঙ্গৈরগা কিশি শেৎ খুদাং ভাখৎ মুঙফুজাউনা হীপ্লিবা অহুগী মনাক তাম্না লাক্লগা, "অশিবদি ফুরগতা ফগদবনী" হাঙ্গৈরম্লগা লাংশোই মনিং মমাং ওম্হোক্লগা মথোক অহুনা রাংনা হাইগৎলগা মুঙফুজাউগী লেংলকী অহুরাইদা হুন্ তম-লাউনা অমুত্তং শাম্ববু, নামনপ্রহুনা মমীৎ থংপাং পাঙলগা লোংনা অমুত্তং হুল্লকপবু, শাদানবগী মমাংদা মুঙফুজাউ চপ্ লেপখ্রে। "কমদৌই শিবদো

হিংলেদনা ?" শাদানবনা শাউনা হাঈরকই। "হিংজরে ননাই ঐ. ঙজা ইবুংঙো। ননাইবু হিংহনবিরিবা খুৎলাইসি ননাই ফংজরগে মমল কয়া ওইরবনো ?" মুঙফুজাউনা য়াম্না নোম্নুক্না হাঈরকই। শাদানবদো পুমঙক ঙকখ্রে, শাউনিংজম্বকা পুংফ ফখ্রে খঙলে— নিপা অসি অপঙবা অঙাওবনী। হাঈরকই, "অশিববু হিংহনবা ঙম্বা খুৎলাইগী মমলবু মমল নাইব্রো ? অসিগুম্বসিদি ঐগীদদি মশীং নাইদনা লৈ, নঙনবু পামজরবদি নঙগী অয়াওবা শেল পীরম্লগা লৌজখিবা য়াগনী।" রাসি তাবদা মুঙফুজাউ কংগী মতীক হবাওজে, মাগী পুন্সিগী অনিঙবা অমম্মুং অপাম্বা পুম্নমক চৈ অহুদা থমলে। মানা মুঙফু-মুঙফাঙ্গ-মুঙতেঙ্গোং যোল্লকপদগী ফংলকপা শেল পুম্নমক খাউদগী লৌথাক্লগা, "ঙজা ইবুংঙো, ঙজাগিদি অতৈ কযা অমম্ব লৈ হাঈবনিনা মতুমদি ননাই ফংজবগে, ঐগী য়াওজরকপা শেলদি অসিঙনি মসি লৌশিনবীরো" হাঈদুনা পীরগা শাদানবদগী লাংশোই অদো মুঙফুজাউনা লৌহৌবে। কিরা শাদানবদো, ঙসি নোংমগী শামু তোংদুনা লাকপগী নামংতি মাঙদ্রে, অপঙবগী মরলবু অশিংবনা চাদনা কনানদি চাগনী খন্দুনা হরাও-হরাও থুনা-য়াঙনা শামু তোংদুনা মফম অহুদগী চংখ্রে।

শাদানবা চংখ্রবা মতুংদা লাংশোই অহু য়েংলগা খল্লি.— হিদিংগা ললোনবা চংপগী কান্নবা হাঈববু অসিনিদনা, ঐনা হৌজিক মুঙফু মুঙফাল-মুঙতেঙ্গোং খেতুনা হানা শেন তানবগী মহুত্তা অশিবা হিংগংহন্দুনা লাঈনা শেন তানবা ঙম্লগনী। মচা মুংশিবা, মপা-মমা পাম্মুবা শিবা কনাগী মচা হিংগংহল্লগে, শিরবা মমা-মপা কয়া হিংগংহনগে হাঈবদা হরাওরোইদোবা কনা লৈগদগে। থবক অসি তৌবগী অরেপ্পা মমল লৈফম থোক্তে, লৌগে হাঈবদা পীরগদবনী। ঐ মরুম য়াইকববু কনা লৈরমখিগদগে, অশিবা অমা হিংগংহনবগী

মমলনা যুমজাও কা মঙা শাদাকে, অশিবা অমামুক হিংগৎহনবদা নুপীগী ঙাঙ্গাই পরেং শাবিগে, মথংদা ঈচানুপীগী ফীগে ফনেক-হৈক্রু খাইবী লাঙবীগে। নুংঙাইবা রাখন কযা থন্না থন্না মদোম মযুম মাইকৈ পাংলকলে। থবা চৎলগা লম্বীদা পোৎলোইনবগীদমক্তা অশিবা অমা কুদা হাপ্লগা পুবিকলম্মী, মতুংদা নুপী অঙাং কয়া অমনা কপ্লহুনা ইন্নরি। উরিবসি অশিবনী হাঈবা খঙলে, খল্লি—ইকুই কুইদনা যুমজাও কা মঙা শানবগী শেনফম থেংনরেদনা। নুঙফুজাউদো মযাম্না চৎলিবহুগী তুংওইননা চৎলী। তুরেন খোঙবান য়োরগা অশিবহু পোৎলোইনবগীদমক মীযাম্না হোৎনরকলে। মহু উবদা থুদোংচাবা নাম্হোকখিবা তারে খল্লহুনা নুঙফুজাউনা ময়ামগী মরক্তা চঙশিল্লগা, "শিরিবসিবু নিপাবা নুপীব।" হাঈনা হংলক্লম্মী। ময়ামগী মরক্তগী অহল অমনা "নুপানী ইবুংঙো পাম্মুথ্রবা অঙাঙনী। মপা-মপানা মদোম পোকচবনী" হাঈনা থুমককই।

"করি লাইনানা করম তৌনা শিবনো ?"

"লৈপাক অসিদা অনৌবা লাইচৎ অনাবা অচৌবা হাঈরগা খঙনবা খোঙ হামহুনা শিবনী।"

"ও! খোঙ হাম্নসিন্থ মী শিবোইরকো ? অইংবনা হাম্বরা অশাবনা হাম্বা ? ঐস্ম নমথিহুনা শিরুরবনী। ঐনা পাঈরিবা থুৎলাই অসিগী মতেংনা অমুক হিংলকপিবনী। থুৎলাইসিগী মমিং—নাদয়াই—শিদযাই মরু কৌই হাঈহুনা মাগী শাদানবদগী লোহোবা শামু থোননা লাংশোই অহু ময়ামদা উৎলম্মী। মহাক্তী ফীভম অমম্নং রাহৈ নমথিহুনা মা শিরুরে হাঈননচিংবশিংহু তাবদা মাগা অহানবা উনখিবা অহল অহুনা থল্লি—নিপাসি চাম্নমা ঙাওবদি নত্তবা থাশি—থানৌরকপদা তেক-হেক হৌবা অঙাওবা অমরা। নুঙফুজাউনা অমুকসু ময়ামগী মাঙদা চাউথোক্লঃ হাঈরকই, "শেন চাম্মা পীবা ঙম্নবদি মীৎনা কুপ্পগী মহ্নংদা অশিবসি

হিংহনগে, ঐগী থুংলাইসিগী মতেংনা কপ্পরিবা মীয়ামগী মীত্তগী পি কংথ্রিঙৈ চীনবান মকা লাম্ন নোকহনগে।" মযাম পূম্নমক মুঙফূজাউবু মুম্না য়েংলগা উন-রাইমুক চীক্লা ভুমিন ভুমিন লৈনৈ। মচা কাঙ্গনবগী রাখম্না অঙাওবী পাংথক ওইরবী কপচবত্তদা হেদো নাহে চল্লবী মমানা চেনশিল্লক্তুনা অচীকপন্থ থুগাইরগা, "ঈচাতবু হিংগনী হাঙ্গরবদি শেন চাম্মতা নত্তে লীশিং লীশিং পীগনী, তরেৎ শেনজানা পারি ঈচা লৈবা ফংবরো, ঈচাতা হিংহনবীযু" হাঈহ্নুনা মুঙফূজাউগী মথোঙদা ভুররে। মমাগী মতৌহ্নু যেংলুবদ', তিল্লিবা মীযামহ্নুনা তৌগদৌরিবা থবক্তু কয়াদি থাজদবনী অহ্নুবু মচা কাঙ্গনবদগী ভাগরবী মমাগী নিঙবহ্নুতংদি থুংজরসহ্নু থন্নবহ্নুনা অহল অমন হাঙ্গরকই, "ইবুংঙ', নঙনা পীধু হাঙ্গরিবা শেল, অশিনসিতবু হিংহল্লবদি শোঙ্গদনা পীগনী তৌরো নথৌ পাঙথোকলো। অহনগী য়াথংসি তাবদা মুঙফূজাউদো মোঘোন মীনোক নোক্লবা হরাও মাঙ্গথোংগা লোইননা মাগী মথক মথা ঙম্নুনা পাঙ্গরবা লাংশোইদো মীয়াম মাঙদা থাঙ্গংলক্লে। চঙশিনথ্রে— অশিবহ্নুগী থুয়াদা মমাই অরাং পাংনা লেপ্পী অশিবা হাপলিবা কু অহ্নুদা শংত্রিক য়েংই, মথুং ওইনা কুদা কুপলিবা ফি অহ্নু শং চিংথোক্লগা লাউরক্লম্মী, "হাঙ্গ নিপা! হৌগংলু, নঙবু শামুনা নেংপা তারে। হৌগংলুনহৈ, ভুম্ফম ঈরৈ লৈত্রব-দৌনা উপু মন্থুংদা ভুমলিবসিবু, হৌগংলু নঙবু শামুনা নেংপা তারেনে। ফরে লৈযু, শিরিবদো হৌজিক ফুরবদি ফগনিদো পং-পং" হাঙ্গরগা ঙশাই শাদানবনা হাঙ্গথিবা রাহৈশিংহ্নুমক মাম্ননা হাঙ্গরম্মী। ময়ামনা তাপ্রিবা রাহৈশিংহ্নু মাইবগী লাইহংলোম্নি থম্মা ইঙক ঙক্লা তারম্মী। মুঙফূজাউ মফি মরোল তাথংলগা লাংশোই মথোক অদো মথুং অনি চঙহ্নুনা পাঙ্গরগা রাংনা থাজংথ্রে,— "অশিবদি ফুরগতা ফগদবনী" হাঙ্গহ্নুনা অশিবহ্নুগী মথোঙ-মথুক্তা শিংনা শানা ফুরে, মকোক-মরু

পুমতোই তোইনা থুগাইরে। মযাম পুম্নমক মমিং উইশিন্দুনা খাঙখ্রে—"করিনো। করিনো।" শোম্নখ্রে। হৌজিক ফুবা তোকখোক্লুনা লংশোইগী অতুম্বা মচীন অহুনা অশিবহুগী মখাদা চক্ চক্ থিন্দুনা মুকপদা অশিবহুনা লেঙবদো মুঙফুজাউনা হৌগৎকদোববনি খল্লম্মী। হন্না হন্না মখা চীক্লুনা থিল্লকপহুদা অশিবহুগী মপা মতোনশিংহুনা য়েংবা ঙমলক্লহুনা, "তৌরিবা মতৌসিবু করিনো" হাঈহুনা চঙশিল্লগ যেংলুবদদি অশিবগী মশাদো মফুৎ-মফুৎ, মতৎ মতৎ, পুমকাঈ কাঈ পুমতোই তোইরমলে। মহু উরুবদা শাউ-মনখিহুনা মনাক মনাক্তা লৈরম্বা কোম তৌবগী য়োৎপাক, শীং থাঈবগী শীংজং অমম্বং উডুপ-য়াতুপ্ পাঈরগা, "মাইবা অঙাংবা ফুরো, অশিবা যুবা মাইবা হাৎলো" হাঈহুনা ময়াম ফন-ফন এরং চেনশিন্নরক্লবদা, "ঐ অমুক শিরেদনা" হাঈরম্নগা মফি মরোল মফম খঙদনা লাংশোই হুন্দোকলম্নগা মুংশিংকী মাঙ থানা মখাবোমদা মুঙফুজাউ চেনখ্রে। ময়াম্না, "থৎলো-থৎলো" লাউহুনা তাম্নরকই। অচেনবগা অতানবগগী লমজেম্নি, কনাসু অততাই নঙবনা থবা তাম্নরমলগা অমা লৈহৌ, অনি লৈহৌ তৌহুনা মমৈথঙদা অতান কনা য়াওদনা অচেনবদা অহুম্মক চেনখ্রে। থোদোক অহু উন-থেংনবা অচৎ অওক্লা অতানবশিংদা, "করি তৌরবগে, করি তৌরম্নবগে" কোইহং হংনৈ। অতানবশিংনা নিংশা থবেৎ থবেৎ হোম্না, "অশিবা ফুবা মাইবা হাৎকে তাম্নবনী, অশিবা হাৎপা মাইবা ফুগে তৌবনী" হাঈনা খুম্মী। অতাবা অহংবনা, "অশিবা ফুবা মাইবা হাৎকে, অশিবা হাৎপা মাইবা ফুগে" করম্বা রাতানোনে খন্দুনা পুমঙক ঙক্লা য়েংহৌ, পুমঙক ঙক্লা তাহৌই।

মুঙফুজাউ, মুমিং মরি-মঙানী ঈশিং লম্বীদা হিনা লাকখিবনী, হনখিবদা কংকাল লম্বীদা ঙাওনা কৈনা অমম্বং লম্মুক্লনা হল্লকপনী।

করিগুম্বদা চৎলিবা লম্বীদো লম্বা পরিং চৎপগী মহুৎতা কৈনা য়ুংনা কোইনা চৎপ্রে। চৎলি হাঈবস্মু মাদি খঙদে, মানা খল্লিবদি মহাক ময়ুমদা চৎলিবনী। মাগী মমিত্তা অতৈ উদে-মাবু হাৎকে তুপ্‌কে হাঈদুনা যোৎ-খোক-তেনখোক পাঈদুনা তান্নবকপা মীযাম অহূত্তা উপ্রে। করিগুম্বদা লোৎলী, করিগুম্বদনা চেল্লী, চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ তৌদুনা লাকপনা মুমিৎ তরাগা মাথোইনি শুবা মুমিত্তা মাগী মরমদমদা মুঙযুজাউ থুংলরে। মাগী হুল লৈকাইগী যুম কৈ, উপাল রাপাল উরকপদা মহাক খরদং লৌশিং লাকলে। খল্লি— অসি য়োৎবদি অমুক শিবমক্তি শিববোইদনা।

মুঙফুজাউনা মযুমদা চল্লবপা মুমিৎসে মা শিঙ্গে হাঈবগী মথৌ যাঙ্গেনবা মুমিৎ থোক্লুনা মাগী মুমাঙ্‌দা মীযাম তিন্দুনা শক শোনবগী থৌরম পাঙ্‌থোকলম্মী। মহ্ মানা মাগী কোম্থোংদগী লাপ্না উরকপদা খল্লি,— মাবু তান্নরকপা মীয়াংদো লাক্লুনা মাবু ভাইদুনা লৈবিত্রা। চঙশিনসি কদাই, হন্দুনা চৎখিসি কুইনা যুম থাদোক্লুনা ভসিতা রানা থুংলবনী। তিংঙক্ মাঈঙরুদুনা ভাইহাক লোম্ন-থুপ্না লেপ্লুনা লৈরিবৈদা মথৌ যাঙ্গেনবগী শকই শোল্লিবা ঈশৈগী রাংনা হাইগৎলক্‌পা খোঞ্জেনগী মরক্তা থোৎ-মেঙ্‌লবা তেংথাখোল অমা তারকই,— "হা-ইবুংঙো পুকচাউবা। চারিমথৈ পন্দবা থকইবমথৈ পেন্দবা নঙগী অচৌবা পুকহুবু নথংলেন কনানা থোং-থাক্লগা পীজবিগদৌরিবনো ইবুংঙে। হা ইবুংঙো পুকফবা, নচা পীশক পীশক অনিসে কনাদা শিন্নবিরম্বগে, হা-ইবুংঙো।" হাঈনা তেংথাক্লমা মাগী মুশীনা কপলকপসি ভাবদা, ময়াম তিল্লিবসি মা শিবগী মথৌ য়াঙ্গেনবগী থৌরম পাঙথোকলিবনী হাঈবা মুঙফুজাউনা খঙলে। ঐ শিঙ্গে হিংলি হাঈবসি ময়াম খঙহন্‌হৌদব য়াম্রে খল্লদুনা খুদৈ অমা শেৎ ফিরাং অমা য়ানশিল্লগা ঈতৈ তৈ, ঈরাঙ-রাও মীয়াম

মরক্তা তফি তফি চেনশিল্লরগা "হাই মুপী। ঐ শিত্রে, মযাম পূম্নমক ঐ হিংলি" হাঈরক্পদা মীয়ামদো মমীৎ-মনা চপ্ চপ্ যু'থৎনখরে। থোকচাউ-শুগৎচাউ অনিনা "অশিবা মীনা হৌগত্তুনা লাকপা হৌনদে লাক্লিবসি মী নত্তে—মিরালম্বানী চেল্লো -" হাঈরম্লগা ময়াম মরক্তগী মফি মরোল শুপথোম খোমজিল্লগা মফি তাথত্তুনা মনিঙ তেকথোক্লগা খা-রাই থঙ্দনা চেনখ্রে। অতে পুম্নমকম্ মখোঈ অনিনা চেনখিবত্থদা কিবোই থংবোই, "মিরালম্বা লাকয়ে, চেল্লো" হাঈত্থনা মাইকৈ শাম্নাই থঙদা অমগা অমগা নেৎথাঈনরগা লোইনা ঙম্না চেন্নখ্রে মীকুপ থরদংগী মমুংদা মফম অত্থগী মীয়ামদো শ্বাই মাঙখ্রে, চেনবা য়াদবা মুঙফুজাউগী মুপী অমম্মং মচা অনিগা মখোঈ অহুমতা ঙাইহৌরে। মাখাঈম্ন কিবনা থক-থক নীত্তুনা ইমুংদা চেনশিনখ্রগা থোঙ লোন্দুনা লৈখ্রে। মুঙফুজাউ পূমঙক ঙকখ্রে, থল্লি— ঐবু উরগা ময়াম্না চেল্লিবা করিগীনো, থনকম খঙদে। মুম লৈত্থনা য়েংলকপদা লফোই, শঙ্গে ম'চুহী কবোক্লচিংবা অচা অথক কয়া থেন্দূনা লৈরিবত্থ উকরে। মঙা-তরানি চারম থকলম থঙলক্রবদা ময়ামত্থ উরুবত্থদদি, মুঙফুজাউ মচীনবান মরৈনা শৎ-শৎ লেক মতিক কূৎ-কূৎ য়োৎ কনাগী কৈক্রা থোকঅবা লাক্লনী মসিত্থম হাম্না লোইশিন্দবা য়াখ্রে থল্লত্থনা কবোক লফোই চুহী শঙ্গোম পূল্লপ ঙাংঘ চফু অমদা হৈজিল্লগা থীৎখ্রে, মমাই অরাংঙন থোঙ্গাই চন্দূনা ফম্লগা অথীৎপদো থুবাম থুবাম লৌত্থনা চাখ্রে। ঈমুংদগী ফকতোমগী থোঙনাওদা মাগী মুপীনা মচা অনিগা লোইননা কেরুক-কেরুক য়েংলি, থল্লি— অতে কনাগী মখৌ য়াঙ্গেম্নবদদি, মা-মাগীদমক্তা তমত্থনা কৎপদো অতৈ অতোপ্পনা চাখিবা ঙাক্তনি, ঐগীদি মশামক লাক্তনা মখুৎনা ফংনা চাররে। মপুক্লিংদা থনবা য়াখন থঙহৌদনা মচিন্দা শোল্লকই, "হা ইবুংঙো পুক-চাউবা। নমুক থম্না পেম্নবা চাওকো।" য়াহৈসি শোম্বাংননা তাত্রা

করিনো চখোম চাউনা হুকচিল্লগা মচীন্দো পৈথোক্লগ। ঈমুংলোমদা হাইবপ য়েংশিল্লকই, অদুবু কুইদে অমুক লৌ হুর য়োংলা তৌ খ্র। ফুঙযুজাউনা হাইফেৎতং য়েংলকপদা মাগী মুপীনা উখিনি মতাগুম থোংগী মরুমদা লুকথ নোম্বদুনা লোংখি। মাবু পাম্মু নুংশিবমক্তন, মীৎয়গী পি তানা তেংথা নাওইদুনা কপলমলিবনী, অদুগুম্বা পাম্মু-নুংশিজরবা মতম কুইনম্মু কাঈনরুরবা মাগী মপুরোইবা অদুনা মনাক্তা লাক্লগা পীজনিংবা পোং মমাঙদা চাররে, অওক্‌ওক্ত হাপচগেদি হাঈদ্রদুনা করিগী লোত্তুনা লৈবিবা? নুংশিবা, পাম্মুবা, চান্নবা মীপুম খুদিংমক অমনা অমগী মনাক নক্না তিন্ন-তোৎননিংই অমসুং লৈমন্ননিংই, অদুম অদুগুম্বা মীশিংদু শিববদি অশিবদুবু অহিংবনা হংগোই, তুক্কচৈ অমসুং কি। অদুম ওইববস্ু নুংশিবা অমসুং পাম্মুবগী রাখল অদুদি মখোইগী থাম্মাইদগী কোকথিবদি নত্তে। ফুঙফুজাউগী মুপীনা, থোক্চাউ অমসুং শুগৎচাউগী মচিন্দগী মাগী মপুবোইবা লংফৈদা শিহৌরে হাঈনা খঙখি। মবম অসিদগীনি মথক্কী রাখল্লোন অসি ফুঙযুজাউগী মুপীগী থম্মোইমুংদা ফাওদ্রিবা। নুংশিজবা পাম্মুজবা মক্তনা মপুবোইবগী মশক য়েংলগা মুংঙীক্লনা কপনি। ফুঙফুজাউনা অচা-অথক পুম্নমক লোই তক্না চাথোক্লনা তুংদা ঈমুংলোমদা ওনশিল্লক্লগা মচা মুপা অহল অমসুং মচা মুপী অতোনবীগী মমিং হাঈদুনা মথং মথং কৌরকই, লাইনা কৌবদা থুম্নবদি শি হাঈদুনা তাকপী হাঈবীবদগী ফনা অমত্তনা "হাউ" থুম্নক্তে। কযারক কৌরবগী তুংদা মমাঙদা অমুক্তম্মু মমিং পন্দুনা কৌখিদ্রবা মাগী মুপীগী মমিং হাঈদুনা কৌরকলে। মাগী মমিং পন্দুনা কৌরকপা তাবদা ফুঙফুজাউগী মুপী স্বাই লাউই, থম্মোই তনিক্ তনিকই। থুমনিংই, তৌইগুম্বসুং শিনিংদবদগী থুম্বা কি। খুম্মনলক্রবদুদা লাউনা হাঈরকই, "করিনোনে নখোঈনা তৌরিবসিবু? ঐ শিরুবদগী শাদানবনা

লাঈযেংদুনা হিংলক্লবনী, থোঙ হাংদোকউ থোরকউ লাউনে” হাঈদুনা হম্না-হম্না কৌরকলম্মী। “—শিরুবদগী হিংলক্লবনী—” হাঈখ্রিবা রাসিবু হেক্তা থাজবা যারিবা ৱারা। তাবদা মুংঙাই পোকই হরাওজৈ, অমুকস্মু চিংনৈ, কি। করম্না করম্বা অশেংবা থঙগনী। নিংশিংলকই, তম্নলাই অমসুং মিরাল্লম্বাদি তাইবং মীগী ওক্লবা মতমদা মখোঙ লৈপাক তাদে হাঈনবা। অসিদি মখোঙ লৈপাক তাত্রা—য়েংই। অমম-অথেঙ নত্তে, মুংথিল পোবোপনী ইঙাল ঙাল্লি, মখোঙ লৈপাক তাবা তরু তরুনা উই। “তি লব্রবনী” হাঈরিবসি চুম্ব তাবত্রা! মঙল মঙল ঙাইহাক থল্লগা কিথি-কিরুম্না মানা মাঙ থারগা মচা অনিনা তুংদা মমাগী ফিজ পাঈ, তফি-তফি ইন্নরগা পোঙ হাংদোক্লুনা থোরকলে। চঙশিল্লগা মাগী লৈজবা থৌনা ফুদোক, থক-থক নীক্লবা মখুৎ যেৎনা মপুরোইবগী ওইগী মবেংজুমদা তপ্প শোকই, তশেংনা থেংনজদুনা পাঈবা ঙ্গংবগী রাখন ফাওরবদা মখুৎ অনি চঙদুনা খংগোল কোনশিল্লুরগা, “ইবুংঙো” হাঈনা কৌরম্লগা কোন্ন-কোন্ন শীৎথিদুনা মুঙফুজাউগী মখোঙদা কপ্প-কপ্প কুপ্থিরম্মী। মচা অনিস্মু মমানা তৌবগুম, “পাবা” হাঈনা কৌরগা মপাবু চেজেৎ-চোজৎ কোনখরে। মচাশিং পুম্নমকপু কোনখৎলগ, “হৌগৎলো হৌগৎলো, ঐ শিদ্রে হিংলবনী” হাঈদুনা হৌগৎপিরে। মুঙফুজাউগী মুপী হৌগৎলকলে, মপুরোইবগী মাঈথোঙ মুম্ন য়েংজৈ, মমীগুগী মপি ফিজিনা তৈথোক তৈথোক্লা, “মহোই মপানা শিরুবসি করি কমদৌনা শিরুবনো? অদুগা করমজৌনা অমুক হিংলকপনো!” মতাং অসি রাইদদি য়ুমলোন কৈরোম্নবগী মীওই থরদি—মথোইগীদুবু করম তৌগ্রবনো, করি তৌরিবগে থঙনিংবদগী কিবোই হঙোইবোই তৌনা, মখারোমদগী অমা-অনি, অরাংদগী অনি-অহুম চঙশিল-কাওজিল্লকুনা মুঙফুজাউগী মুমাংদো অমুক ফনা নিংথিনা মী

তিল্লরে। মাগী মুপী অমমুং তিল্লবিবা মৈযাম অতুগী মরক্তা মুঙফুজাউনা, মহাক নমখিতুনা শিরুবনী, মাগী মরূপ খোবচাউ অমসুং শুগৎচাউনা মাবু নমখিরবদি শিরে হাঙ্গৈতুনা লম্বী ময়াইদা হুন্দোকলম্বা শাদানবা লাকপা শামু তোংবগী লাংশোইনা ফুবদগী নামনপ্রতুনা মানা হিংলকখিবগী রারী অমমুং মানা মমল পীতুনা লৈহৌরব। শাদানবগী লাংশাই অতুনা অতোপ্পা অশিবা অমা হিংহনবা হোংনরুবদা ঙমদবদগী মৈযাম্না মাবু হাংকে-তুপকে হাঙ্গৈতুনা তান্নরকপনচিংবগী থোকখি ওইখিবা রারীশিং অমত্তা চীংথদনা লীবি। তারিবা মুপী অঙাং পুম্না নোকনিংবনা মচীন ময়া মেনশিন্দুনা খাঙনরে, খাঙবা ঙমদবা খরদি থীক-থীক নোক্তুনা মফম অতুদগী চেমখ্রে। পুম্নমকসি উকবদা মুঙফুজ উগী মুপীদো ঈকাইবনা মমাই ঈচক মরূপ ঙাঙলে, চৈক থাংফুবদি ঙমজবা নত্তবনিনা নোকমি-নোকমি তৌরগা হাঙ্গৈরকই ঙসিগী অসিগুম্বা থৌদোকসি অমুক হন্না থোকত্রনবা ইবোপাখোঙ্গী কালেনগী য়াক্লবা মুংশাবু মেরাগী থাবল ওইহনবা নিংথমগী ঈংলবা লৈচিন থাংবা মুংশাবুনা লাংবনগী লৌশি খোইঙমদবা মুংশানী থনবা, তরংদা য়ুমশ বা মালংদা হিহোনবা চৌঙ্গাকতো খিৎ তোকপীরোনে, ময়াম্না ইবোপাগী রারী তারগা নোকলিবসে করিগীনো খঙবীদ্রবরো”? ইকাই খোইশ ওনন। হাঙ্গৈরকই। ময়ামগী মাঙ্গৈথোঙ অমুক্তং লৈতুনা য়েংলগা মুঙফুজাউনা হাঙ্গৈরকই, “তোকলেন', কংক্রুঙাম্বক মাঙখিবা মুমিত্তগী ঐ থাদোকত্রে, অতুনা ঐ মুম খঙতুনা নঙগী ননাক্তা হল্লকলিবসিনী।” ঙসাই মখৈদি থাঙলম্মী অতুবু অকোনবগী রাতৈত্থ তারুবদা থাঙবা ঙমদ্রমাল্লে ময়াম রা-লাউনা নোকখিরম্মী।

—(০)—

# মনাইশিংগীদমক ভগবাননা ভিখারী

নাপলগা লোঙ্গননা দান তৌকবদগী বলিনা লৈখা তাখি।

অগুক্তি লাই অমস্তুং হিংচাবশিং অকনবা লাল শোক্লখিবম্মী। লানফম অত্থু লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রনা জয় ওইরবা অমস্তুং হিংচাবগী নিংথৌ বলিনা মাঙ্গথীবে। মাঙ্গথীববা মতুংদা নিংথৌ বলি মতম লৈবখিবিক্তা মাগী মাঙ্গথীখিবগী লমন ইন্দ্রদা মতৌ করম তৌনা শিংসিগে থন্দুনতা লৈরম্মী।

লমন থুমনিংবগী বাখল্লা লাওতক্লতুনা লৈরবা বলিদা মাগী বাজগুরু শুক্রাচার্যনা ইন্দ্রবু জয় তৌনবগীদমক বিশ্বজিত যজ্ঞ তৌ তাকপীবে। বলিনা গুরুনা হাঙ্গবতু যাবা পুকনিং, হকচাং অমস্তুং লল পূম্নমক কংথাক্তুনা যজ্ঞ মপুং ফানা তৌরে। যজ্ঞতু লোইববদা যজ্ঞকুণ্ডদগী যাম্না ওক্লবা পোৎশিং থোরকলম্মী—সনাগী রথ, অবংবা মচুগী শগোল, নিকং তেন্দাং কবচ কুণ্ডল অমস্তুং লোইন লোইননা মাগী মপা পোকপা মপু প্রহ্লাদগী কৈদৌউঙদা লৈমন চনবা নাইত্রবা লৈগী পবেং অমা পোবকলে।

যজ্ঞ তৌকবদগী বলিগী পাঙ্গল-থৌনা হেনগৎলে অমস্তুং মাগী লানমীশিংনা ইন্দ্রগী মথক্তা লমন থুম্নবগীদমক লাওতক্লবকলে। মপুং ফান লানগী থৌবাং তৌবে মতম চাবা যেংলগা বলিনা ইন্দ্র লোকতা লান্দারে। বলিগী লানমীগী নোংলৈ নুংশিৎকুম্বা অকনবা শহুম অমত্তংনা ইন্দ্রগী লৈপাক্কী হৰাও নুংঙাই অমস্তুং তপথ ইংথবা পূম্নমক অকংবা উনা শিংনানা মফম থণ্ডদনা পাইত্তুনা মাঙহনখিবগুম মাঙত্রে। বলিগী লানমী উবমক্তা ইন্দ্রগী লৈপাক কিননা কাঙ্গত্তুনা চেন্নবে। হিংচাবগী লানমীশিংনা ইন্দ্রগী লৈপাক অমস্তুং নন্দনবন পূম্নমক মাঙ-তাকহল্লে।

বলিগী লানমীনা ওৎ-নৈবসি কিবনা ইন্দ্রগী লৈবাক থক-থক নীকলম্মী। মফম অত্থুগী প্রজাশিংনা মাগী মাগী মথরাই হিংননবগীদমক

মক্কম অমদগী মকম অমদা চঙ্জক্কম থিনরকলে। বলিবু কিবমক্কুন যননী-শন্নাউ ফাওব' শগুপ শাইখিগ্রে, উচেক ওয়াশিংনা মাগী মাগী মরোলদা খোংবফাওবা নিংশিংনখিগ্রে। পুম্নমক্কী চীনবান্দা যোমোন খীনোক্কী মমি তাখিগ্রে অমম্মুং পুম্নমক্কী মাইথোংদা অকি-অৎংগী মশক ওাকতা ওইনা শন্দোকখ্রে।

নিঙবা কাঙ্গৈরবা অমম্মুং রাবনা চোকথরবা ইন্দ্র বলিগী লানমীগ ক্তগী লোয়-থুপ্ন চংখিছুনা মাগী গুরু বৃহস্পতিগী নাক্তা থুংগ্রে অমম্মুং মশাগী লৈবাক্তা বলিনা লান্দারকপগী পাউ তমলুরে।

ইন্দ্রনা হাঈ "গুরুদেব, বলিগী মতীক-মপোনা লৈরবা লানমী মপৈনা অপনবা পীদ অথিংব লৈতনা মাঙদা তকসিল্লকলি। ঐখোইগী লানমীনা মাঙ্গওক্নবা ওমদনা তুংহন্নরি। বলিগী অশাওবা মৈগী মৈরিনা সংসার পুম্নমকসে ভুম্ন চাকপ্রগত্রা থল্লে। গুরুদেব, ঐবু কনবীয়ু, ঐ অমম্মুং ঐগী প্রজা হিংনবা লম্বী পীযু।

গুরু বৃহস্পতিনা ইন্দ্রদা তাকপীরে, "হে নিংথৌ, বলিসে ভৃগু মুনিগী আশীর্বাদ ফংবনী, মরম অদুমক্তনা বলিনা অম্নক্কী মতিক পাঙ্গনবা ওইখ্রিবনী। মরম অসিনা হৌজিকমক্তা মহাকপু লালদা মাঙ্গথীবা পীবা হাঈবসি ওইথোকলোই। ঈশ্বর নত্তনা সংসার অসিগী কনাগুম্বগী পাঙ্গলনা মাবু জয় তৌবা ঙমলোই।"

গুরু বৃহস্পতিনা ইন্দ্রদা পাউতাক পীরে মতুদি অসিগুম্বা থুদোং থীবা মতম অসি নখোঈ থুদিংমক ইন্দ্রপুর থাদোক্নগা ক'রগুম্ব। অরাপ্পা মকম অমদা চংগ্রো। কয়া য়াম্না থাপ্ন হাঈববু বলিনা নখোঙ্গী ননম ফাওবা কংলরোইদবা মক্কম অদুদা।

সোমদনা, ইন্দ্রনচিংবা পুম্নমক চেনখ্রে হাঈবা পাউ ফংবা মতমদা লাই পুম্নমক্কী মমা অদিতি য়াম্না রাখিরম্মী। মাগী সহধর্মীনা রাজবা

উবদা য়ারবা, কশ্যপ মুনিনা অদিতিদা আর্শীবাদ পীরগা হাঈ মতুদি নঙ্‌না ব্রত, পুজা অমসুং ভগবানবু ভজন তৌরো।

অদিতিগী ভজন-পুজানচিংবদা পেল্লবা ভগবান লেঙবীরক্লুনা হাঈবীররে, "নঙগী পুজাসি ঐ পেল্লে। চিংনরগনু। মতম থরদংগী মতুংদা নঙগী নচা ওইহনা ঐনা নঙগী নচাশিংবু ঙাকপী কনবিগনী, তৌইশুনমসুং অসিশুপ্না অরোনবসি কনা অমত্তদা হাঈদোকলোইদৌবনী।" অদিতিনা ভগবানগী মথোঙ কোল্লগা প্রার্থনা তৌজখি। ভগবানবু মচা ওইনা ফংজগনী হাঈবসি মতাক্লা মমঙদা ফাওবা খঙথিদরি।

সোমদা বলিনা ইন্দ্রপুরগী নিংথৌ ওইরহনা লৈপাক অহুগী মুংঙাঈ য়াইফগী মহৈ চারকলে। ইন্দ্রপুর অসি লাইশিংগী ইঞ্জীনিয়র বিশ্বকর্মনা শাখিবনী, মরম অহুনা অসিগুম্না ফুবা দলালশিং অসিগা মান্নবা সংসাবসিদা অত্তোপ্প অমা লৈরমদে। ফুরা-দলাল শাগৎপগী ফজনা হক-খোৎপগী মওং মতৌ যেংনিংলবদি হাঈবিবা মফম অসিগী ফুরা দলানশিং অসিনা যেংনরম্মী। মুমগী মাইকৈ মরিগী ফকলাং সনানা শারম্মী অমসুং দলালগী মথক থংবা মতোনগী শরুকতা হীরা-মনি-মুক্তাগুম্বা মমল যাম্লবা মুঙশিংনা লৈতেংলম্মী। ইন্দ্রগী লোকাল নন্দবনদা চহীচুপ্পা বসন্ত ঋতুতা ওইহনা লৈরম্মী। লৈশিংগী মনমনা পুম্নমক্কী পুক্নিং শুমহৎলম্মী। মথন মথনগী উচেকশিংনা মাগী মাগী হৈজবা মরোন্দা মুংশিনা ঈশৈ শকলি। মফম অহুগী অঙংবা, মুংশিবা লৈনম পুবা নামিবা মুংশিংকী ইপোম্না য়েবদা য়াবনা চোকথ-মুইথরবা হকচাংবু অনৌবা পাঙল থৌনা হাপকৎলী।

ইন্দ্রপুর ফজরবা লৈকোনশিংতনা থন্না লৈরম্মী। মফম অহুদা গন্ধর্ব অমসুং কিন্নরশিংনা জগোই শারম্মী। পুং, পখাবজ অমসুং বাঁশীগী খোঞ্জেনতা তারম্মী। অসিগুম্বা হয়াও মুংঙাইবশিং অসি হিংচাবগী নিংথৌ বলিনা নমক্তা নমথেক্কহনা মুন্দুনা লৌখিরম্মী।

বলিদা মপা পোকপা মপু হিরনকশ্যপকী হিংচাবগী ওইবা লমচৎ অমসুং প্রহ্লাদগী লাইগী ওইবা অঙকপা শক্তি গুন অমি পুন্না লৈরম্মী। লাইগী ওইবা লমচৎনা হেন্না লৈবনা মহাক অথোইবা দান তৌবা অমা ওইখিবম্মা। তৌইগুম্বসুংমাগী দানগী ওইবা রাখল্লোনগী মমু'দা হিংচাবগী লমচৎ-রাখল ওইবা নাপলসু থুগুনা লৈরম্মী। বলিগী হিংচাবগী লমচৎ রাখন্না ইন্দ্রলোকতা নত্তনা মরোন অহুমমকী নিংথৌ ওহাগ থঙ্গবা মগু উৎথোকপা হৌরকলে। বলিনা মসিগীদমক অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবা হৌগ্রে। অযুক্তগী মমিদাং রাইরম ফাওবা মহাক্না দান হেক-হেক পীরম্মী। মাগী থোঙদা লাকখিবা কনাগুম্বা অমত্তা নিঙবা কাঙ্গনা হনহনখিদে।

নোংমা ভগবান্না থীকনেম্বা অমগী মশক ওইরে, মখুত্তা য়েম্পাক, চৈশু অমদি যুবিথুজাই পাঙ্গরে, সাধুগী যিত্তেৎ শেৎলগা বলিগী যজ্ঞ মণ্ডপতা থুংলরে। বলিনা বামনগী যিত্তেৎ থোললিবা ভগবান বিষ্ণুবু ব্রাহ্মন মচানী খল্লদুনা তরামনা কৌশিন্দুনা সেবা তৌরবগী তুংদা যজ্ঞ মণ্ডপতা লাকপগী মরম হংলকই।

বামননা হাঙ্গি, "মহারাজ, ঐ খোঙফম অহুমদংগী লম পাম্মি, মতুগীদমক ঐনা ঐগী খোঙগী অতেল-অশাং ওল্লগা লৌজগনী। ঐগী হকচাংসু পীকই, ঐগী চঙ্দ য়াদবসু লমসু পীকই। মরম অদুনা অসিগুম্বা অপীকপা ভীথাসি নিজগে লাকচরি।"

নিংথৌ বলিনা হাঙ্গি, "পামলিবা লম অতুকী মখৈ নিখু। ব্রাহ্মন মচা, নঙনা খোঙফম অহুমগী লম্ লৌরগা করি তৌগগে? নঙদি হৌজিক করিসু খণ্ডদ্রবা অঙাংনী, মরম অদুনা নঙনা খঙলমদবা ওইবা যাই মতুদি সংসার অসিগী পুম্নমক্তগী চাউবা দানী নিংথৌ বলিদগী নঙনা নিনিংলিবা পুম্নমক নিজৌ-হীরা, মনি, মুক্তা, লৌক-কোল, লম অমসুং যুম-কৈ পুম্নমক নিবা য়াগনী।"

বলিনা বামনদা তাকলে, "মহাক অহুনা ঐঙোন্দগী অমুত্তংদব নিজবগী খুদোংচাবা ফংগ্রবা মহাকনা অম্রকী মতীক নিজবা য়াই মহুদি পূন্সি চুপ্পদা মহাক অহুন' কনাগুম্বা অমদা অমুক হম্না করিগুম্বা অমত্তা নিনিংঙাই লৈররোই। মরম অহুনা হে ব্রাহ্মন মচা, য়াম্না মুন্না খল্লগা নিখু। কিরোইদোবনী। ঐখোঈগী দরবারদা লাকখিবা মীওই খুদিং ইনাক খুনবা-মরল লৈবা ওইনা হনখিবা ঙাক্তনী," হাঈনা হাঈনা বলিগী মথবাক নাপলন' পাকথোক চাউথোকত্রে।

বামননা নিংথৌ বলিগী ব্লাহৈশিং মুন্না তারগা পাউথুম পীরকই "ঐ গুপ্পগী খোঙকম অহুমদংগী লমতমক পামজৈ। মহুদগী তাম্ন তাহনবীগম্ন, হেনম্ন হেলহনবীগম্ন। সংসার পুম্নমকী লল-থুম পুম্নমক ফংলবদম্ন মহাকী অনিঙ-অমম্নং অপাম্বা মপুং ফাত্রবা মী অহুনা, খোঙকম অহুমখক্তংগী লম ফংজবদা অপেনবা অমম্নং মুংঙাহবা পোকই। তপথবা অমম্নং অপেনবা পোক্লবা মীনা মতমনৈবা খিবিত্তা মুংঙাইনা লৈ অহুগা লাখ-লাখকী সম্পত্তি মনাক্তা লৈরবদম্ন পেনবা লৈত্রবা মীদি অরাবতা ওইহুনা লৈ। পেনবী হৈরবা ব্রাহ্মনদি মাগী আধ্যাত্মিক শক্তি চাউখংলী। পেনবা হৈত্রবা মী অহুগী মপুন্সি চুপ্পা ঙাওচংনহুনা লৈ। মাগী মরাইবক্তা মুংঙাইবা হাঈবহু তমনামত্রে। মরম অহুনা হে দৈত্যরাজ, ঐ গুপ্পগী খোঙকম অহুমদংগী লম পামজৈ, মহুনা ঐগীদমক্তি মতীক চারে। অদোমগা মাম্ননা দান তৌবা সংসার অসিদা অতোপ্পা অমা লৈত্রে। ঐনা নিজরিবদো অদোমনা পীনবীরবদি ঐগী অপেনবা হাঈবহু ওইজরগনী।"

বলিনা বামনগী ব্লাশিং তারগা য়াম্না হরাও-মুংঙাই চাউথোক্লা হাঈরকই, "নঙনা পামলিবা অহুমক ফংলগনী। অহুক পীকপা য়ামখিত্রবা দান অহুদি ঐগী মীনাই মীশনশিংনম্ন পীবা ঙম্বনী।"

হাঙৈনরিঙৈ মরক অসিদা বলিগী গুরু শুক্রচার্য মফম অদুদা থুংলরে। মহাক্না বলিবু মতোমতা কৌথোকপ্রগা খঙহল্লে, "দৈত্যরাজ, থীকনেম্ব। অসে অচম্বা অঙাং নত্তে। মসিদি বিষ্ণু ভগবানগী লাইপোকনী। মহাক্না নিরিবসিদী দৈত্যশিংগী মাঙ তাক্লনবা থুগুনা লৈরবনী। মরম অদুনা নঙনা মঙোন্দা করি অমত্তা পীরোইদোবনী, নত্রবদি মহাক মশাগী মাযানা নঙগী লৈজবা পুম্বা মুন্দুনা লৌত্রগনী। খোঙফম অদুম হাঙৈবসিনা মরোল অহুমমকপু ওনখ্রগনী। মতুংদা নঙ কদাইদা লৈগদৌরি? নঙ অচৌবা দানী অমনী তৌইগুম্বম্বুং দান তৌরবা অদুনা দান অদু পীরুবদগী মশামক থুদোংথীবগী লাংদা থুবা তারবদি অদুগুম্বা দান অদু পীরোইদোবনী খঙউ। মশাগী অপুনবা ললবু শকক মঙা থোক্লা খাঙৈদোক্লগা চাদিং তৌরিবা মহাক অদুনা মপোক অসিদম্বু অমম্বুং হযেং মপোক্তম্বু ম্বুংঙাইনা লৈগনী। অপুনবা ললবু শরুক মঙা থোক্লা খাইদোকপদি মতৌ অম্বম্না খাঙৈদোকদবা ওই— ধর্মগীদমক, যজ্ঞগীদমক, কান্নবা ফংননবগীদমক, ঈশাগী ম্বুংঙাইনবগীদমক, ঈশাগী মবী মতাগী অফ-ম্বুংঙাইগীদমক।"

গুরু শুক্রাচার্যগী পাউত্তাক তারগা নিংথৌ বলিনা য়াম্না নোল্লুক্না হাঙৈরকই "গুরুদেব, ঐগী অরেপ্পা ৱা হাঙৈদোকপ্রে। ঈশানা হাঙৈদোকপ্রবা ৱা ককপা হাঙৈবসি ওইদবা ঙাংবগা মান্নৈ। অদুগা ওইদবা ঙাঙবা হাঙৈবসিনা হন্দক অমম্বুং হয়েংমপোক অনিমক্তা ফঙবা মিংচৎ ওইহল্লি। মরম অদুনা ঐনা গুরুগী ৱা করম্না লৌবা ঙমলুরগনী? ঐ অসিমক লাইবক থীরবা হাঙৈবতুনী।"

শুক্রাচার্যনা হাঙৈ, "দৈত্যরাজ, ওইদবা হাঙৈবসিদা মিপাইরুগনু। ম্বুংশি-ম্বুংওনগী ৱারী শাবা মতমদা, মরুপ-মপাংশিংগা করেম কথাইনবা মতমদা, লুহোংবগী ৱারেপ্পবা মতমদা, হিংনমবগীদমক পূকচাক তানবা,

মশা কঞ্জনবগীদমক অমম্বুং মন ব্রাহ্মনবু কম্মনবগীদমক ঙাঙখিবা ওইদবা, ওইদবা ঙাংবা কৌবা য়াদে। অচুম্বনী, মসি হকচাংগী হৈ অমম্বুং লৈনি, তৌইগুম্বম্বুং লল-থুম ব্রাংলকপনা হকচাংসি মাঙবা ভাররুবদি অচুম্বা হাঙ্গবত্থু কদাইদা ঙাক্কদৌরিবনো ?"

বলিনা পাউথুম পীরকই, "গুরুদেব ঐ ভক্ত প্রহ্লাদগী শাগৈ-নাতৈদা পোকপনী, অপাম মিহৌলাংদা থুবগা ঈশানা হাঙ্গদোকপ্রবা রাফম ঙাক্করোইদ্রা ? ঐগী লৈপাক, লল-থুম পূম্নমক মাঙগ্রসম্নু, ঐগী শিবগী মতমম্ব লাক্লসম্নু নত্রগা শিরবা তুংদা ঐ • র্কতা চংকদবম্নু ওইসম্নু ঐনা ঐগী হাঈদোকপ্রবা য়াথং ঙাক্কবা ঙমলোই।"

বলিনা মানা হাঙ্গখিবা বাফমদা অমুক্কা হেম্না হকচিম্না হাঙ্গবকই, "গুরুদেব, শিরমদাই মতমদা সংসারগী লল-থুম পূম্নমক তুংওইননা হুন্দোকলম্নগা চংখি। মরম অত্থুনা ঐনা খঞ্জবদা লৈজরিবা লল-থুম ঙমলিবমথৈ করিগীদমক দান পীথোকলোইদৌরিবনো ? লল-থুমগী শরুক থবা কনাগুম্বা অমদা দান তৌরে অমম্বুং মহাক্লা পীবিবা দান অত্থুনা অপেনবা ওইদ্রবদি পীথ্রিবা দান অত্থু অবেম্বা কাম্নদবা ওইরে। রাজা দধীচনা লাইয়ামদ মহাক্কী মশা দান তৌখি। রাজা শিবিনা ইন্দ্রগী মশক ওইবা (বাজ) দা মহাক মশাগী শদোং কক্কুনা পীখি। ফিভম-শিং অসিদা ঐনা করম্না নিঙহম্নগদৌরিবনো ?"

'সংসার অসিদা লানফমদা শিখিবা মীওই কয়াদি থেংনগনি তৌই-গুম্বম্বুং অশেংবা দানীদি য়াম্না লীক্লা ফংগনী। মরম অত্থুনা বামন ব্রাহ্মন অসে বিষ্ণুগী অবতার করিগী ওইরোই, ঐগী য়েক্লবমক করিগী ওইরোই ঐবু মাঙ্গথীবা করিগী পীরোঙ্গ, ব্রাহ্মনগী ফিজেংতা লাক্লবা বিথাগীদা ঐনা খোঙফম অহমগী লম শোঙ্গদনা দান তৌরগনী।"

রাকম কয়াসি ভাওনরবগী তুংদা নিংথৌ বলিনা য়াম্না ইকাই খুম্নবা অমসুং ভক্তিগা লোইননা বামনদা দান পীননবগী সঙ্কল্প তৌরে। বা-মনগী মখোঙ হাম্নবগীদমক সনাগী পাত্রদা ঈশীং পুরকহল্লগা, মাগী হামলে, অদুগা খোঙজুম অদু মাগী মকোক্তা হাপলে। হাঈরিবা মতম অসিদা নিংথৌ বলিনা বামনবু বিষ্ণু ভগবানগী মশক্তা উখি।

বামননা খোঙকম অহুমগী লম ওনবা হৌখ্রে। মহাক্না খোঙকম অমনা পৃথ্বী পুম্নমক থলহনখ্রে। অনিশুবা খোঙকম্না লেমহৌরিবা থা থরানমিচাক গ্রহ উপগ্রহনচিংবা লোকশিং থলহনখ্রে। অহুম শুবা খোঙকমগীদমক করিগুম্বা অমত্তা লেমহৌদ্রে। বামননা বলিদা হাঈ, "নঙনা নঙগী লল-থুম অমসুং লৈপাক সাসনগী লমদা য়াম্না চাউথোকচৈ, তৌইগুম্বসু্ং ঐঙোন্দা খোঙকম অহুমগী লম পীগনী হাঈনা হাঈদোকখ্রবা রাকম অদু ফাওবা নঙনা মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙমদ্রে।"

বলিনা য়াম্না নোল্লুক্না পাউথুম পীরকই, "ভগবান, ঐনা ঐগী হাঈ-দোকপ্রবা রাকম শোইদনা ঙাকচগনী। অহুম শুবা খোঙকমদি ঐগী কোক্তা থম্বীরো।"

মতৌ অসুম তৌনা বামন ভগবাননা মশাগী অহুম শুবা খোঙকমনা মহাক্কী মকোক্তা নেত্তুনা বলিগী বিশ্ব-বিজয়গী অপাম্বদু উফুললক্তা তিলহনখি। বলিগী ওৎ-নৈবগী গুনশিংন, মরম ওইদুনা হিংচাবগী রাথল—লমচৎ মরাঈ হাইগৎপ্রবনী। অদুগা লাইগী ওইবা রাথল লমচৎনা লোইশিনখ্রবনি। দৈত্যশিংগী লৈপাক মথং মথং শন্দোরকপ্রবনী অমসুং লাইশিংগী মতীক-মগুন ময়েং তাখ্রবনী। অসিগুম্বা মতমসিদা ভগবাননা বামনগী মশক লৌরগা চুমদববু চুমহনখি ফত্তবদা অফবা লিংখৎখী।

ভগবান বামননা বলিবু মতীক চাবা চৈরাক পীরবা তুংদা মহাক্কী লাইগী ওইবা লমচৎ রাথন্দা ঈকাই খুম্নবা উত্তুনা মনাম্মু পীরে। বলিগী

মুপী বিদ্ধ্যাবতীনা হাঈজবদা পেনবীরম্তুনা ভগবাননা বলিদা মাগী শাগৈ নাতৈ মরী-মতা পুম্নমক্কা লোঈননা "মৃতল লোক" তা চৎহলপ্রে অমস্থং চৎলমদাই মতমদা মঙোন্দা আশীর্বাদ অসি পীথি মতুঙ্দি হাঈরিবা লোক অহুদা সংসারগী করিগুম্বা মুংঙাইতবা রাখন অমত্তমু নঙগী নন'ক্কা লাকলোই। মফম অহুদা নঙনা অরা-মুংঙাই, মাঈথীবা, জয় ওইবগী রাংমদ লৈগনী অমস্থং রাম্না মরু ওইরিবা রাফম অমদি মসিনী ঐনা পুং কুনমরী চুপ্পা নঙগী থোঙদা লেপ্পুনা থোঙশংবা ওইতুনা থোঙ্ ঙাক্কনী।

—(০)—

# থৱাই দান

মতম কুইরবগী ৱারীনী। ত্বষ্ট্রা কৌবা মুনি অমা লৈরম্মী। মাঙোন্দা লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রনা য়াম্না যেংথীরম্মী। ইন্দ্রবু অৱাবা পীননবা অমসুং মহাকপু লাকশিন্নবগীদমক ত্বষ্ট্রা মুনিনা মচি অহুম পানবা হিংচাবা অমা পোক্লম্মী। মহাক অতুগী মমিং ত্রিশিরা থোক্লে ত্রিশিরা মাগী মচিন অমনা বেদ পারম্মী, অনিশুবনা অমৃত থক্লম্মী অমসুং অহুমশুবা মচিন্না লাইশিংবু য়োৎলম্মী, অতুগা মহাক্কী অহুমশুবা মচিন অসি পুন্নমক্তগী হেন্না শীক্তিন্নরম্মী। মহাকপু কিবনা লাই অমসুং মুনিশিংনা উমং-ৱামং, চীং মান অমদি লৈকু-লৈরাইদা কোইরোৎ লোৎনরক্লে। মাগী হেনগৎলক্লিনা ওৎ-নৈবগী মতৌসি থাঙবা ঙম্লদ্রে, লাইশিং অমদি লাইনিংবশিংবু কন্নবগীদমক ইন্দ্রনা মহাকপু হাৎতোক্লে।

ত্রিশিরা হাৎখ্রে হায়বা পাউ তাবদা ত্বষ্ট্রা মুনি য়াম্না অৱাবা ওইরে। ইন্দ্রবু অৱ বা খুদোংথীবা ফংহন্নবগী অপাম্বা হৌজিক করম তৌরগা মপুং ফাহনসিব ? মহাক্না পাঙ্গল্লবা হিংচাবা অমা পোক্লে। অঙাংসি মুমিংকী মঙাল অমদি লাইনিংবগী পাঙ্গল লৌরগা পোকখিরম্মী।

হেক পোকপগা মহাক্না ত্বষ্ট্রা মুনিদা হংই, "ঈপা ইবুংঙো, ঐঙোন্দা করি য়াথং তাকপীগদগে ? ঐবু পাবুংগী করি সেবা তৌজো হাঙ্ঈবগে।"

ত্বষ্ট্রানা হাঙ্ঈ, "নঙগী নয়াম্বা ত্রিশিরাবু ইন্দ্রন হাৎখ্রে। নঙনা স্বর্গলোকতা চৎলগা ইন্দ্রদা নয়াম্বা হাৎখিবগী লমন থুমজু চৎলু। নহাক্কী নমিংদি বৃত্রাসুর।"

মপাগী য়াথং ফংনবদা বৃত্রাসুরনা হিংচাবশিংগী চাউরবা লানমী তেঙ্গোল অমা থৌরাং তৌরে, হাঙ্গৈরিবা মতম অদুদা কাংলবেয় কৌবা য়ান্না অকিবগী মশক ওইবা অমদি লান্দা থৌনা ফবা হিংচাবা কয়া লৈরম্মী। মখোঙ্গী বৃত্রাসুরগী মখা পোল্লম্মী। মখল কয়াগী খুৎলাই পাঙ্গৈরগা মখোঙ্গৈনা ইন্দ্রনচিংবা লাইয়ামগী মথক্তা লান্দারে, মখোঙ্গৈনা হাৎপা থীনবগী থবক তৌরক্লে।

অসুক য়ান্না হাৎপা থিনবগী থবক তৌরবদসু ইন্দ্রনা মতু ফাওবা চুংবিত্রবা মতম অদুদা বৃত্রাসুর পাম্বৈ অমা থিরে। মহাক্না লেপ্লে মদুদি লোক পুম্নমক্কী ভাকপী কনবিনবা লাইনিংন ফীভমসি ওইরিবনী, মরম অদুনা পুম্নমক্কী অহানবদা লাইনিংবশিংবু মাঙহনগদবা ওই। সংসারসিদা লাইনিংলিবশিং, ধর্ম লৈবা অমসুং জ্ঞান লৈবশিং মখোঙ্গী থুনমক মাঙহনবা তাই। অসুম্না তৌরবদি লাইয়ামশিং মাঙগনী, অমসুং লাইয়াম অমদি লাইনিংবশিং মাঙপ্রবদি সংসার অসি মশা মথন্তা মাঙজখিগনী অমসুং হিংচাবশিংগী লৈপাক লিংখৎচবা য়াগনী।

অসুম্না লেপ্লগা বৃত্রাসুর লৈজবী থাদুনা লানথেংনবক্লে। অযুক মুংথিন্দা সমুদ্র নক্রগা উমং রামংদা মখোঙ্গী লোম্না থুপ্লুনা লৈ অমসুং অহিংদা মপান্দা থোরক্লগা মনাক নকপা আশ্রমশিং অমদি তীর্থস্থানশিংগী মুনিশিংবু চাথোকই। মখোঙ্গৈনা ৩৫ নৈবগী থবক্তসি অসুক্কী মতিক হেনগৎপ্রে মদুদি সংসার পুম্বসিদা মুনি ঋষিশিংগী শরুশিংতনা তাদুনা লৈবা উনবক্লে। অসুম্না পাজনরক্লে মদুদি বৃত্রাসুরনা পৃথ্বীসিদগী লাইশিং অমদি লাইনি বশিং মরুফংন পুংমুৎ মুথৎলগনী। শরুশিংগী মপৈনা লাইয়ামশিংগী থম্মোইদা অরামু.নাংবগী রাথম্না শন্দোকখ্রে।

বৃত্রাসুরনা ওৎ-নৈবদগী রাবনা চোকথরবা লাই পুম্নমক মাবু হাৎননবগী পাম্বৈ থিনরক্লে।

নোংমা ইন্দ্রগা শোইননা লাই পুম্নমক ব্রহ্মাগী মনাক্তা চৎখ্রে। ব্রহ্মানা মখোইদা হাঈ, "হে লাইয়ামশা, "নখোইনা পামলিবা অদো ঐরোওন্দা থুপ্লগনু। ঐন নখোইদা বৃত্রাসুর হাৎননবগী উপায তাক্কে। ভূলাক্তা দধীচ কৌবা য়াম্না থৌজাল হৈবা পুরচেল চেনবা লাইনিংবা অমা লৈবনী। নখোই পূম্নমক চত্তুনা মঙোন্দা হাঈজরু। মহাক্না করিগুম্বা পেনবীত্থনা নখোইদা বর পীবিগে থনবীরক্লবদি মঙোন্দা হাঈজৌ মত্থদি মুনিশ্বর মবোল অহুমগী য়াইফনবগীদমক নহাক্না ঐখোইদা নশাগী শরুশিং পীনবীযু। মহাক্না দেহ থাদোক্লগা নখোয়দা মশাগী শরুশিং পীরক্কনি। মাগী শরুশিং অত্থনা নখোইনা মষা তরুক পানবা অকিবগী মশক ওইবা বজ্র অমা শাগদবনি। বজ্র অতুমক্না নাখোইনা বৃত্রাসুরবু হাৎপা ঙমগনী।"

ব্রহ্মাগী অসিগুম্বা যাথংসি ফংজববদা লাই পূম্নমক দধীচ ঋষিগী আশ্রমদা চৎখ্রে। মফম অত্থদা দধীচ মুনি দর্শন তৌরে মাগী মখোঙদা থুকমজরে অমসুং ব্রহ্মানা তাকনরুপ মতুং ইন্না মঙোন্দা বর পীনবীনবা হাঈজবে।

দবীচ মনিনা পেনবীরত্থনা হাঈরকই, "হে লাইয়ামশা, হাঈরিবা অত্থনা নখোইগী কান্নগদবা লৈরবা, ব্রাহ্মন অমসুং লাইনিংবশিংবু কনবা ঙমগদবা লৈরবদি শোইদনা ঐনা হাঈরিবা অতুমক তৌগনী।" অসুম্না হাঈরম্লগা দধীচ লাইনিংবদা পুক্নিং চঙখ্রে অমসুং মাগী পুন্সিগী লীলা লোইশিনখ্রে।

লাই শংনা মাগী অশিবা হকচাংদগী শরুশিং লৌরে অমসুং বিশ্বকর্ম্মনা শরুশিং অত্থনা অকিবগী মশক ওইবা বজ্র শাখ্রে।

লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রনা বজ্র অত্থ পাইত্থনা বৃত্র সুরবু লানশিং-নখ্রে। হিংচাবশিংনা মথল মথা অয়াম্বা থুৎলাই কয়ানা বৃত্রাসুরবু কম্নবা হোৎনরম্মী। মাঙৈকে অনিমক্না অকনবা লান থেংনখ্রে। মমৈথংদা

যাম্না শাওরহ্নুনা ইন্দ্রনা দধীচ ঋষিগী শরুনা শাবা বজ্র অদ্না বৃত্রাসুরদা লান্দারে। বজ্রনা শোকপদগী হিংচাবা বৃত্রাসুর অরোইবা য়াহীপ্তা লৈরমাইদা তাখ্রে।

কনাগুম্বগী মমল নাইদ্রবা কৎথোকপনা শাথুবা থৃৎলাইনা লান-শোক্লবদা কয়ম্না খুৎহাংনা লেম্না মাঙগদগে। বৃত্রাসুর শিরবদা মীপুম খুদিং হয়াও মুংঙাইবনা জগোই শানখ্রে। লাই অমসুং ঋষি মুনিশিংনা ইন্দ্রবু তরাম্না থাগৎনরক্রে।

মতৌ অসুম তৌনা দধীচ ঋষিনা মশাগী থৱাঈ দান তৌরগা পৃথ্বীগী অৱাবা কোকপীথী অমদি হিংচাবশিংগী মীওৎ মীনৈদগী লাঈয়ামশিংবু ঙাকপী কনবীখী। পৃথ্বীলোক্তা দধীচগী মশাগী কান্নবা থাদোকপগী মরমদা য়ুম য়ুম খুদিংদা নৈনৱী, অমসুং ৱারী অহ্ঙসিন্ কাওনদ্রি।

---

# গুরু গোবিন্দ সিংহ

"গুসিদি করি শাম্নগনী গোবিন্দ ?"

'ওসি ? ওসি লাল তৌবী শাম্নগনী। মরূপ পুম্নমক কাংলুপ অনি থোক্লা খাইদোকল্লে। কাংলুপ অমনা কাংলুপ অমগী মথক্তা লাল তাগনী। ঐগী ইকমদা কয়াদা ফজরবা লৌরুং ১স্নুং কয়াদা কল্লবা তেন লৈরিবসি য়েংউ।"

মরূপ পুম্নমক অহু কাংলুপ অনি থোক্লা খাইদোকল্লে।

"নহাক্কীদি লৌরুং-তেন লৈবনিনা নওমক্লা সেনাপতি ওইরো গোবিন্দ। ঐথোঈগী কাংলুপনা শোইদনা লাল ওম্নগনী।"

লাল তৌবী শাম্নবসি অঙাংশিংনা পুম্নমক্তগী হেন্না পামজবা মশান্না ওইরম্মী। মুমিৎ খুদিংগী মথোঈনা লাল তৌবী শাম্নরম্মী। শাম্নবা খুদিংদগী লালগী অনৌ অনৌবা লালওং থিজ্নূনা পুথোকলম্মী।

গোবিন্দ হাঈরিবসি সিকশিংগী তরা শুবা গুরু গোবিন্দ সিংহগী মিংবু খঙনৈ। অঙাং অসি ২২ দিসেম্বর ১৬৬৬ ইংদা পটনাদা পোকখি। মমা গুজরীনা গোবিন্দ রায় হাঈনা মমিং থোনখি। মপা গুরু তেগবহাদুর মতম অদুদা বঙ্গালগী ঢাকা সহরদা লৈরম্মী। মহাক ধর্মগুরু গুরু নানককী পাউজেন মীয়ামদা শন্দোক্লবগীদমক মফম মফম খুদিংদা কোইনা চত্নূনা লৈরম্মী।

গোবিন্দগী অঙাং ওইরিঙৈ পুল্লিদি পটনাদা মমাগা পোকমিন্নবা মামা, মমা অমদি মপাপোকপা মবেনগা লোইননা লেম্নকই। গোবিন্দ শাম্নবা য়াম্না পামলম্মী।

লাল ত্তোবী শান্নবগী মশান্না শান্নরিবা গোবিন্দ অসি করি করিগুম্বদা লমহেন ত্তুহেনবগী লমচৎস্নু চৎলকই। ঈশিং সনাবুন পুন্থনা চৎলীবি মুপীশিংগী সনাবুন্দা মুণ্ডহ্নম্না থান্থনা থুগাইবস্নু মাগী য়াম্না পামজবা মশান্না ওইরম্মী।

মাগী অপীক-অপীকপা মৱুপশিংগী লানমী পুন্থনা গোবিন্দনা গঙ্গাগী মপান্দা থুংলরে। হি ত্তোংলগা হোন্দুনা শান্নবা মতমদা ঈশিং চাইথৎ চাইথত্তুনা মীয়ামবু চোৎহললম্মী। হাঈৱিবা ঘাট অন্থদা পণ্ডিত শিবদত্ত লৈরম্মী। মহাক্না মাগী মমাংদা মানা নিঙজরিবা লাইগী মুর্তীশিং পন্নগা মমীৎ উইশিন্দুনা লাইনিং লাইশোন্দা মপুক্লিং লুপ্তুনা লৈরম্মী। অঙাং ওইরিবা গোবিন্দনা মাগী মৱুপশিংগা লোইননা মফম অন্থদা লাক্লে অন্থগা ঈশিং চাইশিন চাইশিন্দুনা কোঈরাং লাঙলরবন্থদদি উপাই লৈত্রবা পণ্ডিত অন্থ মমীৎ পাঙথোকপা তারম্মী। অন্থবু পণ্ডিত অসিনা গোবিন্দবু য়াম্না নুংশিনা ত্তোরম্মী। মহাক্না অঙাংশিং অসিনা ওৎ-নৈবসিদা কৈদৌঙৈদস্নু শাউরমদে।

হাঈরিবা মতম অসিদা পটনাদা ফতহচন্দ মৈনী কোবা জাগীরদার অমা লৈরম্মী। মহাকপু মী পুম্নমক্না বাজ (নিংথৌ) কৌনরম্মী। মহাক্কী ৱানী অন্থ মচা 'পোকচদবন' য়াম্না নিঙবা কাঈনা লৈরম্মী। রাজা অমস্নুং ৱানী মথোহ অনিম্থ হাঈরিবা মতম অসিদা পণ্ডিত শিবদত্তগা উনবা লাকই। শিবদত্তনা মথোঈগা গোবিন্দগা উনহল্লে।

নোংমা ৱানীনা মাগী য়ুমগী মাঙ্গোন্দা করিগুম্বা নিঙবা কাঈবগী রাথনথন্না ফমন্থনা লৈরম্মী। হাঈরিবা মতম অসিদা গোবিন্দ মফম অন্থদা লাক্তুনা থুংলরে। মহাক্না ঈমা ঈমা কৌরগা নুংশিনা ৱানীগী মঙকশমদা কোল্লগা মহাক অন্থগী মতম্বাক্তা চঙলক্তুনা ফম্নরে। ৱানীনা মতম অন্থদগী অঙাং অন্থদা অমুক্কী মতীক নুংশিখিরম্মী

মতুদি থুদক অতুদগী মহাকনা মহাক অতুবু মহাকমক্কী মচানী হায়না খনখিরম্মী।

সুমিৎ অতুদ মযুমদা চৎপ্রগা গোবিন্দনা মমাদা হায়রম্মী "ঐদি ওসি অতোপ্পা ঈমা অমা ফংলে।" মমানা হংই, "মচা অমনা মমা অনিগী তমপাক্তা করম্না ফম্বা য়াগদৌরিবনো?"

গোবিন্দনা হাঈ, "থা অমত্তগী মমি মতম অমত্তদা পুম্রি অনিদা উবা ফংলিবতুদি।"

গোবিন্দ মাগী মরূপশিংগা লোইননা শাম্নবদা অম্নুক্কী মতীক মপুক্লিং লুপপ্রে মতুদি সুমিৎ থুদিংগী সুমিদাং রাইরমদা থেওনা থেওনা হল্লকলম্মা। মযুমগী সুমিদাং রাইরমগী পুজাদা মহাক্না মরম ওইতুনা মযামবু হেক হেক থেওহল্লি।

গোবিন্দগী অঙাং ওইবিৱৈ পুন্সি মথোঙ্ হুক্কবা থৌওং-থৌদোক তৌতুনা হৌখিরম্মী। মাগী মরূপশিংগী মরক্তা মানা পুম্নমক্কগী থৌনা ফরম্মী। মসুং পুম্নমকপু থৌনা হাপ্পনবগী থৌইনশিনমু শীরম্মী।

হাঈবিবা মতম অসিদা পটনাদা য়াম্না নাপন চাউবা নৱাব অমা লৈরম্মী। মহাকনা শামু মথক্তা তোংলগা সহরদা চৎপা মতমদা, মহাকপু মীয়াম্না নোল্লুক নোল্লুকনা খুরুমতুনা সলাম তৌবা মওংতু তৌহনানংলম্মী। শামু য়েংননবগীদমক অঙাংশিংগী কাংবু-কাংবু তিল্লম্মী।

নোংমদি গোবিন্দমু মাগী মরূপ লানমীশিংগা লোইননা মফম অতুদা থুংলরে।

নৱাবগী মহারত (শামুথৌবা) না য়াথং শীরকই, "অঙাংশা, নৱাব সাহবপু নকোক নোম্নুনা সলাম তৌ।"

মহারতকী রাঙাং অমসুং নৱাবকী চাউথোকচবা মওংতু গোবিন্দদা য়াম্নমক পামজদনা থোকলে। মহাকনা মাগী মরূপশিংদা হাঈ, "কনা

অমত্তা নোল্লুক্নু অমস্থং সলাম তৌরুগন্নু। মসি নাপন্নি, মহাকপু চৈয়ু।”

অঙাংশিংছুনা খুবাক খুরে, নোক্রেম-হাঈক্রেম্নবত্নুদা নবাব অমদি মহাবত না মচীন থীত্নুনা চৈরকলে।

গোবিন্দগী লাইরিক-লাইশু তম্বা হৌরকলে। মমা শুজরীনা শুরুমুখী তমহনবা হৌগ্রে। হাঈরিবা মতম অসিদা গোবিন্দনা মহাক্কী মপাবুন্নু মাগী মনাক্তা লৈহনমিঙলম্মী। মঙোন্দগী মহাক্না কবিগুম্বা খরা খঙনিংবনী, ভৌইগুম্বস্থং হৌজিক ফাওবদা মহাকনা মাগী মপাবু অমুকখক্তং উনবা ফংখিরম্মী, মত্নু অসমগী খোঙচত্তগী হন্নকপদা মহাক্না পটনাদা মতম খরা পল্লম্নদনী।

নোংমগী মুমিক্তি গোবিন্দদা পাউ অসি লাক্লে মত্নুদি মাগী মপানা মুমিং কয়ানিমুক্তগী মাবু ঙাইত্নুনা লৈরে। মহাক হৌজিক মমা অমস্থং মপা পোকপা মবেনগা লোইননা পঞ্জাবতা চৎলগনী, মফম অত্নুদা মখোঈ পুন্নমক মপাগা লোইননা লৈরগনী।

চাউরাক্লা চৎলবা চহী অমগী মতুংদা মখোঈ আনন্দপুর য়ৌরে।

শিরালিকী চীংশিংনা কোইশিল্লিবা খম থেংনা কজরবা খুজংসিদা শুরু তেগবহাত্নুরনা খুন্দাখিরম্মী। অরাপ্পা অমদি অনকপদগী সিকৃখ কয়ামরুম্না গোবিন্দবু য়েংবা অমদি ওকপা লাক্লরম্মী অমস্থং মখন মখনগী খুদোন পোৎস্নু মহাক্কীদমক্তা পুনরক্লম্মী। খুদোল পোৎশিং অত্নুগী মমুংদা মখল-মখলগী খুৎশু খুৎলাইশু য়াওরম্মী অমস্থং মসিদগী হেন্দোকুশ শগোল অমস্থ য়াওরম্মী। গোবিন্দনা খুদোল পোৎশিং অত্নুগী মরক্তা শগোলগী খুদোল পোৎ অত্নুবুনা খ্বাইদগী হেন্না পামজরম্মী।

লাইরিক লাইশু তম্বদগী অরেম্বা মতম থরা অদু গোবিন্দনা চেন-চোংদুনা শান্নরগা মতম লেলম্মী। থুজু-থুংলাই শীজিন্নদুনা শান্নবগী মহৌশাগী মশাম্না হৌজিকস্তু শান্নবি, তৌইশুম্বসুং হৌজিক মহাক্না শগোল তোংবা, ঈরোইবা, লীকাপ যেনকাপ, হি হোন্নবনচিংবসু তমলম্মী। হাঙ্গৈরিবা মতম অসি গোবিন্দগী পুন্সিগী খ্বাইদগী মুংশিজবা মতম ওইরম্মী। মপাগী মিনুংশি পুন্নমক্তগী থোইবা থৌজান অদো মহাক্না হৌজিক্তা ফংজরি।

গোবিন্দ হৌজিক মশাগী চহী, মাপল মপুং ফারে। নোংমদি মহাক্না মাগী মরূপশিংগা লোইননা শান্নরিঙৈদা ঔরঙ্গজেবকী য়াথংনা দিল্লীদা মাগী মপাগী মতৌক কক্তুনা হাংদ্রে হাঙ্গৈবা পাউ ফংলম্মী।

গোবিন্দদা মপানা দিল্লী চৎত্রিঙৈ মমাংগী থৌদোক কয়া নিঙশিংলকলম্মী। কশ্মীরী পণ্ডিত থরনা মাগী মপা উনবা লাকলম্মী। মখোঈশিংদুনা হাঙ্গৈরম্মী মদুদি বাদশাহ ঔরঙ্গজেবনা মখোঈবু মশাগী ধর্ম থাদোক্লগা ইস্লাম ধর্ম লৌহন্নবগীদমক কন্না হোৎনরি। মপা গুরু তেগবহাদুরনা অসিগুম্বা ধর্মগী মীওৎ-মীনৈসিবু শীংনদুনা লৈরম্মী।

মহাক্না হাঙ্গৈরম্মী, "অসিগুম্বা মীওৎ মীনৈগী নোংলৈ মুংশিংসিদি কনাগুম্বা মহাপুরুষ (অথোইবা মী) অমা বলিদান তৌবমক্তা লেপখিগনী।"

মনাক অদুদা লেপলিবা গোবিন্দনা মতম অদুদা ইরাইহেক লাঙ্গৈনা হাঙ্গৈদোকখিরম্মী, "ঐগী ঈপাদগী হেনবা মতীক চাবা মহাপুরুষ ঙসি অতোপ্পা কনা লৈরিবগে?

মপানা দিল্লী চৎলগে হাঙ্গৈনা লেপখ্রে। অদুগা ঙসিনা পাউ অসি। - — - গোবিন্দনা থল্লকলম্মী মদুদি থুনমক থাংশাং পাঙ্গৈদুনা চৎলগা মপাবু হাংলিবশিং অদুদা লম্মন খুমলুরসিরা। তৌইশুম্বসুং মহাক্না খঙলম্মী মদুদি মুগলশিংগা লানথেংননবগীদমক শক্তি কয়া তঙাই ফদে, হৌজিক পুন্নমক্তো মহাকী লৈতে।

থোদোক অসিগী মুংঙাইতবা মমি গোবিন্দগী থম্মোইদা হকচিল্লা তাখিরম্মী। মতুংদা মসিমু মঙোন্দা হাঙ্গখিরম্মী মতুদি বাদশাহ ঔরঙ্গজেবপু কিবদগী মাগী মরূপ কনা অমর্ত্তনমু মুগল লানমীশিংগী মাঙদগী গোবিন্দগী মপাগী অশিবা হকচাংতু লৌখৎলুনবগী থৌনা ফাওবা ঙৈংপা উবা ফংলমদে। ———

"ইশাগী মীযাম শিংদগী অসিগুম্বা অশোনবা ১মুং অকিবশিংবু লৌথোকপা তাবনী অমমুং চুমদবা অমদি ওৎ-নৈবশিংগী মথক্তা লান্দাবা তাবনী।"———মতম অতুদা গোবিন্দনা থল্লম্মী।

মীয়াম পুম্মমক্তা লৈশি-লৈথোনবা রাহৈদা মহাক্না হাঙ্গ, "ঐখোয়না গুরুগীদমক অরাবা ফোঙলোইদৌবনী। গুরুনা মীয়ামগী অপাম্বা পান্দম অমগীদমক মশাগী থবাইনা পোম্বা ওইগ্রে, মসিনা ঐখোঙ্গী মাঙদা অচৌবা থুদম অমা ওইনা থম্বীরমলে। অসিগুম্বা মীশিং অসিদি শিবা নাইত্রবনী।"

মীয়াম্মা অঙাং ওইরিবা গোবিন্দগী তোপ-তোপ্পা গুণ থঙনরে। মুপী-মুপা লীশিং লীশিং, অহলশিং, অঙাংশিং ম থান কারকলিবশিংনা অঙাং অসিদ, মখোঙ্গ মশাগী ওইবা ধর্মগী অনৌবা গুরু ওইনবগী মতীক চাবা অমমুং মতীক মযাই লৈববু থঙনরে। ২১ মার্চ ১৬৭৬ খৃস্টাব্দগী মুমিত্তা গোবিন্দবু গুরুগী গদ্দীদা ফমহনদুনা সিকুথ লীশিং লীশিংগী গুরু ওইগ্রে।

আনন্দপুরদা হৌজিক মহাক্না অনৌবা পুন্সি অমা ওইনা লেনবা হৌরকলে। অরাপ অরাপ্পদগী মীয়াম্মা অনৌবা গুরুবু দর্শন তৌননবগীদমক আনন্দপুরদা লাক্লে অমসুং মখল মথলগী থুদোল পোৎ পুনরকলে। পুনরক্লিবা থুদোন পোৎশিংতুগী মরক্তা থুজু-থুৎলাই অমসুং শগোলশিং অতুদা গুরুনা থোইদোকপা মীৎয়েং তাঁরম্মী।

মীওই কয়া কয়া আনন্দপুরদা লাকুনা থুম্দায়রে। মথোঈনা আনন্দপুরবু গুরুগী মুমনি থঙনখিরম্মী। মথোঈগী খর্চ (চাদিং) গুরুগী পুক্তৈদগী চৎলম্মী। গুরুগী নাক্তা হৌজিক সিপাহী তেঙ্গোল অমা লৈরম্মী, মহুনা আনন্দপুরবু ঙাক-শেনবা হেমলম্মী।

গুরু গোবিন্দ সিংহ ভক্তি অমদি শক্তিগা লোয়না লোইননা সাহিত্যদসু পুক্নিং চঙলম্মী। মহাক্না কবাশিংবু মাগী নাক্তা লৈরনবা নিমন্ত্রন তৌরম্মী অমসুং মখোইগী দরকার ওইবা পোৎলম খুদিং পীরম্মী, চিংনবা লৈতনা সাহিত্য লৈনজবা ঙমনবা।

গুরুগী মখাগী চহী হেনগৎলকপগা লোইনা লোইননা মাগী মতৌক মথোনাসু হেনগৎলকলম্মী।

থুদোল ওইনা ফংখিবা খুৎলাইশিংবু নিঙখিনা মফম চানা থম্মনবগীদমক লানবন অমা শাগ্রে।

গুরুনা অচৌবা পুংজাও অমা শাহল্লে, মা অহুগী মমিং "রনর্জীত নগাডা" থোন্নে। মাইল কয়া কয়া লাপ্লবা মফম অহু ফাওবা পুংহুগী মখোল তাবা ফংনরম্মী। থুদোল ওইনা ফংগিবা পোৎশিংহুগী মরক্তা অচৌ-অচৌবা নিংথৌ নিংথৌরেলমক্না ফংনদবা অঙকপা পোৎ কয়া য়াওরম্মী। মথোঈশিংহুগী মরক্তা য়াম্না য়েক-খোক্তুনা তৌরবা কজরবা দমুর অমা অমসুং অনিশুবা ওইনা অভৌবা শামু অমা অসিনী, মহাকসি "প্রসাদী" হাঈনা মমিং চন্তুনা অফাওবা শামু অমা ওইখিরম্মী।

গুরুগী অসিগুম্বা চাওখৎ হেনগৎলকপশিংসি থঙনা-উনরকপাশিং-সিনা আনন্দপুরগী য়ুমথং-কৈথংনবা কৈবাকশিংগী নিংথৌশিংনা বক্তক য়েংথিনবগী মরম ওইখিরম্মী।

চিংগী লমদংগী নিংথৌশিং অসি. শোক্তংশম য়াদব অমসুং অমাং-অশেং কাংলুপ খাইদনা মাখয়েম্দা থাজবা পোকপা ঙাক ওইরম্মী।

গুরুগী য়াখল্দি মখোঈগী য়াখল্লোনশিংদুগী মমি তারমদে। মরম অদুনা গুরুগা মখোঈগা করিগুম্বা অমা নত্রগা অমদা লাল তৌননবা হোৎনরকলে।

নিংথৌ ভীমচন্দনা অমুক্তি গুরুদা, মাগী মচাম্পী লুহোংবদা নীত্তিনবনব, দমুর অমসুং শামু পীযু হাঈরম্মী। গুরুনা কনাগুম্বদগী খুদোল ওইনা কংখিবা পোৎপু কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমদা করয়া পীথোকদগে। মহাক্না য়াদ্রে।

নিংথৌ ভীমচন্দনা গুরুদা হিংহল্লকলে, "নথক্তা লাল তাহন্নিংদ্রবদি শামু পীযু।"

গুরু অম্মুম্না কিহল্লকপসিদা কিবিবা মীতা ওইরমদ্রে। মহাক্না লানগী নরকপা অদুবু য়ারে। তৌইগুম্বসুং মতম অদুদা অতোপ্পা চৌংগী নিংথৌশিংনা করিগুম্বা পান্থে অমনা ভীমচন্দা হৌত্তিক লাল তৌনবসি অচুম্বা নত্তে হাঈনা খঙহল্লম্মী।

নাহন লৈবাক্কী নিংথৌ মেদিনী প্রকাশনা গুরুগী অপাম্বা য়াখল্লোনশিংবু য়াম্না নীঙখিন খঙলম্মী। নিংথৌ ভীমচন্দ অমদি চৌংগী নিংথৌ খরগনা গুরুগা য়েংথিনরে হাঈবসি খঙলবদ মহাক য়াম্না য়ারে। মহাকনা গুরুবু মাগী লৈবাক্তা লাক্নবগী নিমন্ত্রন তৌরকলে। গুরুনা অরেম্বদা চৌংগী নিংথৌশিংগা লাল তৌনবসি পাম্জলমদে। মহাকনা নাহনদা লাক্নবগী নিমন্ত্রন অদু য়ারে। মতৌ অসুম তৌনা লানফম অদু লেপখিরম্মী।

গুরুনা নাহনদা মহৌশা লাইয়েন্নবীগী খুৎশেমতনা ফজরবা মফম অমা ফংলে। মফম অদুদা শৈদুনা মহাক্না য়াম্না নিঙখিনা সাহিত্যগী মরমদ নৈনবা ঙমখিরম্মী।

নাহন লৈপাক্তা মহাক্না থনখিব ফজরবা মফম অদুগী মমিং "পাউন্টা হাঈনা খোনখি। নিংথৌ মেদিনী প্রকাশকী মত্তেংগী মফম

অছুদা মাগী খুদোং চাবা, নিওথিনা ভাক-শেনবগী মপুং ফাবা থৌরাং তৌথি। অরাপ-অরাপ্পা মফমদগী সাধু, লাইনিংবা, লাল পাম্বা অমদি কবি কয়া মফম অছুদা লাক্লরে।

কবি কয়ামরমদা গুরুনা মহাভারত, রামায়ন্নচিংববু অরাইবা লোন্দা হন্দোক্লনবগীদমক হাঙ্গী। গুরু মশামক্তসু মশাগী লাইরিক কয়া পাউন্টাদা লৈছুনা ইখি। তৌইগুম্বসুং গুরুনা য়ৈথোক্লুনা থমখিবা লানফম অছু হৌজিক লানশোক্লদবা য়াদ্রে।

চীংগী নিংথৌশিংনা পাউটাদা লান্দানবা থৌরাং তৌদ্রে। মখোইনা থল্লি মছুদি পাউটাদা গুরুগী লানমী অছুক হাক্লা পাঙ্গল লৈতে, মরম অছুনা মখোইনা লাল জয় ওইগনী। গুরুনা মখোইগী মাইকৈদগী লাল থেংননবগী পাউ ফংলবছুদদি মহাকসু মাগী সিকথ মীয়ামদা লানগী থৌরাং তৌনবা হাঙ্গিরে।

লানগীদমক্তা অহানবগী ওইনা রনজীত কৌবা পুংজাও য়ৈছুনা পুংগী পুংথোলনা লৈপাক থুংনা নিলহল্লে।

চীংগী নিংথৌশিং অমসুং গুরুগী মরক্তা তৌনখিবা লাল অসি এপ্রিল ১৬৮৯ ইংদা হৌখিবনি। মুমিৎ হুমনি চুপ্পা অকনবা লান থেংনরে। মসি গুরুগী অহানবা লালনা। লানফম অসিদা মহাক্না জয় ওইখি।

চীংগী নিংথৌশিংগা শোক্লখিবা লানফম অসিনা হৌজিক অমসুং তুংদসু লানগীদমক থৌরাং তৌছুনা লৈরগদবনি হায়বা গুরুনা শেংনা খঙহনখরে। মসি মপুক্লিংদা চেংনা থম্নগা মহাক্না আনন্দপুরগী মনাক্তা চেকশিল্লবা লানবন মরি শাহল্লে, মছুদা খুজু-খুৎলাইশিং শাফম শেম্লে।

মাসগা লোইন-লোইননা সাহিত্যগী থবকসু চৎথরে। চুমদবা রায়েন তৌছুনা মীচম প্রজাবু ওৎ-নৈবশিংগী মায়োক্তা, মশাগী নিংতম্বা

ফংজনরগীদমক লাপহৌখিবশিংগী চঙজকম ওইখিবা অমসুং মীযামগী য়ারবা পুন্সিবু ফনবিখিবা, গুরু গোবিন্দ সিংহ পুরানশিংদগী ভারতকী ওইবা থৌনা ফবশিংগী য়ারী লৌথোক্লগা হিন্দী লোলদা হন্দে ক্লপা মীয়ামগী মফমদা য়ৌহনখিরম্মী

গুরুগী হেনগৎলক্লিবা পাঙ্গল থৌনাগী পাউশিং ঔরঙ্গজেবগী মফমদা য়ৌখিরম্মী। সোমদা চীংগী নিংথৌশিংনমু মতম কম্বাগী মাঙদগী দিল্লী সরকারদা কাবা লোইপোৎ কারমদে। ঔরঙ্গজেবনা ১৩ জুলাই, ১৬৯৬ তা মাগী মচানুপা অহল মুঅজ্জমবু মপাঙ্গল কল্লবা লানমীশিংগা লোইননা চীংগী নিংথৌশিং অমদি গুরুবু নমথল্লবগীদমক থাখি।

মুঅজ্জমনা লানমী কয়ামক্রমগা লোয়ননা পঞ্জাবতা থুংলরবত্তুদদি চীংগী নিংথৌশিংনা ইপাই থবাইবগী মওং শন্দোকখ্রে। মুঅজ্জমগী লানমীনা অতুগুম্বা মীকিথী চীংগী নিংথৌশিংবু য়াম্না অৱাবা পীবে অমসুং লোইপোৎ পুম্নমক কাহল্লে।

হৌজিক লানমীশিংনা আনন্দপুরদা লান্দানবগী থৌরাং তৌরক্লে। মুঅজ্জমগা লোইননা মাগী মুনশী ভাঈ নন্দলালসু য়াওরক্লম্মী, মহাক্তি গুরুবু য়াম্না ইকাই খুম্নজবা সিকখ ওইরম্মী। মহাক্না মুঅজ্জমদা হাঈজরম্মী মহুদি হৌজিকমক আনন্দপুরদা লান্দাবসি ওইথোক্লোই। মুঅজ্জমনা মীর মুনশীগী য়াফমসি য়ারে। অকিবগী মশক ওইরবা লানফমদগী আনন্দপুর হিংহোরে।

গুরুগী পুন্সিদা অমুক্মা শান্তি ওইনা চহি খরা হৌখ্রে।

১৬৯৯ ইংগী বৈশাখীগী মতমদা খুদোংচাবা লৌরগা সিকখ পুম্নমক্তা পাউ পীরম্মী মহুদি হন্দকী বৈশাখীদা নখোঈ খুন্দিং অপাম থৌনাগা লোইননা খুজু-খুওলাইনা লৈত্তেংহুনা শরুক য়ারগদবনি।

অসিগুম্বা চাউরবা উৎসব অসিগী কুইথ হৌরক্লে। গুরু দরবারদা

লাক্লে। মহাক্না মাগী থাংশাং থাংথ্নমদগী শংতোক্লে অদুগা পাক্লা শন্দোকখ্রবা মীয়াম য়াওদা হায়রকই, "ওসি ঐগী থাংশাং অসিগী কোক অমা দরকার ওই। ঐগোন্দা মশাগী কোক পীবা ওন্না ঐগী অশেংবা সিকখ ভক্ত কনাগুম্বা য়াওবিব্রা ?

মীয়ামদো উ খুংবগুম তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। গুরুগী ব্রাসি মখোয় খঙবা ওন্নমদে।

গুরুনা মাগী রাত্র অমুক্তম্ লাউরক্লম্মী। কনা অমত্তগী পাউখুম ফংদ্রে। গুরুনা অহুমলক শুনা লাউরে।

হন্দকমুক্তি লাহোরগী দযারাম কৌবা সিকখ অমা হৌগৎলকলে।

গুরুনা মহাক অদুবু মুন্না য়েংলগা মখুদাং পাইদুনা চিংখ্রে অদুগা মনাক্তা খন্দুনা লৈবা দম্বুর অমগী মনুংদা পুশিনখ্রে। মনুংদগী থাংগী থাংগাই অমনুং থাওযানগী মখোল তারক্লম্মী অমদি ঈগী ঈচেন দম্বুরগী মপান্দা চেন্থরক্লে। ঈ তৈরবা থাওশাং অদু পাইদুনা গুরু মপান্দা থোরক্লে।

মীযামদা থৌনা লাক্লে।

গুরুন অহানবদা নিখিবগুম অমুক্তম্ নিরক্লম্মী। হন্দক্তি দিল্লিদগী ধর্মদাস কৌবা অমা হৌগৎলক্লে।

গুরুনা মহাক অদুবুম্ন দম্বুরগী মনুংদা পুশিনখ্রে। অহানবদা তৌখিবা থৌদোক্তম অমুক্তা হন্না তৌরে।

মীয়ামদু মহাক মহাকী মফমদগী হৌগৎ-হৌগৎনদুনা মপান্দা চৎনরকলে।

গুরুনা অহুমলকশুবা খোল্লাউ লাউরকই। মাগী খোল্লাউ তারবদা অতোপ্পা সিকখ অমত্তা হৌগৎলক্লে। মখোয় অহুমমদুবুম্ন অমময়তা ওইনা মযাংগী থৌদোক্তম্ন থবক পাংথোক্লে।

ত্তৌইগুম্বসুং ওইরিবা থৌদোকসি করিনো ?

মীয়াম্না গুরু য়েংনরি— গুরুনা মসুংদা চঙপ্রগা সিকথ মণ্ডা অমুবু তেক্ত-কাঈদনা মাগা লোঈননা মপান্দা পুথোরক্লে। দসুরদগী চেস্ত-রকখিবা ঈদো সিকথশিংগী নত্তে অমসুং গুরুগী থাঙশাংদা তৈরিবদো সিকথশিংগী ঈ নৎলমদে।

গুরুনা সিক্থ মণ্ডা অমুবু 'পাঞ্চ প্যারোং' (মুংশিবা মণ্ড) হায়বা মিংথোল পীখি। মতুংদা মহাক্না হাঈখি মতুংদি সিক্থ কাংলুপকী মসি অনৌবা মশক অমা ওইরগনি মতুবু খালসা। (সিক্থশিংগী সম্প্রদাই অমা) কৌনরগনী। অসিগুম্বা পাঞ্চ প্যার অসিনা অমুগুম্বা কাংলুপ অমুবু পোকপীরবনী। পাঞ্চ প্যার অসে নোংশা ওইরবনী। মখোঈদগী হৌব্রবা শোক্না-শম্না- তিন্না য়াদবা অফা অপুনবা লৌপুন অমু তৎশ্রবনী।

গুরুনা হাঈ. "নখোঈ পুম্নমকসু খালসা ওইরো, অনৌবা পুক্নি অমা হৌরো।"

মমিৎ অমুদগী গোবিন্দ রায়সু গোবিন্দ সিংহ ওইখ্রে। 'ক' মথেক্না হৌবা পোৎলম মঙা কচ্ছা, (খুকউ কুপ্পা ফীজেৎ) কড়, (খুজী) কৃপান, (থাংশাং) কংঘা, (শমজেৎ) অমসুং কেশ (শম)হাঈরিবশিং অসি সিংহশিং অসিগীদমক্তি থাদোক্নবা য়াদবা পোৎলম ওইনা পীখ্রে। মখোঈনা করিগুম্বদসু ময়াই কাবা পোৎ অমত্তবুসু থকলোই চায়োইদবনী হাঈনা য়াথং পীখিরম্মী।

গুরুনা চীংগী নিংথৌশিংসু খালসাগী চৎনবী লম্বীদা চৎহনলনিংলম্মী। মীপুম খুদিংনা মখোঈ মশেনগী থেম্নবা রাখল কাউথোক্নরগা লৌচিং অমত্তগী মথাদা চৎহলনিংই। তৌইগুম্বসুং চীংগী নিংথৌশিংনা গুরুগা পুকচেল তিম্নরমদে। মখোঈনা গুরুগী কনথৎ চাওথৎলক্লিবা পাঙলবু নমথৎনা লোইশিন্নবা থৌরাং কয়া তৌরক্লে।

মখোঈশিং অমুনা সরহিদকী সুবেদার রজির খাংগী মনাক্তা চৎখিত্তুনা গুরুগী মরমদা রাকৎলুরে। রজির খাংনা ঔরঙজেবকী মফমদা

পাউ পুন্নমক থাগ্রে। ঔরঙ্গজেবনা হুকুম পীরম্মী মহুদি ওইনিংবা অমা ওইজসমু, গুরু গোবিন্দ সিংহগী মতিক মথৌনা পুন্না নৈহৎকদবনী।

অনন্দপুরগী মনাক্তা মুগল অমদি চীংগী লানমীশিং পুল্লরে। খালসা লানমীদগী মুগল অমস্তুং চীংগী লানমীশিংনা শরুক কয়ামরুম হেল্লম্মী, তৌইগুম্বস্তুং গুরু গোবিন্দ সিংহনা খজিরুম্ন কিরদে। পাঞ্চ প্যারশিংবু মহাক্না সেনাপতি হাপলগা লানমী পুহুনা লাম্হৌনরুনবা যাথং পীরে।

মুগোলনা খল্লম্মী মহুদি চীংগী লানমীশিংনা মাঙ থাহল্লগা মখোঈবু ককথহ্‌নগে। মতৌ অস্রম তৌনা অমাঙ অতা থোকহন্দনা লাল জয় তৌগে। অতোপ্পা নাকল অমরোমদা চীংগী লানমীশিংনস্যু মুগলগী লানমীনা মাঙ থানা লানশোরুহল্লগা লাল জয় ওইবগী কান্নবহু মখোঈনা যংবা পামলম্মী।

অকনবা লান থেংনখ্রে। গুরু গোবিন্দ সিংহনা শাথিনা জয় ওইরে। তৌইগুম্বস্তুং লাল অহুনা মবম ওইহুনা মাঈকৈ মরিদা অরাবা খোল্লাওতনা নিনখিরম্মী চীংগী নিংথৌশিং হন্না হন্না মাঈথিহুনা অরাবা নংলম্মী অমস্তুং নিঙবা কাঈবম্মী। মুগলশিংনা পীক্না চাউনা লালহৌ কয়া হৌবনস্যু মহৈ য়াল্লমদে।

বিলাসপুরগী নিংথৌ ভীমচন্দগী মচা নিংথৌ অজমেবচন্দ খারোমদা চৎখিহুনা ঔরঙ্গজেবকা উনখ্রে। ঔরঙ্গজেবনা মাগী সেনাপতিশিংনা ইতৎ ভৎতনা মাঈথিবগী পাউ ফংখিরম্মী। নিংথৌ অজমেরচন্দগী রারী পুন্নমক ভারবদা মহাক মৈ হৌনা শাউরক্লে। মহাক্না সরহিন্দ অমস্তুং লাহৌরগী সুবেদারশিংদা পাউতাক পীখিরম্মী মহুদি অনন্দপুরগী গুরুবু ফাহুনা পুরক্কদবনী।

মশীং য়ামগ্রবা লানমী কয়া সুবেদারশিংগী মতেং পাংনবগীদমক থাগ্রে।

আনন্দপুরদা হাঈরিবা মতম অসি দীরালীগী কুম্মৈ য়াম্না চাউনা পাঙখোরুরম্মী। গুরু গোবিন্দ সিংহবু থাজবা অমস্তুং য়ানবা মীওই কয়া কয়া

অতোপ্পা মকমদগী দীরালীগী কুম্মৈ য়াওবা অমসুং যেংবা অনন্দপুরদা লাক্লরম্মী। ইথং থংহৌদনা দীরালীগী মুংঙাইবক্ত লালগী থৌনা হাপ্পদা ওলম্লাকখ্রে।

মাইকৈ অমরোমদনা দিল্লীগী লানমী, সুবেদারশিংগী লানমী অমসুং চীংগী নিংথৌশিংগী লানমী লাখ লখ লৈরম্মী, অতোপ্পা নাকল অমদনা গুরু গোবিন্দ সিংহগী খালসা লানমী লীশিং থরা লৈরম্মী। মুমিং কয়ানি অকনবা লাম্থোকনদুনা লৈরে।

শানফম অহু মুমিত্তুগী থা কয়া হৌজিনখ্রে। মুগল অমসুং চীংগী লানমীশিংগী মপান্নল হেনগৎখ্রে। চান-ংকুনবগী পোংহলম অঙ্গম অসুম তপন-তপন লোইরক্লম্মী। শগোল অমসুং অতোপ্পা শাশিং চাদবনা শিনবক্লে। মীয়াম্না মুংশিবনা শামু প্রসাদীস্ম শিরে। মাইকৈ মরিদা মীশি মীনাগী অরাবা পোক্লেনতা তানরক্লম্মী। লানবন ইহাং হাংতনবা নৎত্তন করিগুম্বা পাম্মৈ অমৎতা লৈরক্লমদ্রে।

মুগলগী সেনাপতিশিং নিংথৌশিং অমদি বাদশাহগী মাইকৈদগী গুরু গোবিন্দ সিংহদা পাউ অসি থারক্লম্মী মহুদি মহাক্না শহরসি থাদোক্লবদি কোঙ্গৈশিন্দুনা লৌশিল্লগনী। শিকথশিংবু করিগুম্বা অরাবা অমৎতা নংহল্লোই গুরুনা মখোঙ্গী রাক্ষম অহুদা পোল্লমদে। অনন্দপুর থাদোকপা হাঙ্গৈবসি মগীদমক্তদি অরাইবা ওইরমদে, তৌইগুম্বসুং অকনবা অমদি অয়াকপ রায়েল অমা মহাক্না তৌদবা য়াদ্রে।

অনন্দপুরদগী মাইল থরা লাপ্পা মফমদা মুগল লানমীনা গুরুগী মথক্তা লান্দারে।

সর্সা তুরেলগী মপান্দা অকিবা ফংনা লাল থেংনরক্লে।

গুরু গোবিন্দ সিংহগী পুন্সিদা হৌজিক অতৎপা লৈতনা লাম্থোংনবগী মতম লাক্লে। মুগলগী লানমীনা অরেপ্পা লৈতনা মাগী মতুং ইনহুনা ফাগদবগী কোইতান তাম্নরি। গুরু মতম কুইনা করিগুম্বা মফম অমদা পন-হুনা লৈবা ওমলকত্রে। মাগী লৈফম হেক খঙথিবদা মুগলগী লানমীনা হেক্তা লাকসিন্নবা হোৎনরকই।

চমকৌর কৌবা মফমদা মুগলশিংগী লানমী অহানবা লাম্মেংনরে, মতুদা মাগী মচানুপা অহল অনিনা থোনা কম্বা লাম্মেংনরাকপা মথরাই থাখ্রে। মাগী মচা অতোনবা অনি সরহিন্দগী সুবেদার ৱজির খাণগী মখুৎক্তা ছাংখিরম্মী। অদুম ওইরবদসু নিংবা কাঙবা হাঙবা স গুরুনা কৈদৌউনসু সুক্তম্মক তমখিরমদে। মাগী মীন্নুংশি শুপনগী মাগী মচাশিং খক্তবু মুংশিবনা ভগৈপে ওইরমদে। মহাক্না সিক্খ লৌশিং লৌশিংবু মাগী মচা মশুনী খন্না মুংশিরম্মী। মানা খণ্ডলম্মী মতুংদি ইশাগী পুন্সিগী পম্মুং-কম য়োনবগী লাম্মেংনবদা অস্তুম্না মীওই কয়াগী থরাঙনা পেন্থা ওইগদ-বনী। লানফমদা লাম্মেংনন্নিব মখোঙশিংগী লাল অদু,মীওইবা থুদিংগী ধর্ম্মগী ওইবা নিঙ-খা তম্বগী অধিকার পীননবগীদমক শোক্লিবনী।

চহী কয়া চুপনা তন্তনা লাম্মেংনরবগী তুংদা মালরাগী মফম অমদা গুরু লান্দগী পন্নিং হন্দোক্তুনা পেংথাক্লনা লৈরে। মফম অদুগী মমিং মহুক্তা দমদমা থোনখি। মতম অদু দেশকী লৈপাক লৈবাকপশিংগী ফিভম অয়াম্বনা ওস্তোক্লখিরম্মী। ঔরঙ্গজেব অমুক হন্না খারোমগী থৌদোক ৱাথোক্লা পুক্লিং চঙখিরম্মী। পঞ্জাবতগী লানমী পুম্নমক হল্লক্লবা কৌখিরম্মী।

ওন্নক্লিবা ফিভম অসিদা গুরু গোবিন্দ সিংহনা দমদমাদা মশামক্তা তম্বী তাকপীবগী থবক পাঙখৎপা হৌখ্রে। মতৈ মশিং হৈরবা কয়া কয়া মতোন্দগী জ্ঞান ফংননবগীদমক লাক্লে।

মরক অসিদা গুরু গোবিন্দ সিংহগী মফমদা ঔরঙ্গজেবকী য়েংথিবা মীংাযংসু য়াম্না নিংথিনা চোংখিবম্মী। ঔরঙ্গজেবত গুরুনা চিঠী অমা ইখিরম্মী মতুদা মহাক্কী পুক্লিং মহাক্কী লানথিবশিংগী মাইকৈদা চিংশিনখি-বম্মী। গুরুগী চিঠীনা জ্ঞান তাহল্লবা ঔরঙ্গজেবনা পঞ্জাবকী অনা লাই-য়েংবা মাইবশিংদা য়াথং পীখি মতুংদি মখোঙনা গুরুবু খরা মুংভাইতবা হথোকহল্লোইদবনী।

চহী খরগী মতুংদা ঔরঙ্গজেব শীখ্রে।

মাগী মচানিপা অতল বাহাদুর সাহনা বাদশাহ ওইরে। মহাক গুরু গোবিন্দ সিংহবু য়াম্না ইকাই খুম্নরম্মী। মহাক্না খণ্ডলম্মী মতুদি গুরু

করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তগী য়েক্কবা নত্তে। ধর্ম্মগী মিংদা ওৎ-নৈবা অমদি চুম্‌দবা য়ায়েন তৌবশিংগী য়েক্কবনী। মহাক্না গুরুবু উননবগীদমক কৌরে অমস্নুং মত্তোন্দা মমল যামদবা পোৎ কয়াগী খুদোল পীরে। গুরু চহী থরা শাস্তী ওইনা পুক্নি লেপ্লে। বহাদুরশাহ ধর্ম্মগী মরমদা থৌজাল হৈবা মীৎয়েংনা য়েংলম্মী মহাক্না গুরু গোবীন্দ সিংহগী ধর্ম্ম শন্দোকপগী থবক্তা করিগুম্বা অযেৎপা অমত্ত' পীরমদ।

বাদশাহনা গুরুগা অফবা মরী থম্নবসি য়াজীর খাওনা অফবনী লৌরমদে। গুরুনা হিংদুনা লৈং সি মত্তোন্দা মাগী দমক্তি থুদোং দীবনী হায়না লৌরে। মাগী মপুক্লিংদা লেপলে মতুদি কনাগুম্বনা গুরুবু লোইশিনহল্লগে হায়না। মহাক্না পঠান অনী গুরুগী মতুংদা ইমহল্লে। খুদোংচাবা ফংবা মক্তা মখোঙ্গনা গুরুদা খুৎ থারে। মহাক্না তুম্নবগীদমক ফমুংদা হীপথরকপদা পঠান অমনা খত্তহৌদনা মাগী মবুক্তা ছুরীনা থিল্লে।

মাইবা কৌগ্রে। লাইয়েংবা ভমত্রে, তৌইগুম্বস্নুং হৌজিক গুরুগী অয়োইবা মতম অহুম লাক্লম্মী।

গুরু গোবিন্দ সিংহনা মাবু থাজবা মীশিংদা হায়, "ঐ শিখিবদা য়াগন্নু। লাইনীঙবশিং অমদি গুরুশিংগী পাউতাক অথোইবা লাইবিক্তা ইত্নুনা লৈরবনী হৌজিক্তগী অথোইবা লাইরিক অদুবু গুরুনী হায়না লৌয়ো অমস্নুং লাইনিংবশিংগী পাউতাক অদুমক্তা খুদোংথীবদা নশাগী লম্বী থিগদবনী।"

সন ৭ ওক্টোবর, ১৭০৮ ইংদা মশাগী চহী ৪২ শুবদা গুরু গোবিন্দ সিংহনা থরাই থাখি। মাগী পুন্সী, মীওইবগী ইতিহাসতা, লোইদোকপা খুদম অমা ওইখি

——(0)——

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১। হাওব-কোনু শৈশবং

২। শৈথাবোল

৩। মীতৈগী পাউবৌ পাউতাক অখোম্বা

৪। কপাল কুণ্ডলা - নাটক

৫। ঈবৈমা - নাটক

৬। খুমন পং [illegible] - নাটক

৭। খৌদ নুঙ্ক ফুংপা নাটক

৮। উবা নহা পিদোংনু - নাটক

৯। মোইবাং নোংবান - নাটক

১০। নুংশিলগী মঙ - রাবী মচা

১১। নাটক নাচোম - অহানবা

১২। নাটক নাচোম - অনিশুবা

১৩। রাবী পবেং - অহানবা

*Printed at* **Khongnangthaba Press**
**Lamlong Keithel, Imphal**
**Phone No 330211**